# "কংলৈপাকতা ইননর লাইন পার্মিং সিসতেম অমসুং মসিগী ইথৌ"



- সাপম চা. যাদুমনি

"কংলৈপাকতা হুনরর লাইন পার্মিৎ সিসতেম

অমসুং

মসিগী ইহৌ"

## ২০০১ গী মীকোক থিবগী মতুং ইন্না

| | | |
|---|---|---|
| মীতৈগী মশিং | : | ৭,৫১,৮২২ |
| মীতোপকী মশিং | : | ৭,০৪,৪৮৮ |
| ট্রাইবেলগী মশিং | : | ৬,৭০,৭৮২ |
| মীতৈ পাঙ্গলগী মশিং | : | ১,৩৭,২০৪ |
| মণিপুরগী অপনবা মশিং | : | ২২,৯৩,৮৯৬ |

**২০১১ গী মীকোক থিবগী মতুং ইন্না ২,৭২১,৭৫৬ ওইরে। মসিদা করম লৈরিবা ?**

**ঐখোয় কৈদৌবা তাই !**

---

মীগী ময়েক্কা লাইবীকসি হংদোকপা পাবিবিরাশিংনা ভাকপীরগনি

সাপমচা হাডুমনি



Published by :-



**Paari Publication**

**Pishumthong Oinam Leikai,**
Imphal West District.
Phone No. 9856100208/8974992900

অনিশুবা ফোঙবা : নোবেম্বর, ২০১১

ফোঙবা : আর: কে: পুইন্যাবতি

কোপী মশিং : ২,০০০

মমল : লুপা : ২৫০/-

নম্ফম : পি. কে. ওফসেট প্রিন্টিং প্রেস
কন্থুপারা, ইম্ফাল।

# য়াওফম তাকপা

| করি য়াওরী | করম্বা লমায়দা |
|---|---|

# ৱাহৈদোক

মালেমদা লৈবীবা পীক্ক পীক্কবা ফুরুপ কয়াবু অচৌবা ফুরুপশিংদা তিনশিনখিদুনা ফুরুপ অমা লৈরম্মী হায়বা ফাওবগী মমি তাখিদ্রবা কয়ানি। ২১ সুবা চহি চা অসিদসু ফুরুপ কয়া অমসু মুৎখিবা অমদি মমি শামবদা যাওখ্রগনি। মসিগী মনুংদা ঐখোয়না নুংশিনা লুমনা লৌজবীবা ঈরৈপাক ঈরমদম কংলৈপাক (মণিপুর) গী কংলৈচাশিংসু মনুং চনখিগদ্রা হায়বগী নিক নিক লাওরী। লমদম অসি তোঙান তোঙানবা ফুরুপ মচা কয়ানা পুনশিন্দুনা শেম্লনি। ফুরুপশিং অসিগী মনুংদা মীশিং লিশিং ১ ফাওবা য়ৌদবা পুরুম অদুগা লিশিং ৫ ফাওবা য়ৌদবা আইমোল, চোথে, কোইরাও, কোইবেং, লমকাঙ, মোনশাং, মোযোন অদুগা লিশিং ১০ য়ৌদবা চিরু, সিমতে অমদি লিশিং ২০ য়ৌদবা অনাল, গাঙতে, কোম, মরাম, মরিং, লুসাইনি। পীকচরবসু ফুরুপশিং অসিগী মশা মশাগী ফুরুপ অমা ওইবগী নাং তোঙান তোঙানবা লৈজবনা মালেমদা মশক তাকচরী অদুবু চেকশিনহৌদ্রবদি মালেমদগী নোংমা খংহৌদনা খোঙ্গুন মুৎখিবা য়ায়।

নোংমা কাংদনা থোমজিল্লকলিবা মীতোপশিংনা তম্পাক্তদা নত্তনা চিংনুং মানুংদা খুরক হাংদনা লৈশিল্লক্লি। পৈশা তানবা লম্বী শেম্বগী নমাদা লাকখিবা মীতোপশিংনা পীক্কবা ফুরুপ কয়াগী চনুরাশিংবু লৌরম্লগা মচা মশু য়াওনা হুন্দোক্লগা চৎখিবা ঙসিদি মশিং থিঙমদ্রে। মসিনা লমদমসি হাইব্রীড নেসন অমা তপ্না তপ্না ওল্লোবক্লি। ঙসিদি কংলৈ খুন্নাই অসিগী শেনমিটলোন, লৈঙাকলোন, চৎনলোন খুদিং মীপান তাংলে, স্বর হোল্লী হায়বা খক্তা ঙায়রক্লে। চৎথরক্লিবা লিচৎ অসিনা লেপতনা চৎথরক্লবদি ইরমদমসিগী পীক্কবা ফুরুপ কয়াসি অচৌবা ফুরুপশিংদ তিনশিনখিদুনা ফুরুপ অমা লৈরম্মী হায়বা ফাওবা মমি তাখিদনা মাঙখিবা যায মদুমক্তা খুন্নায় অসিবু কনবদা খরদং ওইরবসু

কাননবা শিবা ওমগদ্রা শনবদগী লাইবিক অসি ইজবনি । মীৎ মাংদা ঐথায খুদিংমক্কা উরীবা অদুদু খঞ্জনলুন্দবগী ভবাযনা কৌনবা অশেংবা ওইবীবা, ওইরকলিবা অমদি ওইগক্কবা খবখক লৌখৎলগা মীয়াম মাংদা পুথোক্নুনা হমজন্দনি । লাইবিক অসিদু খোমদোক খোমজিন অমদি ঈশানা খনজবা উজবা খবা ফোংদোকপদা নংঙ্গায়তবা, পনহন্নিংদবা থেংনবীবম্বা নত্তেগা হেননা তকচন্না পনহন্নিংবা ঈবদাদি য়ৌশনবা য়াংপসু অদুম থেংনবীবা যাওবা যাই । অদুবু ইশামক্কী অহানবা ওইবা খনজবা উজবা খবদংদি মীয়াম মাংদা থমজনিংবা অদুমক্কা পেশ্বীদবা কয়া কৈবক্স হেননা মপুং ফানবদি পাবীরীবশিংনা মতেং পাংবীয়ু মতম খুদিংমক্তা অদোমগী পাওতাক্কবু কৈশঙ্গনবা ওয়াবজবী পুন্নকপ থাগৎচবী ।

লাইবিক অসি United Committee Manipur (UCM) না ফোংবা Influx of Migrants into Manipur A threat to the Indigenous Ethnic People গী শিরিবা মীশিংগী দাতাদা হুমফম ওইবগা ইবনি। লাইবিক অসিবু পুথোক্নবা হোৎনবদা মরুওইনা মতেং পীরকখিবা অহল ঊবুংশ্বা ওঝা Ningthoukhongjam Khelchandra, K Shethajit Selelction Grade Lecturer and Head of Department of Political Science, Imphal College, Haobijam Kulla, Selection Grade Lecturer (Retd), Advisor FREINDS, W Santa Secy Publicity FREINDS, Yumnam cha Dilipkumar, President-in-Charge IPSA, E Syamsunder Secy Organisation, FREINDS H Bipin, Joint Secy, FREINDS C Up[illegible] Dist & Session Judge I[illegible] Lalit Kumar Senior Advocate Gauhati High Court নাসংবা শরুনা লাইবিক অসি পুথোক্নবা হোৎনবদা খারকনী, পঞ্জলগী মতেং পাংবীরকখিবা খুদিংমকপু থাগৎচবি ।

*Dated Imphal*
*the 11th April. 2005*

*Sapam Cha Jadumani*

# "কংচবা"

"তায়বং মীওইবগী হৌনশা
অৱাংবদা উবা লিচংতুনা
তায়বং কনা খংদনা
শিংথানবীদ্রবা কংথোকখ্রবশিং
হে অথৌবা- অথৌবী
কংলৈ ইমাগী মপারি ইমোমশিং
নখোয়গী মীংদা
কংথোকচরী ঐগী লাইরিক
"কংলৈপাকতা ইননর লাইন পার্মিং সিসতেম
অমসুং মসিগী ইহৌ"

- *সাপম চা যাদুমানি*

# ডিমোগ্রাফিক দাতা অমসুং থৌদোক্কী পরিংদা
# INNER LINE PERMIT SYSTEM গী
# মরী লৈনবা মরুওইবা চহি অমদি নুমিং খরা

১। ভারতকী ২০০১ গী মীকোক থিবগী ওইনা অপুনবা মীশিং অসি ১,০২৮,৭৩৭,৪৩৬ ওইদুনা মালেমগী অনিসুবা মীশিং যাম্না ওইবী মসিগী মনুংদা নুপা মশিংনা ৫৩২,২২৩,০৯০ অদুগা নুপী মাশিংনা ৪৯৬,৫১৪,৩৪৬ নি। *(Census of India 2001)*

২। কংলৈপাক (মণিপুর) ২০০১ গী মীকোক থিবগী অপুনবা মীশিংসি ২,২৯৩,৮৯৬ ওইরী মসিগী মনুংদা ১,১৬১,১৫২ না নুপা ওইবা মতমদা নুপী মশিংনা ১,১৩১,৯৪৪ নি।

৩। কংলৈপাক (মণিপুর) গী ২০০১ গী *census* কী মতুং ইন্না মীতোপকী মীশিং অসি ৭,০৪,৪৮৮ ওইবদা চিংমী ইচিল ইনাওগী মশিংনা ৬,৭০,৭৮২ নি। *(Influx of Migrants into Manipur -UCM)*

৪। কংলৈপাক (মণিপুর) গী পাক চাওবনা ২২,৩২৭ sq.km নি মসি ভারততা পুন্না মতমদদি ২২,৩৫৬ sq.km. ওইখি মসি ২৯ sq.km. অমা মাংখ্রবনি ।

৫। ট্রিপুরাগী পাক চাওবসি ১০,৪৮৬ sq km নি অদুগা স্টেট অসিগী ২০০১ গী *census report* কী মতুং ইন্না মীশিং অসি ৩,১৯৯,২০৩ নি লমদম অদুগী য়েলহৌমীনা লাক্ষ ৭ লোম ওইবা মতমদা মীতোপ্পা লাক্ষ ২৫ময়া ওইরে ।

৬। *Shri Lanka* গী পাকচাওবনা ৬৫৬১০ sq.km. নি অদুগা ২০০১ গী *census* কী মতুং ইন্না লৈপাকসিগী মীশিংনা ১৮.৬ *million* ওইবা মতমদা ১৫.৪% না তামিলশিংনি ১৯৮৩ গী জুলাইদা সিনহলি অমদি তামিলশিংগী কাংলুপকী ইবাংদা মীওই লিশিং ৩৫,০০০ হেন্না শিখি ।

৭। *Assam* গী অহানবা *Chief Minister Gopinath Bordaloi* না *Assam* দা *Bangladeshi* ২.৫ লাক্ষ হেন্না থোমজিল্লকপগী মতাংদা ইবা চিঠিদা ভারতকী অহানবা *Prime Minsiter Jawaharlal Nehru* না মেগী তাং ১৮,১৯৪৯ ইংদা মীতোপ মখা তানা নৈহন্নবা চিঠি হল্লকখি।

৮। ইং ১৮৭৩ গী *November* তাং ১দা *Bengal Eastern Frontier Regulation (ILR) Act 1873 Assam* গী লমশিংদা চংনহনখি।

৯। ২০০৭ গী মে থাদা *Central Govt.* গী *Minister of Tribal Affairs* না *Andaman & Nicober Island* দগী য়েলহৌমীশিং কন্ননবা পোলিসি অমা শেম্মনবা ব্বারেপ লৌখি।

১০। *Assam* গী অপুনবা মীশিং ২০০১ গী সেনসসকী মতুং ইন্না ২৬,৬৫৫,৫২৮ কী মনুংদা লাক্ষ ৮০ হেনবনা মীতোপ ওইরে।

১১। ইং ১৯৮৭ কী এপ্রিলগী তাং ২৩ দা অৱাং নোংপোক্কী *Regional Political Party* শিংগী মীফম অমা গৌৱাহটিদা ফমখি মীফম অদুনা *North East* তা *ILP* চংনদ্রিবা ষ্টেট ৪ অসিদা *Inner Line Regulation* চংনহন্নবা ব্বারেপ লৌখি।

১২। ১৯৫০ গী *November* গী তাং ১৮ দা মণিপুবদা হান্না চংনবশ্বা *pass port system* নত্রগা *permit system* হায়না খংনবা *system* অদু মতমদুগী *Chief Commissioner, Himmat Singh* না *Notification* অমা থোক্লুনা লৌথোকখি।

১৩। *AMSU* অমদি *AMSCOC* কা মণিপুর সরকারগা ১৯৮০ গী জুলাইগী তাং ২২ অমদি অগষ্টকী তাং ৫ দা মণিপুরদা থোমজিলক্লিবা *Foreigner* শিং অসিবু খন্দোক্লুনা চংহনখিনবা য়ান চে অমা সহি তৌনখি।

১৪। ১৯৯১ গী মে থাদগী পোরমলেন অপুনবনা জিরিগী চা ফেক্তরীগী জগাদা লম হেক্তর ৩০ *Calcutta* দা লৈবা *J.K Jain* হাযবা থিকাদব অমদা মণিপুর গর্ভমেন্ট য়াওনা য়োস্থোকলম্বগী মতাংদা মীয়ামদা খংহন্দুনা কনখি।

১৫। ১৯৯৪ গী *November* তাং ৯ দা *Foreigner Issue* গী মতাংদা *AMSU* গী লুচিংবশিংগা মণিপুরগী গর্ভমেন্টকা অনিশুবা ওইনা য়ান্ন চে অমা সহি তৌনখি।

১৬। ২০০৫গী *November* দা *United Committee Manipur (UCM)* না *Influx of Migrants into Manipur* হায়না মীংথোনবা লাইবিক অমা পুথোকখি।

১৭। *15th November 2005* তা *Federation of Regional Indigenous Societies (FREINDS)* লিংখৎপা।

১৮। *12th March 2006* তা *Freinds* না শিন্দুনা অহানবা ওইবা *Inner Line Permit System* গী ওইবা মীফম অমা *Manipur State Guest House* কী *conference hall* দা পাংথোকখি।

১৯। *30 th June 2006* তা *Freinds* না মণিপুর গভর্নমেন্টদা *ILP* গা মরী লৈননা *Memorandum* পীখি।

২০। ২০০৬ গী জুলাইগী তাং ১ দা *Freinds* কী লুচিংবশিংগা অহানবা ওইনা *ILP* গী মতাংদা মণিপুরগী গভর্নমেন্টকী মীহুৎকা ফম্মীনখি।

২১। ২০০৬ গী মার্চ থাগী তাং ২ গী পুং ২ তাবা মতমদা মণিপুর *Assembly* দা *Singjamei Kendra* গী *MLA I. Hemochandra* না মীতোপ থোমজিললকপগী মতাংদা পুথোকপা।

২২। ২০০৬ গী জুলাইগী তাং ২ দা *Civil Society Organisation* কয়ান পুল্লগা *ILP Demand Committee* শেমখি।

২৩। ২০০৭ গী অগষ্টকী তাং ৪ দা *North East Students Organisation (NESO)* না *North East* কী ষ্টেট খুদিংমক্তা *Inner Line Permit System* চৎনহন্নবা ৱারেপ লৌখি।

২৪। ২০০৭ গী মেগী তাং ৭তা ওইনাম কেন্দ্রগী Dr. I. Ibohanbi না মণিপুরদা ILP চৎনবা চুমলোয় হায়না Assembly দা থমখিবদু মেগী তাং ১০/২০০৭ দা Manipur Assembly গী House তা হাংখিবা ৱাফমদু লানখ্রে। মহাক মশামক ILP গী ইহৌদা শৌগৎলি হায়না Assembly House তা থমখি।

২৫। All Assam Student Union (AASU) না ২০০৭ গী November ১২ অমুক্তা হননা মীতোপকী থোমজিললকপগী মতাং Winter Assembly session দা ৱারেপ লৌদুনা থবক পায়খৎকদবনি হায়না তকশনবা।

২৬। তাং ১১/১২/২০০৮ তা PIL অমা Guwahati High Court তা Sapamcha Jadumani না মীতেৎপ থোৎমজিনল্লকপগী মতাংদা থাখি।

২৭। তাং ২২/৮/২০১১ দা মনিপুরদা Inner Line Permit System চৎনহন্নবা অমদি Manipur State Assembly দা পুথোক্কদবনি হায়না মনিপুরগী মফম কয়াদা ছাত্রশিং/ইমাইবেনশিং তোঙান-তোঙানবা লুপশিংনা পাক্তকুনা রাকৎ মীফম ফমখি।

২৮। তাং ২৬/৮/২০১১ দা মনিপুর Assembly দা M.L.A. N. Mangi না House তা Calling attaintion motion অমা Inner Line Permit System গী মতাংদা পুখৎখি।

২৯। তাং ২৭/৮/২০১১ দা Inner Line Permit System গী মতাংদা State Cabinet কী মীফম ফমখি।

৩০। তাং ১৭/৯/২০১১ দা The Expert Committee on the Introduction of Bengal Eastern Frontier Regulation 1873 or Inner Line Permit System to the State of Manipur গী মীফম হৌখি অমদি

৩১। তাং ১/১১/২০১১ দা The Expert Committee on the Introduction of Bengal Eastern Frontier Regulation 1873 or Inner Line Permit System to the State of Manipur গী Report পুথোকখি।

৩২। তাং ৫/১১/২০১১ দা মনিপুরগী Hon'ble Chief Minister O. Ibobi দা অয়ুক্কী পুং ১১.৩০ তাবা মতমদা FREINDS কী President Sapam Cha Jadumani না লুচিংদুনা Committee গী Report অদু খুৎশিন্নখি।

অহান্বা পন্দুপ

# মীশিংগী লানদা ভারতকী নুংগী পোলিসি

মালেম অসিদা মীবু মীনা নমথনবগী মখন মখনগী লানওং কয়া শিজিন্নদুনা লাক্লি মীওইবনা হৌরকপঙদগী অকনবনা অশোনববু তুহৎপা, অকনবনা অচুম্বা শকপা, ঙসি ফাওবা চৎনরী। মপাঙ্গল কনবা লৈপাকশিংনা অশোনববু খুৎলায় ওইনা শান্নদুনা অমগা অমগা হাংনহন্বা ঙসিসু লেপত্রি। ঙসিগী ২১ সুবা চহি চা অসিদদি মনা মনিল নায়দনা খুৎলায় চংদবা খ্বায়দগী লায়বা লান অমা চৎনরক্লে মদুদি Population War নি। মসিগী লান অসিগী খ্বায়দগী হৈথোয় শিংথোয়বা লৈপাক্রী মালেমগী মনুংদা ভারতনা ওইরী। ভারত মালেমগী মনুংদা খ্বায়দগী মীশিং য়াম্বা লৈপাকশিংগী মনুংদা অনিসুবা লৈপাক ওইরী। ২০১১ গী মীকোক থিবগী মতুং ইন্না ভারতকী মীশিং অসি ১,২১০,১৯৩,৪২২ ওইবে। অদুনা ভারতকী অসিগুম্লবা লন অসি লেম্লা মাংহন্দনবা মাথকৈ অনিদা শিজিন্নরী। অমনা ভারতকী থংননা লৈরীবা লৈপাক মচাশিং লৌশিননবগী থৎক্তা শিজিন্নে। খুদম ওইনা ভারত মনুংদা চাবা ফংদ্রবা, সুফম নোমফম ফংদ্রবা, চরম চদৎনবশিং অদু ভারতকা য়ুমথংনবা লৈপাক মচাশিং অদুদা থাজিন্নগা লমদমদুদা হান্না লৈজরীবা মিশিংদগী হেনগৎহন্দুনা লমদু ভারত ওন্থোক্লবা হোৎনবনি। অমনা ভারত মনুংদা লৈরীবা মীশিং য়ামজদবা ভারত বাসিশিংগা শক কুচু মান্নদবা ফুরুপশিংবু হায়ব্রীদ নেসন অমা ওন্থোক্লবা লম্বীদা শিজিন্নে।

ভারতনা বৃটিসকী মখাদা চহি ১৫০ হেম্না মীনায় ওইরবা মতুংদা মরা চেৎপা ভারত অমা শেমননবা ভারত মনুংদা লৈমীন্নগদৌরীবা লৈপাকশিংগী

ঙমখৈগী মনুংদা পুৱারীদা মীখা পোনবা হৈনরক্কবা নিংতম্বা পাম্বা অমদি মশাগী তোঙানবা নিংতম্বা তাল্লক্কনি হায়না খনবা লৈপাকশিংবু, বৃটিস য়াওনা ভারত শেম্বদা লৈপাকশিং অদু পীকথহন্দুনা মপাঙ্গল শোন্থহন্নবগী অমদি লাকপা য়ান্নবগী খোংথাং লৌখিদবা নত্তে। খূদম ওইনা খালিস্টানশিং অসি নিংতম্বা পাম্বা মীখা পোনবা হৈনদবা মপা মপুশিং অদুগী সুথাংনি অদুনা নোংমদি ভারত্তগী তোখায় তাগে হায়রম্পা য়ায হায়দুনা পঞ্জাবকী শরুক তংখায় অমা ভারত পকিষ্টান খায়রকপদা পাকিষ্টানদা পীরমখি । নাকল অমদা মতম কয়াগী মমাংদগী East Bangal হায়না খংনরকপা Bangali সিংগী লৈপাক অদুবু Bangali শিংগী অপুনবা পাঙ্গল অদু থুগায়দুনা East Pakisthan ওন্থোকখি । ঙসিনা নীংতম্লবা Bangladesh অসুম্না ভারত্তা কাংলৈপাক (মণিপুর)বু ১৯৪৯ গী ওক্টোবর তাং ১৫ দা ভারত্তা পুলহল্লবা মতুংদা ইকুই কুইদনা কাংলৈচাশিং অসি মীখা পোন্দুনা লৈগদবগী শরুক নোংমতা ওইরবসু নিংতম্না হিংলমবনা ফৈ খনবনা মতম অমা মালেমদা মপা লৈতনা কল্লবা মলেসসিংগা British (Anglo Manipuri War 1891) লানথেংনর্নাখিবনি অদুনা নোংমদি মপা মপুগী ঈদা তোংদা যাওরকপা নিংতমনিংবগী মহাও অদু লাকপা যায হায়না মাংজৌননা উদুনা সমুদ্র লম্বী ফংবা তম্পাক্কী সৈহাও চেল্লবা মমল য়াম্লবা মহৌশাগী লন্না থল্লবা কবো তম্পাকপু মণিপুব মীযামগী অপাম্বগী মযোক্তা ব্রর্ম্মা (Myanmar) দা পীথোকখি। অসুম্না ভাবতপু মবা চেৎপা লৈপাক অমা ওইননবা থৌশিলখি মসিগী মখা তারকপা ওইনা অমুক্ক হেন্না মরা চেৎপা হিন্দুস্টান অমা ওইননবা থৌশিলগী মখাদা ভাবতকী অবাং নোংপোক্তা খুন্দারীবা ভারত বাসিশিংগা শক. কুচু খেন্নবা নাতোন নম্বা মীৎ খুবা Mongoloid কী শক্তা তাবশিং অসিবু মনা মনিল নায়দনা থুপচনখিনবগী Population dilution policy শিজিন্নবা হৌবকখি ।

## ভারতকী নুংগী পোলিসিদা যুমথংনবা লৈপাক অমদি অৱাং নোংপোক

## SHRI LANKA দা চৎথরী লানলোং

Shri Lanka ভারতকী খা থংবা শরুক্তা লৈবা মনিং তম্বা লৈপাকনি, অসিগী পাক- চাওবনা 65.610 sq.km. নি 2001 census কী মতুং ইন্না মীশিংনা 18.6 million নি । মসিগী মনুংদা তামিলসিংনা 15.4% য়ৌরে।

মতম কয়াগীমমাংদগীতামিলশিংনা ভারত্তগী লাক্লগা ঙামী ওইনা খুন্দাবা হৌরকখি। মতমগী মতুং ইন্না লেপ্পা লৈতনা ভারতকী তামিলশিংনা থোমজিল্লক্লুনা ১৯৫৫ দদি Shri Lanka গী অপুনবা মীশিং 15.16 million ওইবগী মনুংদা ১২.৬% তামিল ওইরক্লুনা তামিলশিংনা মপুং ওইনা খুন্দাবা অৱাং থংবা ডিষ্ট্রিকপু মপুং ফাবা ওতোনোমী পীগদবনি হায়না ৱাকৎ লাকপা হৌখি । মরুওইনা তামিলশিংনা Shri Lanka দা মশোং ফলহল্লকখিবগী মরুওইবদি লৈপাক অসিনা British কী মখাদা লৈবীঙৈদা Shri Lanka দা লৈরীবা য়েলহৌমী ওইরীবা মরুওইনা Sinhales শিংবু নমথবা য়ান্নবা তামীলশিংবু British Administration দা যাওহন্দুনা লৈপাক ঙাকপগী অচৌবা থৌদাং লৌহল্লকখি। মসিনসু Shri Lanka দা তামিলশিং থোমজিল্লকপগী অচৌবা খুদোংচাবা অমা ওইখি । অদুবু British না লৈপাক অসি থাদোকখ্রবা মতুংদা ওক্তোবর ১৯৪৮ তা Shri Lanka Citizen Act কী মতুং ইন্না তামিল লিশিং ১৫ ভারতকী Citizen নি হায়না খন্দোকখি লোইননা Shri Lanka Govt. গী Parliament তা তামিল representative অদু ২৪ দগী ১৬ তা হন্থহনখি ফনা কননা Govt য়াওনা মীতোপ খন্দোক্লুনা মখা তানা মীতোপ হেনগৎতনবা হোৎনবদসু শক কুচু মান্নবা ওইবনা ভারতকী তামিলশিংনা থোমজিল্লকপদি লেপখিদে । মসিমক্লা তামিলশিংগী হোম লেন অমাগী ইহৌ লাকখি । মসিবু যানিংদবা ওইনা য়ুমদাংবনা কৈনাবা যারোয় হায়না ১৯০৩ গী জুলাইগী অরোয়বা চযোন্দগী হৌনা সিনহলি অমদি তামিলশিংগী মরক্তা অচৌবা কাংলুপকী ইবাং থোবক্লুনা মীওই লিশিং ৩৫গী মথক্লা শিখি । মসিগী মখা তাবকপদগীদি ১৯৮৪ দগী তামিলশিংগী খুংলাং পাম্বা ইহৌনা Shri Lanka দা তামিলশিংগী নিংতম্না লৈপাক অমা শেমননবা ইহৌ লাকাগদুনা ঙসি ফুসিমক চৎথরী ।

## নেপাল

নাকল অমদা ভারতকী অরাং থংবদা লৈবা নেপালদা চংশিল্লীবা লানওংসু করিসু থেন্নবা নত্তে থেন্নরীবা হায়ববু Nepali শিংনা ভারত্তা খুন্দা লৈতাহনবনি অদুগা ভারত বাসিসিংনা Nepal দা লৈশিন্দুনা নেপালগী শেনমিৎলোন অমদি লৈঙাকলোন্দা খুৎ চংশিন্দুনা Nepal বু ভারত লৈঙাক লোন্দা পুশিন্নবা থৌশিলনি। ঙসিদি লিশাং শিৎনা নিংথৌ পানবা লৈঙাক অমা ওইনা লাকখিবা নেপালদা নিংথৌগী লৈবাক অদুগী মযোক্তা ভারতকী নুংগী ওইবা থৌশিলদু মমি শেংহল্লক্লি । নোংমা কাংদনা ভারত্তগী থোমজিল্লকপা

মীতোপশিংনা জনকপুর দিষ্ট্রিক অসিমক মীতোপশিংগী State অমা শেম্মনবা মীতোপশিংনা লিংবা Pressure Group Madeshi Mukti Mocha না হোৎনরী। খংমিন্নবদা নুংঙাইবা অমদি ইং ১৯৭৬ গী জুলায়গী তাং ৩০ দা Govt. of India গী Minister of home affairs গী order no. 25022/ 110/76-FI না হুকুম অমা থোক্কুনা The foreigners restricted area order 1963 শেমদোক্কুনা মণিপুরদা এক্ট অসি ১৯৬৭ গী January গী তাং ১৯ দগী চৎনহন্দুনা মণিপুরদা মালেমগী মফম অমদগী ইরমদমসিদা লাকপা অমদি চংলকপদা অথিংবা থমদুনা মালেমগী মীয়ামদগী তোখায়না থমলকলি । অদুবু Act অসিগী Article 7 না Nepalli শিংবুদি foreigners restricted order অসি চৎনহনখিদে মসিনা ইরমদম অসিদা Nepalli শিং অসিনা মনিং তম্না খুন্দাবা লাকপদা অয়েৎপা লৈতে মসিগী ব্রাহন্থোক মসিগী নুংগী ওইবা ভারতক্কী পোলিসি করিনো ?(মরী লৈননা য়েংমীন্নবা য়াবা অমনা Government of India গী Minister of Home Affairs গী ইংশক ১৯৫৮ কী অগষ্টকী তাং ১৯ দগী ফোরেননর প্রোতেকতেৎ এরিয়া ওর্দর ১৯৫৮ না ভুতান, সিককিম অমদি নেপাল্লিশিংদা এক্ট অসি চৎনরোয় হায়না থমলি )

## ভারতকী নুংগী পোলিসি
## সিক্কিম

ভারতকী হৈশিংলবা থৌশিলনা ভারতক্কী য়ুমথংনবা লৈপাক মচাশিংদা চৎথরকপগী লিক্লম অদুগী মায পাকপদুনা সিক্কিমবু ভারত লৈঙাক নুংদা তিনশিনহল্লকপা- - Sikkim নিংশিংবা থোক্কবা মতমদগী মনিং মখা তম্বা নিংথৌ পানবা সিক্কিমীস মীশিংগী লৈপাক্লি মসিগী পাক চাওবনা সুপ্পতগী ৯,০৯৬ Km² অদুনা ২০০১ গী মীকোকথিবদা ৫৪০,৮৫১ নি। লৈপাক অসিগী মায়কৈ অহুমমক্তা মনিংতম্বা লৈপাক চাইনা, ভুতান অমদি নেপালনা কোয়শিনবা লৈপাকনি মতম শাংনা মপা মপুশিংনা মনিংতম্বা লৈপাক অমা ওইনা 20th century তংখায় হেননা শিন্নরল্লবসু ইং শাক ১৯৭৫ এপ্রিলগী তাং ২৬ তা ভারত লৈঙাকনুংদা তিনশিনখি চহি লিশাংসিংনা সিক্কিমীজশিংনা লৈঙাকচবা সিক্কিমদা মীতোপ কয়ানা শক কুচু মান্নবগী খুদোংচাবা লৌদুনা লেপ্তুনা থোমজিনলকখি মরুওইনা নেপাল্লি ভুতাননিসিংনা হাননা লৈজরম্বা সিক্কিমীজশিংদগী শরুক মরি থোকপগী অহুম ওইরকখি অমদি সিক্কিমগী লৈঙাক ফাওবা পায়শনবা হৌরকখি । মীতোপ্পা মীশিং হেনখিবনা মীশিং য়াম্বা

মীতোপশিংগী মব্রা চৎলকপনা সিক্কিমীজশিংগী নিংতম্বা অদু মীতোপশিংনা লুচিংদুনা ভারস্তা য়োম্বোকখি । ঙসি ঙসিমক মীতোপ্পা Chief Minister ওইদুনা (Pawan Kumar Chamling Chief Minister of Sikkim) ) লৈঙাকলি মসিনি মীশিংগী লান সিকিমীজশিংনা মশাগী মরমদা মাইনোরীতি তারে মশাগী লৈঙাক মীনা মুনখ্রে , মমি শামখ্রে হৌগৎপা ব্রারগনি অমদি তপনা তপনা ভুতানবু ভারতকী খুবামনুংদা তারকপা ঐখোয়না উরী, ঙক্লিংঙায় ওইদে । অদুবু খ্বায়দগী কিনিংঙায় ওইবা অমদি মীশিংগী লান অসিনা মলেমদা লৈরীবা অপিক অপিকপা ফুরুপ (জাতি) মচা কয়া মালেমদগী মুৎথৎলকপা অমদি নৌনা মুৎথৎনবা লৌরকলিবা খোংথাংসিনি ।

# অন্দমান অমসুং নিকোবর

Andaman and Nicober Islands সুপন্তগী ৮,২৪৯ Sq Km দমক পাক চাওবা মীশিংনা ২০০১ গী মীকোপ থীবগী মতুং ইন্না ৩,৫৬,১৫২ নি মসিগী মনুংদা ৩,১৪,৯৮৪ না Andaman গী অপুনবা মীশিং ওইবা মতমদা Nicober গীনা ৪২,০৬৮ খক্তা ওইরী । অসিগুম্লবা পীকখ্রবা সমুদ্রা ময়ায়দা লৈবা ইথৎ অসিদা মপান্দগী হায়জিল্লকপা মীতোপশিংনা নোংমা নোংমগী য়ামশিল্লক্তুনা হান্না লৈজরম্বা য়েলহৌমিশিংগী শেনমিৎলোন্দা অচৌবা চৈফু অমা পীবদা নত্তনা লৈঙাকলোন্দসু অহোংবা অমা লাক্কুনা খুদিংমক মপানগী মীওইদা তাখিবা য়াবগী তাংকক অদু লাক্লে খ্বায়দগী লুবকলিবদি লমদম অদুগী Identity অমদি Culture দা অকনবা শাফু অমা পীবদুনি । মসিনা লমদম অসিগী Growth rate অসি Andaman খক্তদা ৩০.০৮% ওইরে । নাকল অমদা Nicober দদি সুপন্তগী ৭.২৯% ওইরী। মসিনা তাকপদি ১৯৯১ দগী ২০০১ ফাওবদা অঙকপা ফংনা ঈশিং ইচাওগুম্না মীতোপনা লৈশল্লকলে হায়বগী খুদমনি। অদুবু খ্বায়দগী Andaman and Nicober আইলেন্দগী লায়বক ফাবদি ২০০৭ গী মে থাদা Central Govt. গী Minsitry of Tribal Affairs না অথুবগী ওইনা লমদম অসিগী য়েলহৌমিশিং অসিবু মীতোপতগী কঞ্জনবা তোঙানবা পোলিসি অমা শেম্মনবা হোৎনবা হৌখ্রে । ব্রাফম অসি কয়া য়াম্না Govt. of India না থম্মোয় শেংনা তৌরক্কদগে হায়বদু য়েংখিবা তারী ।

# Andaman tribes on brink of extinction?

## Huge Influx Of Outsiders Poses A Threat

TIMES NEWS NETWORK

New Delhi: An expert committee on tribals has rung an alarm that tribal groups on Andaman and Nicobar Islands are under threat from a large influx of population and burgeoning construction which has put traditional lifestyles and fragile ecology under stress.

The committee set up by the ministry of tribal affairs has urgently sought separate policies to protect endangered tribes. Known as primitive tribal groups (PTGs) in A&N Islands, these include Jarawas, Shompen, Great Andamanese, Onges and Sentinelese.

Committee has recommended steps to restrict population influx into the islands. These would mean stopping of vehicular traffic on Andaman Trunk Road passing through Jarawa Reserve and construction work on the road which runs through the middle of Great Nicobar.

The pressure of rising non tribal population would only increase the stress on tribal groups which were also severely impacted by the December 2004 tsunami which wrecked havoc on the islands, cutting off some areas from all contact for days. Even though tribal groups survived, it has been felt that they need particular attention.



**COST OF DEVELOPMENT:** A panel set up by ministry of tribal affairs has urgently sought separate policies to protect endangered tribes

A SC order banning vehicular traffic along the Jarawa Reserve has been gotten around through a stay order and vehicles ply on the road. Officials believe that time is running out and significant restrictions would have to be put in place and traffic discontinued within a set time frame.

Similarly, the portion of the road which runs through middle of Great Nicobar has caused considerable destruction to the Shompen way of life since it runs through their reserve, according to reports. The committee has recommended an immediate stop to the road being repaired by the Border Roads Organisation.

The committee headed by secretary, ministry of tribal affairs, felt that with their distinctive nature, each of the five PTGs should have a separate policy. Officials pointed out that a study on each of the tribes should be taken up while the policy for Jarawas should be reviewed. It expressed concern over acute shortage of drinking water and large scale construction resulting in destruction of the delicate ecological balance in the islands.

Officials pointed out that there was lack of sensitivity amongst the general population in the islands vis a vis the tribes. There was little concern on the adverse impact of various activities on these groups or the fact that they are on the brink of extinction, sources said.

খংমিন্নবদা কান্নবা অমনা **Andaman & Nicobar**দা লম কোয়বা লাকপা ফোরেননরসিং অমদি ভারতকী অতোপ অতোপ্পা মফমশিংদগী লাক্লিবা লম কোয়বশিং অদুনা চাবা ঙমদদুনা হুন্দোকলম্বা লুখাকশিংদু অন্দমানগী মফি মরোল নিংথি নুংঙায়না শেতবা য়েল হৌমিশিং অদুনা মখোয় মশেন মুন্নদুনা চায অদুবু লাক্লিবশিং অদুনা মখোয়দা অচাপো অমা পীবা নত্রগা পৈশা পীরুরবদি লুপা লিশিং ১দগী তাদনা ফাইন লোই। খ্বায়দগী ঙকলিবদি ফাদুনা ফাইন লৌরীবা **Andaman & Nicobar**গী **Security**শিং অদুনা মীনা হুন্দোক্লমবা লুখাকশিং অদুদি চাদনবা থিংদে লুখাক খুল্লগা চাবদি য়ায় (ফ্রেস) লুখাক নত্তবা পীবা য়াদে পৈশানা পোৎ লৈরবদি লুখাক নত্তবা চাবা ফংগনি মখোয়দি লুখাক অরেম অতা চাহনগদবনি হায়বসিবু করম্না মখলগী মফমদুনগী চৎনবীনো ? ভারতনা মলেমগী লৈবাকশিংগী মরক্তা চাওখৎ লমজেন তান্নরী অদুবু ভারতকী মনুংদা লৈরীবা অন্দমান অমসুং নিকোবর অইলেন্দা লৈরীবা য়েলহৌমিশিংদি পৃথিবীগী মীয়াম্না লাক্লগা য়েংননবা মীবু জুদা য়োকপা শাগুম্না থল্লী। মখোযবু য়েংবা লাকপশিংদুদগী কারকপা শেনফমশিং ভারতকী রিসোরস অমা ওইবী ইকায়নিংঙায়নি। বেঙ্গলাদেসতগী লাকপা বেঙ্গল্লীশিং, ভাবতগী লাকপা বেঙ্গল্লী, টামিল, মদ্রাজি, বীহারীশিংনা লৈঙাক পাযদুনা য়েলহৌমীশিংগী থাদরকপা লোনশিং মখোয়বু য়েংবা লাকপদা কারকপা শেনফমশিংদু মরাং কায়না শিজিন্ননিংবা মওংদা শিজিন্নদু মীতোপশিংনা পাল্লি মুৎশিল্লক্লব অন্দমান অমদি নিকোবরগী য়েলহৌ মিশিং মালেমদগী খোংগুন মুৎখিবা শোয়দ্রে মুৎখ্রগনি।

## ভারতকী নুংগী পোলিসিদা অৱাং নোংপোক ঃ মেঘালয়া

Meghalaya না VIth Schedule লৈবা State ওইবনা লমগী মপুদি মীতোপকী মখুৎতা তাখিগনি হায়বগী অকিবদুদি লৈত্রে অদুবু Meghalaya গী লুচিংবশিংনা VIth schedule অসিনা Meghalaya গী য়েলহৌমীশিং অসিগী Identity শেনমিৎ লোন অমদি থবক ইখাংগী লমদদি কনবা ঙমলোয় হায়বসি খংখি অদুনা ১৯৭৪-৮০-৮৭ অমদি ১৯৯২ দা Khashi student Union (KSU) অমদি Federation of Khasi Jaintia and Garo People (F.K.J.G.P.) না মীতোপশিং খন্দোক্লবা অমদি তানথোক্লবগী মখন কযাগী

খোংজং চংশিল্লকখি অমদি ইহৌ অসিবু Khashi মীয়াম খুদিংনা শৌগৎতুনা State কী Law and Order দা ফাওবা অচৌবা সাফু অমা পীরকখি। লোয়ননা Congress (I) গী Leader অমসু ওইরীবা Captian William son sangma না Meghalaya দা Inner line Regulation থম্নবা Central Govt. দা তকশিনবা হৌবকখি। অদুবু Central Govt. না করিগুম্বা থবক অমত্তা পাযখৎতনা লাকখি। অমদি ২০০৬ কী August কী অহানবা চয়োন্দগী (K.H.A.D) না Meghalaya দা মীতোপ থবক শুবা শিংগী মথক্তা অকনবা drive অমা চৎথদুনা মীওই লিশিং ৩ হেন্না মীতোপ থবক শুবাশিং তোঙান তোঙানবা মফমদগী খন্দোকখি অমদি মখোয়বু ফাইন থিহনবদা নত্তনা নমদুনা labour registered তৌহনখি। তৌহল্লিবা registered অদু অককনবা মতম পীবগা লোয়ননা মখা তাবা থবকশিং য়েলহৌমি নত্তনা খুদোংচাবা পীদনবা পোলিসি যাংখি। খ্বায়দগী খুমাং চাওশনবা অমনা 26th August 2006 তগী দিষ্টিক এদমিনিষ্ট্রেনসু থবক অসিদা য়াওশিন্দুনা drive চংশিন্দুনা মীওই ২৯৫ নুমিৎতুদা ফাগৎখি অমদি মখোযদুগী মথক্তা অইনগী ওইবা থবক লৌখৎখি। ঙসিসু মীতোপ থোমজিল্লকপগী নিংদোম পোমলী অদুনা Meghalaya state তা Inner line permit system চৎনহন্নবগী ঈহৌ শাগৎলী, চৎথরী।

হোরবা হিনুংদা লেপ্পা নাযদনা ফাওজললক্লিবা ইফুৎকুম লেপ্পা লৈতবা Population Dilution Policy অসিনা চৈথেং পীদুনা হৌজিক হৌজিক মায়োক্ন রীবা ভারতকী মনুংদা লৈরীবা লৈবাকশিংদি অন্দমান অমসুং নিকোবর, অসাম, মণিপুর অমদি ত্রিপুরানি।

## অসাম

অসামগী পাকচাওবসি ৭৮,৪৩৮ sq.km. নি অদুগা state অসিগী ২০০১ গী মীকোক থিবগী মতুং ইন্না অপুনবা মীশিং অসি ২৬,৬৫৫,৫২৮ নি ভারতনা মনিং মখা তাম্বগী লিকলমনুংদা অসামগী অহানবা Chief Minister Gopinath Bordoloi না Assam দা Bangladesh তগী Bangladeshi লাক্ষ ২.৫ হেন্না থোমজিল্লক্তুনা মখোয়গী তুংগী পুল্সিরোলদা অচৌবা অৱাবা অমা মায়োক্নরক্কদবা অদু উবদগী ভারতকী অহানবা Prime Minister Jawaharlal Nehru দা ইবা চিঠিদা ময়েক শেংনা Assam দা থোমজিল্লকলিবা রিফ্যুজিশিং অসি পুবা থাংবা ঙমলোয় মফম চানা শিন্দোকপীখো হায়না ইরুবগী

পাওখুম ওইনা 18th May, 1949 দা "Assam Govt. না মখোয়শিং অদু মফম চানা থমদুনা, অফবা মওংদা treat তৌদ্রবদি মথংগী শেনবাদা অচৌবা শেন থুমগী অৱাবা অমা Assam না মায়োক্লগনি" হায়দুনা ধমকা তৌরকখিবা অদুগী নুংগী ওইবা ৱাহঙ্খোক অদু "অৱাং নোংপোক্কী Aryan শিংগা শক কুচু মান্নদবশিংবু Aryan গী শক কুচু ওঙ্খোক্লবগী অহানবা চৈফু ওইখি । অদুদগী অমুক হন্না অসাম গর্ভমেন্ট না influx কী মতাংদা ফোংদোকচবা ঙমখিদ্রে । অদুবু অৱাং নোংপোক ভারতকী ওইনা মীতোপ থোমজিল্লকপগী মায়োক্তা লাওবা অহানবা মহাক্লা ওইখি ।

# Nehru twist in Bangla influx tale

By Prabin Kalita/TNN

Guwahati: A letter purportedly written by former Prime Minister Jawaharlal Nehru to Gopinath Bordoloi, Assam's first chief minister after Independence, brings into light Congress's arm twisting tactics to force the north-eastern state to give shelter to refugees from erstwhile East Pakistan

The letter, which Siddhartha Bhattacharjee a Gauhati High Court lawyer recently found by "accident" when he was browsing through some files of his father Gauri Shankar — a prominent politician of yesteryear and a close friend of Bordoloi — outlines the genesis of the thorny infiltration issue that has dominated the politics of the North East

Bordoloi had informed Nehru that the state had already received about 2.5 lakh Hindu refugees from East Pakistan and that the state could not accommodate any more migrants In his reply, dated May 18, 1949, Nehru said "If Assam adopts an attitude of incapacity to help solve the refugee problem, then the claims of Assam for financial help will obviously suffer"

A copy of this letter is in possession of TOI.

**PAST TENSE**

"You mention that Pakistan is carrying out espionage in Assam. To some extent, I suppose, this is being done by Pakistan all over India and it is inevitable." the then Prime Minister said "I'm surprised to learn that you feel helpless in dealing with the influx."

He went on "We have to absorb them and make provisions for them so that they might be good citizens In doing so, all provinces have to help and cooperate and it will do no good to a province to refuse cooperation in this national work"

Former chief minister Prafulla Kumar Mahanta, who spearheaded the six-year anti-foreigners' movement as Aasu president, said the attitude of the Congress leadership has not changed since "Except Sardar Patel and Mahatma Gandhi no one gave weightage to our region," he added

Had it not been for Nehru, the Chakmas of the Chittagong Hill Tracts would have been with India Mahanta, who now heads the Asom Gana Parishad (Progressive) said. "Patel wanted all Hindu-dominated areas in the subcontinent to be with India, but Nehru opposed it"

State Congress leaders declined to comment on the letter

The Times of India
Thursday, October 12, 2006

# Aasu slams Cong over Nehru 'letter'

**Times News Network**

**Guwahati:** The All Assam Students' Union (Aasu) has said the Congress owes the people of Assam an apology, a day after a letter, purportedly sent by Jawarhalal Nehru's to the state's first chief minister after Independence, Gopinath Bordoloi, came to light.

The missive, dated May 18, 1949, shows the Congress's arm-twisting tactics to force the north-eastern state to give shelter to refugees from erstwhile East Pakistan The state could face financial sanctions if it refused to absorb lakhs of migrants, the erstwhile Prime Minister had threatened a reluctant Bordoloi.



Riding the then chief minister's seemingly anti-influx stand, Aasu, which had spearheaded an anti-foreigners' movement in the 1980s, demanded on Wednesday that the Congress brass should apologise to the countrymen for "encouraging influx".

State PCC president Bhubaneswar Kalita said: "It's a move to tarnish the image of Pandit Nehru "

But, Aasu advisor Samujjal Bhattacharyya dared chief minister Tarun Gogoi to shun "vote-bank politics and show all illegal migrants the door" "Follow in the footsteps of Bordoloi and Bishnu Ram Medhi," he thundered

"Nehru's letter proves that the Congress has always encouraged influx in this part of the country," the advisor added "The Congress is responsible for the present day sorry state of affairs. It also proves that the Congress has long been using the entire North-East as a dumping ground for Bangladeshi refugees "

Aasu president Shankar Prasad Rai said had Mahatma Gandhi and Gopinath Bordoloi toed the line taken by Nehru and rest of the leaders, Assam would have been part of Bangladesh "The Assamese will never forget that Nehru washed his hands off when the invading Chinese army stormed Assam in 1962," he added

According to census records, the percentage of population growth in the state between 1951 and '71 was higher than the national figure The needle of suspicion obviously points towards the "unchecked influx" from across Bangladesh. According to the 1961-'71 census, while the national population growth percentage was just 24.80, Assam registered a corresponding figure of 34 95%

Though there is no official figure as to how many illegal migrants live in the state now, the 1999 voters' list recorded the existence more than 300,000 "doubtful voters"

মসিগী মখা তারকপদা All Assam Student Union (AASU) না ১৯৭৯ দগী ১৯৮৫ ফাওবা চহি ৬ অসামদা লাক্লুনা খুন্দা নৈতাশল্লক্নীবা ফোরেন্নরশিংগী ময়োক্তা মখল মখা কয়াগী মুভমেন্ট চৎথদুনা অসামদগী মীরৈপাক মচা অনথোক্ল বা খোংজং কয়া চংশিনখি। লোয়ননা রাফম অসিগী মতাংদা ভারত সরকারগা কয়ারক হন্না ফম্নিন্দুনা রারী শান্নখি অদুবু অদুক হায়া কান্নবদি ফংবিদে। মতম মাংদুনা তোকখি মরমদি অসাম্মীশিংগী অপাম্বা ডিমান অদু ভারতকী পোলিসিগী মায়োক্তনি। লোয়ননা অসাম গর্ভমেন্টনা মশাগী ফীরেপ লৌদুনা অসামদা

ILP চৎনহন্নবগী থবক পায়খলৎপগী মহুৎতা Central Govt.দা ইনসন্দুনা মশা ঙাকথোকচনবা হোৎনবনি হায়বসি অসাম্মীশিংনা খংনা খংনা উপায় লৈখিদে । য়াম্না ইতিহাসিক ওইবা অমনা ১৯৮৭ গী এপ্রিলগী তাং ২৩ দা অরাং নোংপোক্কী Regional Political Parties শিংগী মীফম অমা Gauhati দা ফমখি। মীফম অদুদা North East তা Inner Line Regulation (ILR) চৎনদনা লৈরীবা State মরি অসিদা (ILR) চৎনহন্নবা অমত্তা ওইনা য়ান্নদুনা রারেপ লৌখি অমদি Central Govt. দা তকশিনখি মীফম অদুদা AGP গী Chairman in chief প্রফুল্লো কুমার মহন্তা মতমদুগী অসামগী Chief Minister ওইখিবা মশামক্তা মরুওইবা থৌদাং লৌখি। মীফমদুগী য়ান্নখিবা রাফম অদু Centre দা চে থারগসু Centre গী ফীরেপ অদু ফংননবা মখা তানা তকশিনখিদ্রে অমদি মীয়ামদা খংহনবসু লৈখিদ্রে। ঙসি ২০০৭ য়ৌরকপসিদদি অসামদা মীতোপ লাক্ষ ৮০ হেন্না খুন্দাশন্দুনা অসামগী অপুনবা মীশিংগী শরুক অহুম থোকপগী অমা মীতোপনা ওইরে । অসামগী Official Language Assamee না ওইদুনা লাকপা অদু Bangali সু ওইরে অমদি অসামগী মফম কয়াদা মীতোপশিংনা লৈতাশন্দুনা অসামগী লৈঙাকনুংদা মীতোপক্কী মীহুৎনা অচৌবা খোংদাফম অমা ঙসিদি কনখ্রে । অদুবু ঙসিসু মীতোপকী মাইয়োক্তা লেপা লৈতনা চংশিনল্লি ।

# Neso seeks permit sieve

A STAFF REPORTER

**Guwahati, Aug 3** The North East Students Organisation (Neso) has made a case for extending the innerline permit system to every state of the region to keep out illegal migrants from Bangladesh.

The innerline permit system has been an effective sieve to filter out migrants trying to settle in Arunachal Pradesh, Nagaland and Mizoram.

In order to minimise the constant flow of illegal migrants from Bangladesh, Neso wants the introduction of the inner line permit in all seven states of the region. We are also aware how illegal settlements of Bangladeshis in the Northeast have changed the demographic contours of the region. After Tripura's indigenous population has become a minority in its own state, the people of Assam and Arunachal Pradesh are on the verge of becoming minorities in their own homeland. The Northeast is not a dumping ground for illegal migrants. Samujjal Bhattacharyya, who was yesterday re-elected chairman of Neso at its general meeting in Shillong, said at a press conference here today.

A bona fide Indian citizen must possess an inner line permit to enter states where the system is in force.

We are amazed at the way the Assam government declared all the Bangladeshis sent away from Arunachal Pradesh as genuine Assamese people. It was ridiculous, as those who came to Assam left Arunachal Pradesh after they were served quit notices by the All Arunachal Pradesh Students Union, said Gumjum Haider, the new secretary general of Neso and a member of the students union.

We are not against any genuine Indian citizen. Any Indian irrespective of caste, creed, language and religion can stay and work in Arunachal Pradesh. If the Centre and state governments don't take serious note of the influx issue, we plan to launch an aggressive agitation programme across the region, Haider warned.

Neso has asked the authorities to set up detention camps for suspected illegal Bangladeshis.

It has also decided to press for an overhaul of the education policy to tackle the problem of unemployment across the region.

We want more technical institutes to be set up here so that we can provide the best of infrastructural facilities to prevent the exodus of students from the region, said Bhattacharyya.

The organisation has demanded that a special education commission be constituted for the region.



**Samujjal Bhattacharyya (left) and Gumjum Haider at the news conference**
Picture by Eastern Projections

অৱাং নোংপোক ভারত্তা লৈরিবা state ৭ শিগী মনুংদা state ৩ অমদি পোলিসি অসিদগী কনজনবা মাংজৌননা সিসটেম অসি লাকনি খংখিবা বৃটিশনা Bangal Eastern frontier regulation act 1873 শেমদুনা ইং ১৮৭৩ গী নভেম্বর ১দগী এক্ট অসি চংনদুনা, Preamble গী Provision of Act XXXIII, Vict. Cap3, Section 1 না অসামগী লমশিংদা চংনহনখি। মসিগী পরিং চংথরকপানা বৃটিসনা অৱাং নোংপোককী লমশিং অসি থাদোকখ্রবা মতুং ভারতকী লৈঙাকলোন মনুংদা তিলহনখ্রবা মতুংদসু মখা তানা ILR সি চংনখি। হৌজিক হৌজিক ILR চংনরিবা State অহুম অদুদি Nagaland, Mizoram অমদি Arunachal Pradesh নি।

# AASU hits out over migrants

A STAFF REPORTER

Guwahati, Nov 12: The All Assam Students Union (AASU) today demanded that the Assembly adopt a resolution during its ongoing winter session to evict illegal Bangladeshi migrants and jihadi forces from the state.

The union will take out torchlit processions in the city and in Diphu on Thursday and after the district council elections in Haflong to build awareness against the migrants.

The AASU alleged that the Tarun Gogoi led Congress government was "friendly towards Bangladeshis" and had tried every trick in the book to protect the illegal migrants.

Referring to the clean chit given by the government to suspected illegal migrants who were pushed out from Arunachal Pradesh and Nagaland a few months ago, AASU adviser Samujjal Bhattacharyya said the move exposed the government's soft corner for foreigners.

"This is the first instance when a state government has declared persons evicted from two neighbouring states as Indian citizens," he added.

Bhattacharyya said AASU activists and the people of Assam had tried hard to identify the illegal migrants and hand them over to police.

"But it is unfortunate that the state government, instead of verifying their citizenship through the process of law issued citizenship certificates to them," he added.



Samujjal Bhattacharyya speaks to the media at the union office on Monday

Picture by Eastern Projections

The AASU leader demanded that the government should make public the basis on which it had given a clean chit to these people.

"The district police chief is not the right person to issue citizenship certificates. There is a tribunal to do so," he said.

Bhattacharyya said the government should learn a lesson from its neighbouring states in taking firm steps towards illegal migrants.

"The Arunachal Pradesh and Nagaland governments have, in fact, joined hands with student organisations to push out illegal migrants, but look at Gogoi," he added.

AASU president Shankar Prasad Ray said the Gogoi government had paved the way for jihadi elements to set up base in the state by protecting the illegal migrants. "More than 15 jihadi groups are operating in Assam, but there has been no serious effort by the government to root out these inimical elements," he added.

# ত্রিপুরা

ত্রিপুরাগী পাক চাওবসি সুপ্লতগী ১০,৪৮৬ sq.km. নি মসি মণিপুরগা য়েংনরুরবদি তঙ্খায় য়ৌবা নত্তে। অদুবু ২০০১ গী মীকোক থিবগী মতুং ইন্না মীশিং ৩,১৯৯,২০৩ নি শম্না লাক্ষ ৩২ নি মসিগী মনুংদা ত্রিপুরগী য়েলহৌমীশিংনা সুপন্তগী লাক্ষ ৯ লোমদনি। অদুগা মীতোপ্পা Unregister য়াওনা লাক্ষ ২৫ গী ময়াদা লৈশিল্লক্তুনা ঙসিদি মতম অমদা মনিং মখা তমনা মশক মচু থোক্লা লৈরম্বা নিংথৌ পানবা লৈপাক অসিনা 15th October, 1949 দা ভারতকী ফিবাননুংদা তিনশিনখিবদগী ঙসিদি Population dilution গী লাংদা থুদুনা মতম অমগী মনিং তম্লম্বা ত্রিপুরীশিং চিংনুং মানুংদা পুন্সি লেপ্লী অমদি লমলৌ হৈবা শেনজাও পায়বা মপাললোমগী মীওইশিংনা অমদি ত্রিপুরাদা হিংননবা শেন তানবা লাকখিবশিং অদুনা ফম্বা চনলগা হিপ্পা চপ্লী হায়দুনা অহানবদা শেনমীৎলোন মথংদা লৈঙাকলোন পায়দুনা ঙসিদি ত্রিপুরা এসেমবীলীগী এম.এল.এ ৬০ গী মনুংদা ত্রিপুবাগী য়েলহৌমীশিংনা সিত ২০ অদুগা মীতোপ্পা সিত ৪০ ফংদুনা ত্রিপুরা মীতোপনা লৈঙাকপা লৈপাক ওইরে, কুইরে। মবমদমগী ব্রাকং অমত্তং থাংগৎপদা তাবীনবা লৈত্রে। ব্রাফমদুনা ফনা য়াম্না অচুম্বা ওইরবসু তাবীগদৌরিবা, থবক্তা ওন্থোকপীগদবনা মীতোপ ওইবনা অরেম্বদা তারে। ত্রিপুরীশিং লৈরী হায়বতা ঙায়রে মীনায নায়থাং ওইরে। হৌগৎপা ব্রারগনি হৌগৎনবগী মমি শামখ্রে। ত্রিপুরাগী অরগতলা সহরদা ত্রিপুরী অমত্তং উগে হায়দুনা পুং কয়া লেপ্পদা তুফাক তুফায চনবা মীওই ৫/১০ খক উবা ফংবা নত্তনা উবা ফংদ্রে। ত্রিপুরীসিংগী culture identity খুদিংমক মীতোপকী নাৎনা মহুৎ শিনখ্রে। মতম অমা মনিং মখা তম্লম্বা লৈপাক অমনি হায়বগী ব্রারী খক্তুদা ঙাযহৌরে, ঙাযহৌরগনি।

# কংলৈপাক (মণিপুর)

চহি চা কয়া লিশাং শিংনা মনিংতম্বা নিংথৌ পান্বা লৈপাক অমা ওইনা মালেমগী মনুংদা South East Asia দা পাল্লকখি। থেংখাং কয়ারক য়ুমথংনবা লৈপাকশিংনা মহাক্কী নিংতম্বদা শিংনরকখিবা কয়া লাকখিদবা নত্তে। অদুবু ইরমদমসিগী য়েলহৌমিশিং অসিদা মপা মপুগী ঈদা তোংদা য়াওরকখিবা মীখা পোনবা হৈনদবদুনা হৌজ থেংখাং কয়ারক য়েক্লবগী মখুৎতগী ঐখোয়গী নিংতম্বদু মাংহন্দনা কন্দুনা লাকখি। অদুবু ইং শক ১৮৯১ দা মালেমদা British কী লমদী নুমিৎ তাদে হায়রীবা মলেসশিংনা মালেমগী মফম কয়া লৌশল্লক্লবা

মপাঙ্গল কল্লবা মলেসশিংগা মায়থিরগনি খংনা খংনা মীখা পোন্দুনা হিংগাদবগীশরুক শিখিবনা হেন্না ফৈ হায়না Anglo Manipuri War থোকখি। অদুবু মায়থিখিবা লান অদুনদি মালেমদা কাংলৈচা (মণিপুরী) শিংগী মীখা পোনবা পামদবা অমদি মলেমদা মনিং তম্বা লৈপাক ওইনা লৈরম্মী হায়বদুদী শকতাক্লে। চহি ৫৬ বৃটিশকী মখাদা লৈরুরবা মতুংদা ইং শক ১৯৪৭ গী অগষ্টকী তাং ১৪ দা বৃটিশনা মণিপুর থাদোকলল্লবা মতুংদা মনিং তম্বা লৈপাক অমা ওইরে হায়না ইং শক ১৯৪৭ কী অগষ্টকী তাং ২৮দা নিংথৌ বুধচন্দ্রনা ওফিসিএল ওইনা লাওথোকখি অমদি কনাগীসু মীখা পোন্দনা মশাগী লৈঙাকলোন (Manipur State Constitution Act 1947) শেমদুনা অমদি ইং শক ১৯৪৮ গী জুনগী তাং ১১দা মীখল পাংথোকখি মীয়াম্না য়াবা মীহুৎ খন্দুনা অহানবা Manipur State Assembly 1948 কী ওক্টোবার তাং ১৮ দা ফমদুনা মীয়ামগী লৈঙাক ঙাকপা হৌখি। অদুবু থংনবা চহি ১৯৪৯ গী সেপতেম্বারগী তাং ২১ দা কাংলৈপাক (মণিপুর)বু ভারতনা লৌশিন্নবা মণিপুরগী নিংথৌ বুধচন্দ্রবু সিলোংদা কৌদুনা পব্বার শিজিন্নদুনা অইননা য়াদবা লিচৎতা মর্জর এগ্রীমেন্ত সহি তৌহনদুনা নমদুনা ভারত্তা তিলহনখি। মসি মলেমগী চৎনা লোনচৎনা য়াদে। নিংথৌগী শক্তি খুদিংমক মীযামগী মীহুৎনা মতমদুদা ওইরে। ভারত্তা পুনবা অমসুং পুন্দবা হায়বসি মতমদুগী Manipur Assembly গী ব্বারেপকী মখা পোনগদবনি অদুবু লাল্লি খংনা খংনা চহিদুমক্কী ওক্টোবার তাং ১৫ দা Indian Union দা কাংলৈপাক (মণিপুর) পুনখি। নিংতম্না পাল্লকখিবা নীংতম্বা লৈপাক অমা ওইনসু ভারতনা লৌশনখিবা কাংলৈপাক (মণিপুর)বু part C state অমা ওইনা থমদুনা Chief Commissioner অমা ভারত সরকারনা থারক্লুনা লৈপাক ঙাকহনলকখি। অমদি নিংতম্বা মণিপুরগী State Assembly অদু মুৎথৎখি। মপা মপুনা অনৌবা লৈশল্লকপা ইংখোলগুম মীশিং য়াম্লাবা ভারত বার্সিশিংনা মীযেং থমদুনা লমদমসিদা মনিং তম্বা য়ানবগী কয়াৎ অমা য়াৎপা হৌরকখি। বৃটিসকী মখাদা মণিপুরনা লৈজরবন্দু লৈপাক্কী মরুওইবা লৈঙাক্কী মণিপুরগী নিংথৌনা তৌরম্বা মতমদুগী রাজ দরবারগী ব্বারেপনা ১৯৩২ দগী হৌনা মণিপুরদা Foreigner department লিংদুনা মীতোপ চংবদা permit য়াওদ্রবদি চংহল্লমদে System অসি ভারত্তা পুল্লবা মতুং ইংশক ১৯৫০ গী নভেম্বর তাং ১৭ ফাওবা চৎনখি। Permit System নত্রগা Passport system হায়না খংনরম্বা, অদুগুম্বা system অদু অনিসুবা ওইনা ভারতনা মণিপুর ঙাকনবা থারকখিবা Chief Commissioner Shri Himmat Singh না 18th November, 1950 দা ইচম চম্বা Notification অমা থোক্লুনা মুৎথৎখি।

# MANIPUR GAZETTE

**(November 29/1950)**

## NOTIFICATION

Imphal, the 18th November,50

No 8597-601 H.D :- It is notified for general information that with immediate effect the permit sytem for entry into and exit from Manipur is abolished.

Himmat Singh
Chief Commissioner
Manipur.

অসুম্না System অসি হেক লৌথোকখিবদগী পুবা থাংবা ঙমদ্রবা মীতোপশিংনা ভারতকী রাংমদগী অর্মদি ভারতকী অতোপ অতোপ্পা state শিংগী মীওইশিংনা মণিপুরদা থিংগৎতুনা থম্বা পল অমা ফাৎতোকপদা পাশল্লকপগুম থোমজিল্লক্তুনা ইংনা চিক্লা পানজরম্বা মণিপুরগী খুন্নায়দা অচৌবা অহোংবা অমা পীরকখি অমদি হাননা লৈরম্বা মীশিং হেনগৎপগী চাংদগী খংহেন হেনগৎলকখি ।

| Year | Population in millions India | Population in millions Manipur | Decennial growth rate% India | Decennial growth rate% Manipur |
|---|---|---|---|---|
| 1911 | 252 09 | 0.35 | - | - |
| 1921 | 251.32 | 0.38 | -10.31 | 10.92 |
| 1931 | 278.98 | 0.45 | 11.00 | 16.04 |
| 1941 | 318.66 | 0.51 | 14.22 | 14.92 |
| 1951 | 361.09 | 0.58 | 13.31 | 12.80 |
| 1961 | 439.02 | 0.78 | 21.51 | 35.04 |
| 1971 | 548.16 | 1.07 | 24.80 | 37.53 |
| 1981 | 683.18 | 1.42 | 24 66 | 32.46 |
| 1991 | 846.30 | 1.84 | 23.85 | 24.29 |
| 2001 | 1027.02 | 2.26 | 21.35 | 24.86 |

*Source : Statistical handbook of Manipur 2002,Gout of Manipur*

Permit system চৎনরীঙৈদা লৈবা মীশিং হেনগৎপগী চাংদগী System অদু হেক লৌথোকখিবদগী শরুক অহুমগী ময়াদা হেনগৎলক্তুনা ২০০১ গী মিকোক থিবদা ইরমদম কাংলৈপাক্কী অপুনবা মীশিং অসি ২২,৯৩,৮৯৬ নি অদুগা মপান্দগী হায়জিল্লকপা মীতোপ্পা লাক্ষ ৭,০৪,৪৮৮ ওইরে অদুগা চীংমী ইচিল ইনাওশিংগী মীশিংনা ৬,৭০,৭৮২ খক্তমক ঙায়হৌরে। অদুনা অপুম্বা চীংমীশিংগী মীশিংদগী মীতোপনা লিশিং ৩৩,৭০৫ হেনলে । ঙসি হেনগৎলক্লীবা মীতোপকী মীশিংশিনা লেপতনা অসুম হেনগৎলক্কবদি চহি ৩০ গী মনুংদা মীতোপকী মীশিংনা কাংলৈপাক্কী অপুম্বা মীশিংদগী হেনখ্রগনি হায়না থমখ্রে । (মতাংসিদা Freinds কী মীহুৎকা ২০০৬ কী জুলাইগী তাং ১ দা Honourable Chief Minister O. Ibobi গা উন্নবদা " C.M. না চহি ৩০ গী মতুংদা মীতোপনা মীশিং হেনখ্রগনি হায়বসি ঐগী

মায়কৈদগীদি লানগনি মরমদি করিগুম্বা মণিপুরদা Railway লাক্লগদি চহি ৩০ য়ৌদনা মীতোপনা মশিং হেনখ্রগনি" হায়বা ৱাফমসি যাম্না মরুওই, নৈনবা চংগনি ।

হৌজিক ওইরক্লিবা ফীভম অসিগী খ্বায়দগী মরুওইবদি চংশিল্লক্লীবা তোঙান তোঙাম্বা জাতিশিংগী মীওইশিংনা ইরমদম কংলৈপাক অসিদা চংলকপদা অয়েৎপা অথিংবা অমত্তা পীদবনা মীতোপকী মীশিংনা লেপ্পা লৈতনা হেনগৎলকপা অমদি কংলৈপাক্কী য়েলহৌ মীশিংগী মীশিংনা নোংমা নোংমগী হন্থরক্লীবা অসিনি । মসিগী মরুওইবা মরম খরদি (১) ভারতকী মীশিং হেনগৎতনবগী family planning policy অদু মপুং ফানা মায় পাক্লী। ঙসি ইরমদমসিদা নোংমা নোংমগী মীশিং হন্থরকপগী ওইরকলিবা ফীভম অসিদা ভারতকী মীশিং হন্থনবগী থৌশিল Family Planning অসি তৌরোইদবনি হায়না কননা লাওনবকলি অদুবু মীশিং হন্থনবগী মথৌশিল অসিদগী নানথোকপদি ঙমলোয়দৌবি মরমদি লমদমশিংগী শেন থুমগী ফীভম অসি অসক্কী মতিক শোংথখরে অদুনা অঙাং য়াম্বা কনানসু পামদে অঙাং য়াম্লগা লায়বা তাল্লি মতিক চানা শেম্বা ঙমদে হায়বসি মীপুম খুদিংগী থম্মোয়দা মম্মি তাহনখ্রে । মসিমকসু অচুম্বা ওইরকলে নাকল অমদা মথক্কী ৱাফমসি মীপুম খুদিংগী নাকোংদা য়ৌহন্নবা অমদি চুশিন্নবা ইলেক্ট্রোনিক মেদিয়া, পোসটর, লিল্লা, ড্রামা, চেজায নচিংবগী খুৎথাংদা লিশাংশিংনা হোৎনরক্লী । অঙাং পোক্তনবা তৌবা মীদা পৈশা পীবদগী হেন্দোক্তুনা অঙাং পোকপা পামদবা মীওই কয়া থিননবা পৈশা পীদুনা মী থাদোক্লী, থাদোক্লীবা মীদুনা নুপী নত্রগা নুপা অমা পুরকপদা লুপা ৫০০/- ফাওবা পীরী অসুম্না চহিদা লুপা করোর কয়া থাদদুনা মীশিং ময়েং তানবা হোৎনরি নাকল অমদা সুফম নোম্ফম খংদ্রবা ইংখৎলক্লীবা নুপা নুপীশিংনা লাইরিকতি হৈজল্লু গর্ভনমেন্টগী থবক্তী ফংদা অচোপ অরেং থবকনি হায়না অতোপ্পা থবকসু তৌদা সরকারগী থবক অমত্তং ফংলবদি হায়দুনা থিবদা employment exchange থবক থিরিবা মীওই লাক্ষ ৬ হেনখ্রে। থবক অমত্তং ফংলবদি লুহোংলগে তৌবনি হায়না লৈনবনা অযাম্বনি অসুমনা থবক থিবদা চহি ৪০ গী ময়া য়ৌশিনখিবনা অয়াম্বা ওইরে । অদুনা থবক ফংদ্রবসু তঙায় ফদনা য়ুম পান্দবা য়াদবগী পাল্লবসু চহি য়াম্বনা অঙাং পোকপগী চাংসু family planning তৌদ্রবসু হন্থরে। লমদমসিদা নুপী নুপা কয়া অমা য়ুম পান্দনা লৈবা মশিং য়াম্লকলে । মতম অমদা নুপীনা চহি ২০ হেনলবদি থেংলে হায়নরম্বদু ঙসিদি চহি ৪০গী ময়া য়ৌশিনলক্লবদি থেংলে হায়নরে । মসিগী খ্বায়দগী মরুদি Govt. থবক ঙাইনবা অমদি শেম্ফোক লৈবা থিনবদগীনি । কিরিবনা য়ুম পাল্লবদা

মতুংদা অঙাং শেন্না ঙমলোই হায়বগীনি। ঙসিদগী চহি ৩৫-৪০গী মমাংদা লমদম অসিদা Priviate School লাক্লিঙৈদা অঙাং লাইরিক তমহনবা হায়বসি য়াম্না লায়না থোকনরম্মী । লায়রবা ইনাক খুনবা খায়দনা Govt. গী স্কুলদা মহৈ তমনরম্মী অদুগুম্না Govt. School অদুদগী Doctor, Engineer, IAS, Officer অদুগা Minister ফাওবা পুথোকলম্মী । অদুবু ঙসিদি Private School লাকপদগী Govt. School খুদিংমক লৈখা তাখরে । তাবিবগী মরমনা Private School লৈত্রিঙৈদা লাইরিক লাইশু হৈবা, পৈশা পাযবা কাংবুশিংগী মচা মশুশিং খুদিং Govt. School দা তমলম্মী অদুনা স্কুলদা করি তাকপীরি, করি তাকপীদ্রে হায়দুনা চেক তৌদুনা স্কুলগী ওঝাশিংদা অকনবা মীৎযেং থমলম্মী। অদুনা ওঝাশিংনসু থরাই যাওনা কিনা হঙ্গোইনা অঙাংশিংবু ফননবা তাকলম্মী অদুবু ঙসিদি Govt. School অসি লাইরবা Private School দা থাবা ঙমজদবা ইমুং মনুংগী তারে । ওঝাশিংসু য়েংশিনবীনবা য়াওদবনা মতম লেননবা স্কুলদা লাকলে । মশাগী মচা ফাওবা মশানা ওঝা ওইরিবা Govt. School দা তমহনদ্রিংদ্রে। অদুনা মীপুম খুদিংমক মচাবু ফহননিংবনা লৈরাবসু লৈত্রাবসু Private School দা থাদুনা তমহনল্লি । অঙাং অমদা van দা চৎপগী লুপা ৩৫০/- স্কুলগী ফি লুপা ২৫০/- ময়াম্না তৌনৈ হাযদুনা তিফিল লুপা ৫/- দগী তাদনা, মফি-মরোল মীমান্নবা হোৎনবদা থাদা লুপা ১৫০০/- দগী তাদনা চৎলি অদুনা থাদা লুপা ৬০০০/- ফংবা নত্রগা তানবা ইমুং অমনা অঙাং কয়া পোকনিংগনি । অঙাং অহুমদং পোকপদা মথক্তা পনলিবা অঙাং অমদা লুপা ১৫০০/- থাদা চৎপদা অঙাং অহুমদা ৪৫০০/- চৎখ্রে অদুনা থাগী ফংবা পৈশাদগী ১৫০০/- খক লেমলি। লেমলিবা লুপা ১৫০০/- অদুনা চেং বেক অমা ফাওবা লৈবা ফাওবা কোন্নদে। মফি-মরোলনা করিনা শেৎকদৌরিবা, লৈকায়গী পোৎযেং - চয়েংনা করিনা তৌগদৌরিবা মসি নত্তবদা নোংমগী চবা তানদুনা হিংলিবা কযানি মখোয়গী শেম্বোক অদুদা অঙাং য়াম্না পোকনিংবগী ব্রাখল লৈরমগদ্রা ? মসিনা খুন্নাই অসিদা অঙাং য়াম্বাগী চৎনবী অসি লৈরক্তবনি । family planning তৌগুমসি, ঐখোয়গী খুনাই অসি মুৎকদৌরে হায়না লাওরুবদা কনাগুম্না খরদি ঐখোয়গী ইচা অসি নখোয়না থাকপীগেরা ? নখোয়না থাকপীগে, মতিক চানা শেম্বীগে হায়রবদি ৫-১০ দগী তাদনা পোক্কেনে । ঐখোয়দি ধর্ম্মানা য়াই হায়দুনা নুপী মশিং থিবা ঙমদবমখৈ থিরাগা অঙাং মাংহনবগী ধর্ম্মানা য়াদে হায়দুনা পোকনিংবা মখৈ পোকলগা অরৈবা খরা পীজরগা পাংথা-থাদোক্তুনা থম্বগী চৎনবী অদু পামদে । শেম্না ঙমগদৌবা

অঙাংদমক পোকপনা ফৈ হায়দুনা মীপুং থুদিংমক্তা লৈনৈ । অদুনা ইরমদমসিগী মীশিংসি হুন্থারক্লবগী মচাক অমা চাওনা পীরি । মসিদগী থবামখৈ কনগে হায়রবদি খুনাই অসিদা শেন- থুমগী ফিভম ফগৎহনবা তাই । থবক চিলহাউ থিদনা মহাক্লা তম্লুবা মহৈ অদু থবক্তা শিজিন্নবা, অমদি Govt School হিংগৎহনবা, Govt. গী থবক তৌবা খুদিংমক্কী মচাশিং Govt School দা compulsory ওইনা তমহনবা মথৌ তাই State Govt. না Private School দা পৈশা থাদদুনা স্কুলগী ফি মমিংদা ওইনা লৌহনবসু কান্নগনি। (২) তোঙান তোঙান চিঙ্গাক্তা পোৎয়ান যাওদুনা লায়না কয়া পোকহন্দুনা পুন্সি তেনহল্লি। ঐখোয়না চারীবা চীঙ্গাক অদু কনানসু পোৎয়ান য়াওব্রা লাযনা পোক্কদ্রা খন্নদে মরুওইনা মীতোপশিংনা তৌবা শেন্দান লস্বীশিংনা অযাম্বা লাযনা শন্দোক্লী খুদম ওইনা অয়ুক নুমিৎ থোক্ত্রীঙৈদগী মমায় মমিৎ তবোয় তদবোয মখুৎ হামবোয হামদবোয় সুংবা চুহিংবু হকচাং ফরগদবনি হাযদুনা পংথক্তা থকনৈ । থক্লম্বা গলাস লুখাক অদু চামলিবা তিন্দা যাওবা ঈশিংদু কদায়দগীনো গলাস কয়ারক চার্মশিল্লবনো যেংনদে, নুংথিল পোবোপতা হযিং ব্রা- ব্রা ইল্লবসু অদুম থক্লে। মচানা নিংঙাই তৌববনি হাযদুনা খনাও ইংনবনি, খৌবাংবা কোক্লবনি হায়দুনা বরব চান্নৈ পীজনৈ বরব শুংলিবা ঈশিংদু তুরেলদগীরা, খোংবালদগীবা করম্বা ঈশিংনো, কদায়দা শুংবনো, শঙলিবা মচু অদু হকচাংদা শোকতবরা খন্দে (ইম্ফালদা বরব শুংবা মফম খরদি মফমদু য়ৌনা চংবদা নতোল মেনদ্রবদি য়াদে, শুংলিবা ঈশিং অদুসু অমোৎপা ঈশিংনা শুংবনা অযাম্বনি)। মীতোপনা ফম্বা হোতেলদা পুথোকলিবা অচা- অথক, শাফম অয়াম্বা কববারগী ঙাক্তা খনবনা অচা- অথক শাফম অয়াম্বা অমোৎপা মফমদা শাই মসিনা মখল কয়াগী লায়না কযা পোকহনবগী শরুক অমসু ওইরি । (৩) তোঙান তোঙানবা মখল কয়াগী নিশানা শিবা (৪) তমথিরবা লায়না AIDS কী লাংদা থুদুনা শিবা (৫) নোংমা কাংদনা Armed Forces Special Powers Act 1958 কী মরুমদা ফারগা কাপ্পা,ফারবা মতুংদা থিবা খংহন্দবা, কাপ্পবদা শিবা (৬) Movement তৌরীবা নহারোলশিংনা অহকপা চৈবাক পীবদা নোংমা কাংদনা শিবা (৭) ইরমদম অসিগী Law and Order গী ফীভম অসিদা ইংনা তপ্পা লৈনিংবা পৈশা পায়বা কয়ানা মপান্দা য়ুম হোংনখিবা (৮) মপান্দগী লাক্লিবা মীতোপ অয়াম্বা নুপানা মশিং হেল্লি অদুনা লমদমশিগী নুপি কয়া লৌশিনলকপসিনা Hybrid ওইবা Nation ওইহলকপশিং অসিনা ইরমদমগী মীশিং হুন্থরকপা (৯) মীশিং হুন্থবগী মরুওইবা মচাক অমসু লৈপাক অসিগী Law and Order না মরম ওইদুনা বন্দ ব্লোকেত তোইবা লমদম অসিদা মহৈ তম্লিংবা ছাত্রশিংনা

মহৈ তম্বা ফংদদুনা মপান লমদা মহৈ তম্বা চৎনবা লোয়ননা অৱাংবা থাক্কী মহৈ তম্ফম লৈতবনা মপান লমদা মহৈ তম্বা চৎনখিবা অমদি ইরমদম অসিদা থবক্কী খুদোংচাবা ৱাৎপনা মপান লমদা থবক তৌনখিবদগী ইরমদমসিদা হল্লকখিদবা, হল্লকখিদবগী মনুংদা মপান্দা থবক তৌখিবা নুপী মচাশিংনা মপান্দগী মীওইশিংদা যুম পান্দুনা লৈখিবা অসিনা ইরমদমসিদা মীতোপ্পা মীশিং হেনগৎলকপগী অচৌবা ৱরমসিং ওইরী । নাকল অমদা নিংশিংবা ঙমদ্রবা মতমদগী কংলৈ ইপা ইপুশিংনা চিনথাং য়েনা মচা- মশু, চারোল সুরোলশিংদা তম্বীরম্বা "ক্বাক ক্বাক করি ক্বাকনো ? ময়াং ক্বাকনি । চাক চখোম অমত্তা চাগে ? পীজফদে । ঈশিং খুয়া অমা থক্কে । পীথকফদে, ওইদা চৎকে । চৎফদে, য়েৎতা চৎকে চৎফদে থক্তা কাগে কাফদে" হায়বা পাওতাক পাওরৌ অদু ইন্দবা অমদি মসিগী ওন্ন- তৈনবা থবক তৌবদগী ঙসিগী কংলৈপাক্কী ফীভম অসি য়ৌরকখিবনি ।

কাংলৈপাক (মণিপুর)গী ময়োন ওইবীবা খ্বায়রবন্দ কৈথেল কনাগী ওইরী মতম অমগী ইরমদমশিগী মীথুংফম (ধর্ম্ম সল্লা) ঙসিদি মীতোপকী মীথুংফম ওইরে ( Marawari ধর্ম্ম সল্লা) করম্বা মপাল লমগী ইরৈচাশিংগী চংক্ৰফম থুংফম লৈরীবগে লমদমশিগী থাওগী, থুমগী , মোরোক্কী, চেংগী, হৱায়গী নোংমদা চংদবা যাদবা পোৎ খুদিংমক্কী মমল কনানা লেপ্পি ? মীতোপনা লেপনিংবা মমলদা লেপলি অদুগা মনা মনিল নায়দনা ইরমদমসিগী মীনা লৈরী চারী ।

খ্বায়রম্বন কৈথেলদা লৈরীবা chamber of commerce মপানগী মীওইখক্তনা মপুং ওইনা পাযরিবসিনা ময়েক লারবা খুদমনি ।

## LIST OF THE PRESIDENTS AND HONY. GENERAL SECRETARIES OF MANIPUR CHAMBER OF COMMERCE, IMPHAL

| Penod | President | Community | Hony General Secy | Community |
|---|---|---|---|---|
| 1972-74 | Sardar Amrik Singh | Non-Manipuri | Shri Premchand Jain | Non-Manipuri |
| 1974-76 | Shri Dharamachand Palni | Non-Manipuri | Shri Premchand Jain | Non-Manipuri |
| 1976-78 | Shri Dharamachand Palni | Non-Manipuri | Shri Premchand Jain | Non-Manipuri |
| 1978-80 | Shri Premchand Jain | Non-Manipuri | Shri Nathmal Bakliwal | Non-Manipuri |
| 1980-88 | Shri Premchand Jain | Non-Manipuri | Shri Sampat Kumar Jain | Non-Manipuri |
| 1988-90 | Shri Dharamachand Palni | Non-Manipuri | Shri Kalashchand Palni | Non-Manipuri |
| 1990-96 | Shri Dharamachand Palni | Non-Manipuri | Shri Kalashchand Palni | Non-Manipuri |
| 1996-04 | Shri Mahendrakumar Palni | Non-Manipuri | Shri R.K. Sanajaoba | Manipuri |
| 2004 | Shri Krishna Narayan Agrwal | Non-Manipuri | Shri Biju Patni | Non-Manipuri |

Manipur Assembly মখাদা Price fixation committee লৈ অদুবু মথৌ তৌদে মমিং খক্তনি, মীতোপ কারবার ব্রালাশিংনা লেপনিংবা মমলদা পোংকী মমল লেপ্পী। Fixation Committee মথৌ তৌদ্রে, তেবলদা খিন্দুনা লৈরে। মসিগী নুংগী ওইবা পোৎতুদি মীয়াম্না খংবীরো? থাংঙৈ শেংনা লমদমসিগী পুকচাক মীতোপকী খুত্তা লৈরে মসিদা লমদমসিগী মীয়ামগী মীহুৎ ওইনা কারীবা খুদিংমক্কীসু য়াওনা মীতোপনা পায়শনবদা য়াওখ্রে হায়বসি খংমিন্নবা চুমগনি। অদুবু ঐখোয়গী লুচিংবশিংদি থাও মরাং কায়না থোকপনিনা নাচুংদে। লাযরবা প্রজাশিংখক্তনি মসিগী চৈনা ফংলিবা অসুম্না চানা-থক্লবদা নত্তনা নোংমদা শিজিন্নরীবা ফীরোলগী পোৎ খুংদিমক্কী এজেন্ট মীতোপ্না পায়রী। মতম অমা লমদমসিগী নুপীশিংনা ফীরোল শাদুনাতা ইমুং মনুং পুনরম্মী। অদুবু ঙসিদি শাগদৌরীবা লং অদুসু মীতোপনা পায়শিল্লে অদুনা লৌনিংবা মমলদা যোল্লে। অদুগা অমুক অশাবা ফী অদু মখোয়না অমুক লৌরি অদুনদি পুথোক্লীবা পোৎথোক অদুগী শিনমিগী খুৎশুমন অদুসু লেপনিংবা মমলদা লেপ্পা হৌনশানি। মতম অমা মমিং চৎলমবা Manipuri Handloom ঙসিদি মমিংদা ঙায়শিল্লক্লে। মীপুম খুদিংমক মপানদগী লাক্লগা খুন্দাশন্দুনা লৈশল্লরীবা মীতোপতা তাংদুনা হিংলকপা কুইরে। মসিমক্লা মীতোপ য়াওদ্রবদি হিংবা ঙমলোয়দগুম নিংলে। মীপান তাংবগী হৈনবীদুনা ঈদা তোংদা চুখ্রে। মতম অমা মীপান তাংদনা হিংলম্মী হায়বা ফাওবা কাওখ্রে, অসুম্না সোকচনখ্রবা খুন্নায়সিগী সোৎথরবা শেনমিংলোন অসিদা হিংননবগীদমক মণিপুরগী মফম কয়াদা ইমা কয়ানা মীতোপকী মযুমদা কোন ফেংবা, চাক থোংবা, ফী সুবা, অঙাং লৌদুনা চেং খপুনা, দুকান্দগী হুন্দোবকপা ফৎত- হৌদি মন্দুনা নোংমগী চবাগীদমক ময়ুমগীদি খ্বায়রমবন্দ কৈথেল কাবনি হায়না লাক্লগা মীনায় ওইরী কয়া অমনা লুকমায়দা হাপ্তুনা মশানা মশাবু যোল্লি। মসিনা মণিপুরী নুপীশিংবু পংযাদা যাবা শান্নপোংকুম্না উরক্তুনা ভারতকী কোনুং দিল্লিদা ফাওবা ইরমদশিগী চনুরাশিংদা উৎলিবা লিচৎ ঐখোয়না নোংমা কাংদনা তারি। মসিনি নিংতম্বা ভারতকী মনুংদা মনিংতম্বা মণিপুরগী নুপীশিংগী ওইরক্লিবা ফীভম মসিনা খুন্নাই অসিগী ঈদা তোংদা চংখিদুনা খুন্নায়শি Aryan লোমদা নকশনহল্লকনবগী লম্বী অমা চাওনা পীরী।

Kangleipak (Manipur) অসিগী হিংনবগী হিরম খুদিং মীতোপ্পা পায়শনলবা তুংসিদদি লমদমসিগী লৈঙাকলোন্দসু অচৌবা শাফু অমা পীরকখি। মীতোপকী মীশিংনা অসুম অসুম হেনগৎলকপনা মণিপুরগী মফম খুদিংদা খুন্দাশিল্লক্লি। মসিগী খুদোং চাবা লৌদুনা ভোৎতর লিসতা কনাসু অয়েৎপা য়াওদনা য়াওরকখি মসিদা থওইনা candidate শিংনা মশাগী vote ফংননবা

মশাগী এজেন্ট কয়া থাদোক্তুনা voter list তা হাপ্পদা মতেং পাংদবা নত্তে। মসিনা ঙসিদি ইরমদম অসিগী candidate শিংনা vote কানবা হোৎনবদা মীতোপকী মতেং য়াওদ্রবদি vote কাবদা ৱানা থোকপা candidate মশিং য়াম্লক্লে। খুদম ওইনা থাংমৈবন্দ, উরিপোক, শগোলবন্দ, ৱাংখৈ, হৈঙাং, খুন্দ্রাকপম, বিষেনপুর, শুগুনু, চুরচান্দপুর, কাংপোকপী, সেনাপতি, মোরে, জিরিনচিংবনি কেন্দ্রশিং অসিগী মরক্তা মীতোপ্পা মশিং হেনগৎলক্তুনা vote কাবা ফাওবা য়াওশ্রে অমদি কারক্কদবসু লৈরে । মসিনা অসুম্না হেনজল্লক্লবদি কংলৈপাক্কী লৈঙাকলোল অসি ত্রিপুরাগুম মপানগী মীওইগী খুত্তা তারকলোয় হায়নিংঙাই লৈতে । ঙসি ঙসিমকসু ইরমদমসিগী লৈঙাক্তা MLA Minister শিংনা মীতোপকী য়াকা য়েংনা থবক চৎথরী । মশা মশাগী vote কী খল্লগা মীতোপশিংবু য়োক্তুনা থম্বগী চৎনবী ঐখোয়না উরি অমদি মীতোপকী মায়োক্তা ৱাফম অমা ফাওবা ফোংনা থম্বা মখোয়না ঙমদ্রে । খ্বায়দগী হেন্না শোকচিল্লবা মফমদি ইম্ফাল ইষ্টকী জগা অমা ওইরীবা ঙসিনা তোঙানবা ডিষ্ট্রিক অমা ওইনবা মীয়াম্না খোংজং চংশিল্লিবা জিরিনি । হৌজিক ওইরীবা জিরীগী অপুন্বা মীশিংগী চাদা ৬০% দি মীতোপনা ওইরী। মতাংসিদা মতম অমা মণিপুরগী Governor Late Chintamani Panigrahi না ইশামক্তা Poramlen Apunba গী President ওইরীঙৈদা হায়রম্বা " Mr. President নখোয়গী সরকাব অসিদি থাঙ্গাল বজার অমদি পাওনা বজারগীসরকারনি" হায়বদুমক কৰুনিংঙায় য়াওদ্রে । মদুমক্তা মীতোপকী থৌজান অদু নাথৈখিদনবা, ৱারৌখিদনব, লোয়লম মপু মঙোন্দা ফৈ হায়না পাওদমবীনবা মখোয়বু থোংঙাকপা থমদুনা ঙাকশেনবদা অচৌবা মথৌ অমা ওইরী ।

লমদমসিদা খুন্দাশিনম্লবা মরুওইনা মপালগী মীওইশিং অসি ভারতকী বাংমদগী মরুওইনা বঙ্গলাদেসিশিংনী জিরীদা মীতোপশিংবু চেক তৌননবা ফোরেননর চেক পোস হাংদুনা লৈ অদুবু মখৌ তৌদে। চংলকপা গাড়ী খুদিংমক চেক তৌবগী মহুৎতা লুপা ১০-২০/- থাদহল্লগা অদুম চংহল্লি। ঐখোয়গী জিরীনি হায়না চাওথোকচরিবা লমদমসিদা মীতোপনা মীশিং হেনগৎলকপনা মখোয়গী তৌবা ওস্বগী শক্তিসু হেনগৎলকখি। মদুনা ২০০৫ কী ডিসেম্বর থাদা কংলৈপাক্কী কংলৈচাশিংনা উজবা লৌ ফাওবা তংখায় অমা মখোয়দা পীদ্রবদি লৌ খাওবা য়ারোয় হায়না অথিংবা পীবগা লোয়ননা তাল্লকপগী রাফম লৈখ্রে। জিরী ঐখোয়গী ওইদ্রে মীতোপকী খুৎতা তাখ্রে হায়বদা ককনিংঙায় লৈত্রে। মপান-থোংদা সুপ্লতগী ঐখোয়গীনি হায়বা মমিংদুদা ঙায়রে। "রাহুনা উমশিল্লক্লবা মঙাল মচেৎ অমত্তা ঙায়শিল্লক্লবা ইকুই কুইদনা য়োৎশিনম্লগদবা ইরমদম অসি মঙাল মচেৎ অমা ফংলি হায়দুনা থওইদনা লৈথোক্লি ফংলিবা মঙাল মচেৎ অসি মিকুপ্তা মমম্লগনি হায়বা ফাওবা খংজদবা ঐখোয় মশেল অমগা অমগা শৌগৎনবগী মহুৎ চিংথনাদুনা লৈরী।"

> "ঐসিদি অচৌবা লৈপাক অমা ওন্থোক্লবা য়েংনবদা,
> মায়কৈ অমদা পুননা লেপ্লগা ওন্নবা য়েংনবগী মহুৎতা
> মায়কৈ খুদিংদগী মুকাশিন্নদুনা লৈরে, খরনা তৌফম
> খংদনা ওনগদবা লৈপাক মমঙ্গা তোংদুনা লৈরি।"
>
> – অইবা

# নেপালিশিংনা গোর্খালেন্দ দিমান্দ তৌরকপা য়াবগী ফিভমদা লৈরে

-সপামচা যাদুমনি

থৌদাং পাউমীদগী

ইম্ফাল, ফেব্রুৱারী ৭ : লোম্না অমসুং ফেডল লমদমসিদা মীতোপ মীয়ানচাশিং লেপ্তুনা হাইজিন্নৱুনা লমদমসিগী সেনি মংলোন্দা চৈথেং কয়া পীবদা নত্তুনা অন্নাং নোংপোক লমদমদা নিংতম্না পাঞ্জরম্না মনিপুরী হায়বা কাংলুপ অসিগী কাংখুল মুংখিবা যাবগী অকিবা অমা লাক্লিবা অসিদা সরকারনা করিমত্তা থৌশাদ্রবসু ক্রেন দসনা অশানবা মীৎযেং অমগা লোয়ননা ইমর লাইন পার্মিট সিষ্টেম চংনহন্নবা দাবী তৌবগা লোয়ননা চীংগী মনুং হঞ্জিনব মফমশিংদসু চত্নুনা মীতোপ মীয়ানচাশিংগী মশিং খণ্ডদোকুবা হোৎনবগী থবক লেপ্পা লৈত্রি. লেয়ননা মখোয়শিং অদু মতৌ করম্ন লমদমসিদা হাইজিন্নকখিবনে হায়বা থিদোক্নুনা পোপুলেসন ব্রার অমা চংবক্লিবা অসি থিংনবা হোৎনবগী শরুক অমা ওইনা ঙরাংসু চান্দেল অমসুং সেনাপতি দিষ্ট্রিক্ত চত্নুনা কোরেন্নবশিংগী মশিং চোক তৌখ্রে।

ক্রেন্দসকী প্রসিদেন্ত সাপামচা যাদুমনিনা নুচিংদুন ঙবাং সেনাপতি দিষ্ট্রিক্তকী মনুং চনবা কাংপোকপীদগী হাইজিন্নগা লৈবা আই টি রোদ মশাংদা খুন্দারিবা নেপালিশিংগী খুল খুনদা চংদুনা সর্ভে তৌখি। হান্না এরিয়া অদুদা লৈরিবা নেপালিশিং ঙসিদি লৈরমগ্রবসু ঙসিদি তোরিবারি, সন্টনবারি, মন্দেলা, কলাপাহার, কংলাতোংবী, গোরখা মরুপ, গোরখা ভানপোলনচিংবা খুল কয়া মখোয় মখোয়গী মরোলদা থেনজিন্দুনা লৈরম্বা থেংনরক্খি।

হান্নদি ঙগাশিং অসি কুকি ট্রাইবশিং লৈরম্বনি। অদুবু ঙসিদি নেপালিশিংনা পুম্নপ লৈশিনখিদুনা কলাপাহার গ্রাম পঞ্চায়ত, সাদু টুলাবাদি গ্রাম পঞ্চায়ত, তোলিবারি গ্রাম পঞ্চায়ত অমসুং কংলাতোংবী গ্রাম পঞ্চায়তকী নেপালিশিংগী প্রধান অমসুং মেম্বরশিং লৈবে নেপালনোমদগী হাইজিন্নকুনা খুদা দাবিব নেপালি খুলশিং অসিদা মতিক চানা লৈবে। আই টিং রোদ হৌগংলকপদগী ইরং তুরেল তোর্বান ফাওবদ কুকি খুল অনিবে মতমক নত্তুনা অতৈদি নেপালি খুল ঙাক্ত ঙাইবে। কুকি ঙ খুল অনি অসিদসু নেপালিশিংনা খুন দাসিল্লি। মতম খবগী মতুংদদি গোরখালেন্দ তরকপা য়াবগী ফিভমদা লৈহৌবে, কাংপোকপী এরিয়াখক্তদা নেপালিশিংগী পোপুলেসন লাক ১ গী মথক্তা লৈশিনখিবনা মতম খরগী মতুংদদি কাংপোকপী অসিসু নেপালি লোল হোনলকপা য়াবগী ফিভমদা লৈহৌরি। কাংপোকপী বজার অসিনকসু নেপালিনা খুদুম চনশিল্লকপগী ফিভমদা লৈহৌবি।

বিজিনেস হারিসমেন্ট পুম্নসু নেপালি অমসুং মীয়ানচাশিংনা পারল্লিক্তুনা রেলহৌমী ওইনা লৈরক্লবা কুকিঅমসুং নাগা ট্রাইবশিং মাইনোরিটি ওরকপা ফিভমদা লৈরে।

খোঙচংতুগা মরী লৈননা ক্রেন দসকী প্রসিদেন্ট যাদুমনিনা ফোংদোকখিবনা, নেপালিশিং অসি হৌখিবা চহী ১৯৪৬ তা মনিপুর ষ্টেট দরবারনা ইরং তুরেল তোর্বান্দা শুপ্নগী মীওই ৬৪ খক্তমক হন্দনবগী অয়াবা পীখ্রবসু ঙসিদি নেপালি লাক ৩ গী মথক্তা লৈরে। লৈরিবা পোপুলেসন অসি মনিপুর দরবারনা অয়াবা পীদুনা লৈখিবা নেপালিশিং অদুগী চা নৌদা নত্তে।(মখা লাঃ৩দা)

# অনিশুবা পন্দুপ

## " POPULATION DILUTION "

## অৱাং নোংপোক্কী লানহৌবা মায় পাক্তনবগী খ্বায়দগী মনা মনিল নায়দবা খুৎলায়

ঙসি ঙসিমক ভারতকী অৱাং নোংপোক্তা হৌরীবা নিংতম্বগী লানহৌ অসিবু অবেম্বদা তাহন্নবগী মায়থিবা পীনবগী অমদি ফাগী তাহন্নবগী খ্বাযদগী লায়বা ভারতকী policy দি population dilution অসিনা ওইবে । মরমদি লৈপাক অমদা হৌবীবা নিংতম্বগী লান হায়বসি সুপন্তগী লৈপাক অদুগী নত্তে লৈপাক অদুদা লৈরীবা মীওইবগী হক ফংদ্রবা, ওৎপী নৈবীববা, মশাগী লৈঙাকলোন মুনবীখ্রবা, মীয়ামগী নিংতম্বা অদু ফংজদ্রবা, মীয়ামদুগী মান্নবা খুন্নায় অমগীদমক লানথেংনরীবনি অদুবু লৈপাক অদুদা লৈরীবা য়েলহৌমীশিং অদুগী মহুৎ মীতোপশিংনা শিনখ্রবা অমুকসু হান্না লৈজরম্বশিং অদুগী মীশিংদগী মীতোপনা মীশিং হেনখিদুনা মীতোপনা খুন্নায় অদু পায়খ্রবদা নিংতম লানহৌ অদুগী ৱাহন্থোক লৈরোয়। অমদি লানহৌ অদুসু মায় পাকলোই করিগুমম্বা মায় পাক্লগনা লৈঙাক অদু কনাগী খুৎতা শীন্নগনি । মালেমদা মীতোপনা মরেপ থুমহৎখ্রবা লৈপাক অমগী নিংতম মাযপাকপা ওইথোক্তে। অতোপ্পদা লিশাং থানা য়েংলুদ্রবসু, নৈনরুদ্রবসু মতম কয়া মনিং তম্বা লৈপাক অমা ওইনা লৈরম্বা 15th October 1949 দা ত্রিপুরানা ভারতকী লৈঙাকনুংদা পুনশিনখ্রবা মতুংদা তোঙান তোঙানবা নিংতম লাহৌলুপ (All Tripura Tiger Force) নাচিংবা থোরক্তুনা মনিংতম্বা লৈপাক অমা শেম্মনবা হোৎনরকখি। অদুবু ত্রিপুরীশিংনা মীকপ থোক্লককপা মতমদদি মীতোপশিংনা মখোয়গী অপুনবা মীশিংদগী শরুক অহুম হেনগৎখিদুনা মবমদমগী লৈঙাক ফাওবা মীতোপনা পাযদুনা লৈরমলে । মদুনা মখোয়গী ইহৌ অদুগী পম্লুং অদু মমি শামত্রে । য়েংশিনখিবদা ত্রিপুরীশিংনা মিতোপকুম লৈরে মদুমক্লা নিংতম লানহৌ অদু কনাগীদমক্তা হৌরিবনো হায়না

হংজবদা চম্মনরে । মদুমক্কা মখোয়গী মীৎয়েং অদু থোমজিল্লক্কবা মীতোপশিং অদুদা ওনশিনবা হৌরকখি ।

ঙসি ফাওবদা লানহৌবশিংনা মীতেপ মশিং থিওমদনা হাংগ্রে । মসিমক্ক মীশিং য়াম্নবা মীতোপশিং অদুনা ত্রিপুরা থাদোক্তুনা চৎখিবগী মতুংতা মখোয়বু ঙাকথোকচনবা Bengali Defence Force লিংখৎতুনা খুৎলায় পায়রকখি অসিগুম্বা force অসিবু মখোয়গী সরকার অমদি state অমসুং central force খুদিংমক্কা মতেং পীদুনা counter revolutionary মায় পাক্না চৎথবা হৌরকখি । (মতাংসিদা ঐখোয়না উবা য়াবদী মীতোপনা মীশিং হেনগৎপ্রবদা খুৎলায়না মীহাৎ মীপুননা কৈদৌঙৈদসু তানবা য়ারোয়, ঙমসু ঙমলোয়)।

অসামগী হৌরীবা লানহৌ অসিদসু মখোয়গী হৌরীবা নিংতম লানহৌগী ওন্না তৈনবদা অসামদা থোমজিল্লক্কিবা মীতোপশিংদা খুৎ থাবা হাৎপগী থবক অমা ২০০৬ তগী হৌনা চৎথরকপা হৌরকলি । মরমদি অসামগী অপুনবা মীশিংগী শরুক অহুম থোকপগী অমা মীতোপনা ওইরখিবা মসিমক্কা তেরোরীসকী থবক্লি হায়না খংলগসু মখোয়গী নিংতম ঈহৌ অদুগী ব্রাহম্প্তোক লৈরোয়দবগীদমক খুৎ থাবনি হায়না লৌবা য়াই। মণিপুরদসু মীতোপ কয়া লৈখিদ্রে হন্দক্তসু ২০০৮গী মার্চকী তাং ১৭, ১৮, ১৯ দা শকখংদবা খুৎলায় পায়বশিংনা মীওই ১৫ হাৎখ্রে। ঙসি ফাওবা North East কী ILP চৎনদবা state মরি অসিদা মীতোপ কয়া অমা লৈখিদ্রে অদুবু মীতোপকী মীশিং হন্থরকপগী মতুংতা হেন্না হেন্নদুম থোমজিল্লকপা অমদি খুন্দাশিল্লকপদি লেপত্রি। অমদি ট্রিপুরাদা মীতোপশিংগী defence force লিংবগুম Assam দসু Bengalli defence force মপুং ফানা লৈরে । লোয়নননা মণিপুরদসু Govt. of Hindu Bashi অদুগা মখোয়গী Army wing না Hindu Army হায়না খঙনবা অমা লমদমশিদা চহী খরগী মমাংদগী লিংখৎতুনা থবক পায়বা হৌখ্রে । ঙসি কংলৈপাক (মণিপুর)দা মণিপুরবু নিংখা তমহনগনি হায়দুনা UNLF, PLA, PREPAK,KYKL, KCP, অদুগা মা- মাগী ফ্রুপকীদমক্তা PULF, KRPA, KRR, UKRP, KNF(P), KNF(S), KRA, UKLF, ZRA, Hmar People's Convention /Council - HPC (D), ZDV (Zou Defence Volunteer), KLA, KNA, KNF (MC), KNF (Z), USRA অমদি NSCN নচিংবা কয়ানা লেপতনা চংশিল্লি। অদুবু মখোয়না মীয়ামদা শিন্নগদৌরিবা নিংতম্বাগী ফিরান অদু লমদমসিগী য়েলহৌমীশিংদরা নত্রগা মীতোপতরা হায়না হংবগী তনজা লাক্লে। ঙসিদি মীতোপশিংনা লমদম অসিদা মরমদম ওইরকলগা য়েলহৌমীশিংনা য়ুমদাংবা ওইরক্লি । লৈরিবা লংদায় অসিদগী হেনজিনখিবদা অমুক হৌগৎপা ব্রারগনি ত্রীপুরাগী ত্রীপুরীশিংগী ফিভমদুমক তারগনি । মতাংসিদা কংলৈপাক্কী কংলৈচাশিংগী ফিভমনা কমদৌরি ? য়েংদুনা মুৎপা ঙায়খিদ্রা ?

ভারত লৈঙাকনুংদা লৈরীবা অৱাং নোংপোক্কী state শিংদগী মীতোপ তকথোকপা হায়বসি হিংশানা য়ারোই । ইরৈপাক ইরমদম অসিবু মীতোপকী মখুৎতগী ভারত লৈঙাকনুংদা লৈন লৈনা কনজবা হায়বসি লমদমসিদা Inner Line permit system চৎনরবখক্তদা কনজবা ঙমগনি । অদুবু Inner Line permit চৎনরগসু মীপান তাংবগী হৈনবী অদু থদোক্তুবদি করিসু কান্নবা ফংলোয় খ্বায়দগী লুরীবদি শকফম কায়না শোকচিনখিবসিনি। শোকচিনখিবগী মরমসু কংলৈচাশিং অসি মীনুংশি য়াম্না চাওই, নিবদা পিগল্লি, অৱাবা উবা ঙমদে, থৌজাল য়াম্না হৈ, ঙাকপীবা হৈ অদুগা চেল্লিবা গুনশিং অদু কনাদা করম্বা মফমদা শীজিন্নগদে হায়বদি খংদে অদুনা মপানগী মীওইশিংদা য়াম্না নুংশিনা অঙাং অহন খায়দনা ভায়া কৌবগী চৎনবী লৈ । ভায়াগী ৱাহন্থোক খংৱা খংদৱা খঙদে। খরা পৈশা পায়রবদি বাবুজি কৌবগী চৎনবী অমসু থুংলরে । বাবুজি, ভায়াদ মীৎ কন্না য়েংলুবা য়াদবগী তাঞ্জা লাক্লে । মরমদি ঐখোয়গী ইশেন্নি, ইবায়নি, ইমাকনি, নিঙোন মৱানি হায়বগী মশিং থিঙমদনা হেনগৎলক্লে। মীতোপকীদমক পাম্বোম তিংদুনা থৱায় ফাওবা থাগে হায়বা মীওই য়ামখৎক্লে । লিলা, দ্রামা, সিনেমদা মীতোপশিংগী মথেল অমা য়াওরবদি লিলাদু standard য়াওবগুম খন্নরক্লে, ইশাগী লোন ঙাংবদগী ময়াং মরোল ঙাংবনা অখং অহৈ শানরে । থৌদোক ৱাথোক্তা ময়াং য়াওরগা মীয়াম মাংদা শঙ্গ লৈবা শক্লরে । মীতোপতা মচা থাজরগা হরাওজবা মমা মপা মশিং য়াম্লক্লে । ময়াংগা লমদমসিগী নুপিশিংগা পোৎ য়োনমিন্নবা, ফম্মিন্নবা, চামিন্নবা, চৎমিন্নবা, অরোনবা মরী লৈনবদা, য়ামশিল্লকপনা হামু হামু তারক্লে । মসিমক খংবনা মপানদগী নৌনা কারবার তৌবা চংলকপা মেলাগী পোৎ- চৈ য়োনবা মীতোপ কারবারৱালশিংনা লমদমসিদা হেক চংলকপগা পোৎ য়োনবা য়াওহন্নবা লমদমসিগী মশক মতৌ চংখোনবী কয়া থি। মখোয়না সেলস মেন নুপা পামদে। মচল মচেশিংবু ময়াং কারবার ৱালদা শিন্নবগী থবকনা ময়াংগা শংগা তৌরগা চাওথোকচবা মীথিবোং মীতম্লান খরনা পৈশা লৌরগা শিন্নে । মমা- মপাসু করিসু হায়দে নুমিৎ চুপ্পা নুংমিদাংগী পুং ৭ - ৮ ফাওবা ময়াং নুপা শিংদুগা লৈমিন্নবদা করিসু খন্দবগী থাক য়ৌরে, লোয়নবা নকশিনবদুনা হেনজিনখিদুনা মীতোপ অমা শকখংদবগী মখুৎতা লৈতবদা নোংঙানবা ঙায়ঙমদ্রে । কনানা হাৎলিবনো ? করি মরমগীনো ? মরাল লৈতবা শোকপা য়ারোয় শেংদোক্কদবনি ! হায়দুনা ধরনা ফম্বা, খোংজং চংশিনবা, কপ- লাওবীবা মদুদগী হেন্দোক্লুনা রেলি চৎপা, পৈশা ফাওবা খায়রগা মতেং পীবা, নাকল অমদা ইরমদমসিগী

মীওই অমা শক থংদবা নত্রগা Security force না কাপ্পদা লৈতবদনা মরাল লৈদুনা তৌরীনি হায়দুনা তুমিন্না লৈথোকপা মীচা শিবদা কপপা, পামবোম তিংবা, ঈচা শিবদনা নাচুংদবা, কপতবগী থাক্তু য়ৌনা শোকচিনখ্রে ।

শারী, সলবার শেৎলগা, নাসিকা হুৎলগা, মঙ্গল সুত্রা শিরগা লায়বক্তা শিন্দুর নমদুনা ময়াংগীচৎনলোনচৎতা লুপশিনবা মশিং থিঙমদ্রে । মীতৌ তম্বগী তম্বা মীতোপশিংনা মখোয় মশেন শৌগৎনবা বিহারীনা বীহারী হোতেলদা, বেঙ্গলি, মরবারী, পঞ্জাবীশিংনা মখোয় মখোয়গী মীনা ফম্বা দুকান্দা পোৎ লৈনব অদুদং তম্লবদি ফগদবনি অদুগী ওন্ন- তৈনবদা ঐখোয়দি ঈরমদমসিগী মীওইনা ফম্বা হোতেলদা; দুকান্দা চংনিংদে মীতোপ্পা ফম্বা হোতেলদা, দুকান্দগী পোৎ লৈরগা নুংঙাইজে । ইশাগী থবক মীতোপনা তৌবীরগা পেনজবা লমদমসিগী খুনায় ওইরক্লে । ঈ তোংদা হৈনবীদুনা চুশিনখ্রে । হেঞ্জনলক্তুনা মীতোপ য়াওদ্রবদি হিংবা ঙমলোয়দবগুম খন্নরে। থওইনা নখোয়বু ময়াং য়াওদ্রবদি হিংবা ঙমগদ্রা ? হায়না হংবা য়াওরে । খংমিন্নবা য়াবদি "ইরমদমসিদা থোমজিল্লক্লিবা মীতোপশিং অসি হঙ্গাম মপুন অমা পুথোক্তুনা লৌবুক্তা কুমদুনা ফৌ বোরা অমা পুথোকপা নত্তে । সুপন্তগী ইরমদমসিদগী শেন্দোং তানবাখক্তনি হায়বা ফাওবা কাওখ্রে" " হকচাংদা লেপ্পা লৈতনা চুপ্লিবা তিন অসিনা লেপ্তুনা চুপ্লবদা মীওইবা অদু কয়া কুইনা হিংখিগনি" অমুকসু ঈ চুপ্লিবা তিন অদু লৌথোকপগী মহুৎতা তিন অদু লৌথোকখ্রগা করি ওইরক্কদগে হায়দুনা মীপায়দুনা লৈরে । মতম শাংনা মীনায় ওইবগী হৈনবীদুনা মপু ওইরম্মী নিংখা তমলম্মী হায়বা ফাওবা কাওখ্রে। ঙসিদি শদ্রেম্বী ইমাদি ওকশম য়ৌরে হায়বদু য়ৌরে হৌগৎপা ৱাগদৌরী ।

"ঐখোয় মশেন ছাৎনবগী লান অসিদি নিংতম্বগী লান নত্তে, মসিদি রাখল খনবা ঙমদ্রিউ মীগা মীগা পাও ফাওনবা লাইরিউ নুংগী যুক্তা লৈরীউগী থাক্তা হুক্ষানি"

- অঙৌবা

# অহুমশুবা পন্দুপ

## মীতোপ চংলকপগী উপায় অমদি লম্বী

মীতোপ হায়রগা ঐখোয়না মখল অনি থোক্লা উবা য়াই মদুদি ভারত মনুংগী (Internal Migrant) ওইবা অমদি ভারতকী বাংমদগী চংশিল্লকপা (International Migrant) নি । ঙসি কংলৈপাক (মণিপুর)সিদা লেপ্পা লৈতনা চংশিল্লক্লীবা মীতোপ অসি মথক্তা পনলিবা মখল অনিমক ওইরী ।

মীতোপশিং অসিনা লমদম অসিদা হেক চংলকপগা মখোয়গী খ্বাযদগী সেকুওর ওইগদবা মফম থন্দুনা লৈ অমদি খুন্দায় অদুনা মরুওইনা লমদমসিদা মখোয়গা শক কুচু মান্নবা মপান লমগী অর্ম ফোর্সসেসশিংগী কেমপশিংগা নক্লনা খুন্দাবা ঐখোয়না উরী।

মণিপুরগী নিংথৌ নিংথেমচা বুধচন্দ্র মহারাজনা নেপাল্লি নুপী ঈশ্বরীবু তালোয় ওইনা লৌখি অমদি মহাক্কী ঙাকশেন্নবা মণিপুরদা নেপাল্লি খরা লাকখি। মতুং তারকপদা নিংথেমচা মহারাজ বুধচন্দ্রগী মীয়েং মখাদা মতমদুগী প্রসিদেন্ত মণিপুর ষ্টেট দরবারগী ওর্দর নম্বর ২ ইং ১৯৪৬ কী আগষ্ট তাং ২৬ না কাংপোকপীদা নেপাল্লি যুমনাক ৬০ খক খুন্দানবা অয়াবা পীখি-

**ANNEUXRE - 1**

Manipur State Durbar (H.C.)

Resolution

মসিগী খুদোংচাবা অদু পীরুবনা নৌনা থোর্মজিল্লকপা নেপাল্লি কয়ানা খুন্দাশল্লক্লুনা সেনাপতি দিষ্ট্রিক অসিগী খ্বায়দগী মীশিং য়াম্না কম্যুনিটি নেপাল্লিনা ওইরে । অসুমনা Nepali শিংসু হাননা খুন্দাদুনা লৈব্রবা Nepali শিংগী মরক্তা লেপ্পা লৈতনা য়েপ্পুনা খুন্দানশনখি অমদি খুন্দাশনলক্লি লোয়ননা মণিপুরগী মফম খুদিংদা শন্দোরকখি । খ্বায়দগী মশিং য়াম্না খুন্দারীবদি মপুরগী চিংগী ডিষ্ট্রিকশিংদনি অদুগা খ্বায়দগী হেন্না শোকচননা খুন্দারীবনা Senapati District ওইরী ।

মদুমক্কা মণিপুর এসেমব্লীগী মীখন্দা Nepali গী মফম অমা কনবা হৌখিবা Kishor Thapa, Ex-M.L.A. অমদি ডি.সি. ফাওবা ওইরক্কুনা মণিপুরদা Nepali শিংগী ডিষ্ট্রিক নত্রগা হোম লেন অমা তানবা য়াবগী তাঞ্জা অদু লাক্লে। Sadar Hill গী মরুওইনা কাংপোকপী এরিয়া অমদি IT Road কী জগা অয়াম্বা হান্না লৈরকপা ইরমদমসিগী য়েলহৌমীশিংদগী থোমজিল্লক্লিবা মীতোপ্পা মীশিং হেনখ্রে।

ইং শক ১৯৪৭ তা ভারত অমসুং পাকিষ্টান খায়দোকপা মতমদুদা অমসুং ইং শক ১৯৬৯ /৭০ দা East Pakistan দা Bangali শিংগী নিংতম ইহৌ লাকখি। নিংতম ইহৌ অদুগী মরুমদা ভারত অমদি Pakistanগী লানফম অমা মীয়াম্না খংনখ্রে। মতম অদুদা ভারততা Bangladesh তগী রিফ্যুজি কযা থোমজিল্লকখি। থোমজিল্লকখিবশিং অদুগী শরুক খরা মণিপুরদা থুংলকখি। থুংলকখিবা Bangali শিং অদুনা Serou, Sugunu রোমদা মতম খরথক্কীনি হায়দুনা লৈহনখি। অদুবু ঙসিদি খুন্দাশিন্দুনা মরা তাখ্রে অমুক হনবগী ব্রাফম লৈত্রে। মসিগী মতুং তারকপদা লেপ্পা লৈতনা Bangladesh কী Muslim কযাসু থোমজিল্লক্কুনা কনাসু অয়েংপা অথিংবা য়াওদনা মণিপুরগী মফম কযাদা খুন্দাশল্লক্লি। মখোয়গী খ্বায়দগী খুদোং চাবনা মণিপুরদা মতম খব খক লৈরগা কংলৈ লোন অসি তেনবানা মখোল লোনবগুম খর খর হেক ঙাংবা ঙম্লগা মীতৈ পাঙ্গলনি হায়না মশক তাকচৈ মনুং হন্না থিনদে। মসিমক খংনরবা হুজিক হুজিক থেংনবিবা ব্রাফমনি মসিনা মীতোপ মুসলিমশিংনা ইরমদমসিগী মীতৈ পাঙ্গলগী চাকথুং মুনদুনা লাক্লি। পৃথিবীগী মফম কয়াদগী লাক্লীবা মুসলিমশিং অসিনা লমদম অসিগী মীতৈ পাঙ্গলদগী মখল খুদিংমক্তা শিংবা, খাঙবা কনবা মীবু শুম্না ঙম্না হেল্লি। মপুং ওইনা ধর্ম্ম মান্নবগী খুদোং চাবা লৌদুনা মখোয় ঐখোয় অমত্তনি হায়দুনা পুনশিন্নবা হোৎনবকপদা মফম অমা পীরুবদগী ফম্বা চল্লগা হিপ্পা চনলি হায়দুনা মীখুৎ চনখিবনি হায়রবসি মীতৈ পাঙ্গলশিংনা ঙসি ফাওবা খংদনা লৈবগুম উরী। মসিমক্কা মমৈর্দদি মীতৈ পাঙ্গলনা Govt. গী মায়কৈদগী ফংগদবা চাওখৎ থৌরাংগী খুদোংচাবা খুদিংমক মুনখিদুনা ঙসিগী চাং অসিদগী হেনগৎপা ঙমদনা লৈরবা য়াই। নাকল অমদা Mizoram লোমদগী অথিংবা য়াওদনা থোর্মজিল্লকপা তোঙান তোঙানবা Community শিংনা Churachandpur District তা অচৌবা চৈথেং অমা পীদুনা লাক্লি। অমুকসু ইরমদমসিগী কুকি ইচিল ইনাওশিংগা লোন মান্নবগী খুদোংচাবা লৌরগা Myanmar লোমদগী Myanmarese Kuki শিংনা Chandel অমদি Churachandpur District তা খুন্দাশনলক্কুনা লমদমসিগী Kuki

Indigenous People শিংগী হকতা অচৌবা মফম অমা লৌদুনা লাক্লি । মসিনা লমদমসিগী কুকি য়েলহৌমীশিংবু কুপশনখিবা য়াবগী থাক্তা লাকপা হৌরে । অদুবু চৈনা ফাওদবা তপ্পা তপ্পা মনা মনিল নায়দবা Dilution ওইবনা কুকি ইচিল ইনাওশিংনা তুমিন্না ঙসি লৈরী, থুমজিল্লক্লিবা ইশিংদুগী ইরোনুংদা লুপখিগনি হায়বা কনানসু খননদ্রি ।

খ্বায়দগী নৈননিংঙায় ওইবা, নুংঙায়বা ব্রাফম অমদি লেপপা লৈতনা অথিংবা য়াওদনা থোমজিল্লক্তুনা খুন্দাশন্দুনা লৈশনখ্রিবা লৈশল্লক্লীবা মীতোপশিং অসিদি করিসু নাচুংদে, নাচুংলুদে । অদুগা ইরমদমসিগী মীওই অমনা মরুওইনা মীতৈশিংনা চংশিন্দুনা খুন্দাবদদি ব্রাথোক হেক্তা ওই । নাকল অমদা ঐগী ঈরমনি, ঐগী ঈরমনি হায়দুনা পোংলি লাওরী মতাং অসিদা খংমিন্নবা য়াবদী ঐখোয়না চাওথোকচরীবা ঐ ঐগী ঈরমদম অসি কনাগী ওইরক্লি, ওইখিগদৌরি । ঐখোয়গী অপুনবা মীশিংগী ৩১.৭১% না মীতোপনা ওইখ্রে হায়বা ফাওবা খংজদে । চিংগী অপুনবা Tribal মশিংদগী মীতোপনা লিশিং ৩৩,৭০৬ হেনখ্রে হায়বসু নিংশিংনদে মতাংসিদা ঐগী ইরমদম ঐগীনি হায়না পোংজবগী, মুকচবগী ব্রাহন্থোক করিনো ?ঐখোয় মশেন মুক্নরীঙৈ, চাকলুক মুন্নরীঙৈ, ব্রাখল তারকপদা মীতোপগী খুৎতা তারমগনি । মতাংসিদা থমনিংলিবদি ঐখোয়না অহানবদা পুন্না তৌমীন্নগদবা থবকসি করিনো হায়বসি পুন্না খংমিন্নদুনা পুন্না থবক পায়খৎমিন্নবা চংঙি । মতম য়ৌরে মতম হেনখ্রগনি ।

Internal Migrant অসিদি ভারত সংবীধানগী Article 19 গী Fundamental right অমদি right to freedom না পীরীবা ভারতকী Citizen অমানা ভারতকী মফম খুদিংদা চৎপা, লৈবা খুন্দাবা য়াই হায়না পীরীবা, অসিগী খুদোংচাবদু লৌরগা লমদম অসিদা মরুওইনা ১৯৫০ গী 18th November গী মতুংদগীদি অথিংবা য়াওদনা লেপ্পা লৈতনা থোমজিল্লকখিবনি অদুবু লমদম অসিগা য়ুমথংনরীবা Nagaland State তা In.ıer Line Permit System লৈবনা অপনবা খরখক পীরী অদুবু Churachandpur (town) District Council গী Executive Officer না পীবা মেনশন্দবা ফোর্ম অমা মরুওইনা গুব্রাহতি বস কাওন্টরশিংদা লুপা ১০০-২০০ ফাওবদা ফংহল্লী মসি পায়রবদি Nagaland ফাওবদা করিসু অয়েৎপা লৈতে মেনশন্দবা শক্তাক চে অদু চহি ২০০৪দগী হৌনা কোপী অমখক্তনা ফোটো কোপী তৌদুনা ঙসি ফাওবা মপান লমগী মীতোপশিং বসকী Passenger ওইনা লায়না ফংনবা হোৎনবদা মরুওইনা শিজিন্নবনি।

নাকল অমদনা মণিপুরীগী Lower Court শিংদগী পৈশা খর খক

No.8/1/ADC/NOC/99.
AUTONOMOUS DISTRICT COUNCIL:
CHURACHANDPUR.

MOVEMENT PERMIT
Dt. Churachandpur, ...... 2004.

1. Name : Md. Nasir Khan s/o, d/o, w/o. Md Ali
2. Year 27...
3. Occupation. Business
4. Address: Silguri..... ward No. 4... Churachandpur Town.
5. Proceeding to ............... via Dimapur Road :NAGALAND.
6. Reasons. Business
7. VALID UPTO--. 4/7/2007

EXECUTIVE OFFICER
Churachandpur Town.
Executive Officer (Town)
District Council Churachandpur

তিংলগা মীতোপ অমগী মীংদা মহাক্কী family নি হায়না মীওই ৫ /১০ গী মমিং হাপ্পুনা Affidavit লৌদুনা মপান্দা পুত্রগা চংলকপদা মীওই ৫ /১০ অদু অয়েংপা য়াওদনা পুশল্লক্লি। ঙসিদি খ্বায়দগী লায়বা মওংদা বিহার, নেপাল তান্না বস চেন্দুনা অথিংবা য়াওদনা মীতোপশিং চংলক্লি অমদি High Way পেসেঞ্জর বসতা নত্তনা অসিদা চেল্লিবা ত্রকশিং অসিদা পৈশাবু পীরবদি খোংতেক মীতাং, অঙাওবা ফাওবা লমদমসিদা পুশিল্লক্লি, অনৌবা থৌবাং অমদা N.H-53 জিরী লম্বী অসিদা গ্রীফ (B.R.T.F) কী থবক শুননবগী মমিংদা অসামদা খুন্দাশনদুনা লৈরীবা বঙ্গলাদেশি মেঘালযাদগী তস্থোরকপা কয়া অমদি নৌনা লাকপা বঙ্গলাদেশি কয়া লেপ্পা লৈতনা থোমজললক্লি । মখোয়শিং অসি বস অমদা মী অমা অনি য়াওরকপগী ব্রাফম নত্তে । বস, তাতা সোমোগী মতেংনা গাড়ী মপোৎ থননা থননা চংলকপনি মসিগী ময়েক লারবা খুদম হাইবদু হৌখিবা ২০০৭ সেপ্তেম্বরগী তাং ২১ দা FREINDS না মীওই ৫৬ ফাদুনা পুলিসতা সিন্নরবা মতুংদা জেলদা থাজিনখিবা অমদি ২০০৭ গী ওক্টোবর তাং ২৯ দা মীওই ১০ তাতা সোমো AS11C 3612 দা লাকপদগী ফবা মীতোপ য়াওবা ততা সোমো অহুম অমনা নানথোক্কুনা চেনখিবা লোয়ননা মথংগী নুমিৎ বস অনিগা লোয়ননা তাতা সোমো অহুমদা পুন্না লাকপা মীতোপ ৮২ ফাদুনা ইম্ফল ব্রেষ্ট পুলিসতা মখা তাবা ভেরীফিকেসন তৌননবা শিন্নখিবা ঐখোয় খুদিংনা

খংনরবা ব্রাফমনি থেংনবা খংহৌবা খরখক্তনি অসুম্না ঙসিদি হান্নবা খুন্দাশিং দুনা লৈশনথ্রবা লম অসিগী হৃব্রা নুংশিৎ ফজনা খংলবা মীতোপ কয়ানা মীতোপ পুশিল্লক্নুনা মীতোপ অমদগী পুশিনবগী পৈশা লৌদুনা লেপতনা কারবার ওইনা তৌবসু য়াওদবা নত্তে ময়াম অসিনা ঙসিগী মিতোপকী মীশিংগী চাং অসি য়ৌরকখিবনি।

## মীতোপ পুশিল্লকনবা হোৎনবদা

**Imphal West Oath Commissioner**

**H. Iboyaima Singh, Manipur, Regd. No. 104 of 2007 গীবা Affidavit**




MANIPUR 0UAA 213441

BEFORE THE OATH COMMISSIONER MANIPUR AT IMPHAL



**AFFIDAVIT**

I Satya Debnath aged about 20 years S/o Late Jatindra Debnath, a resident of village Bhawairthana, P O Bhawairthana P S Sital Kuchi District Cooch Biahar West Bengal at present staying at Uripok P O & P S Imphal Imphal West District Manipur do hereby solemnly swear and affirm as under

1. That, I am a bonafide and law abiding citizen of India and permanent resident mentioned above
2. That I am a painter and working in Manipur since 2005
3. That I say that I am going to West Bengal i e my home via Nagaland by bus, to meet my relatives and I will come back here in Manipur to complete my works till 2009

Verified today on this 8th day of January 2008 at Imphal that the contents of the aforesaid affidavit from para 1 to 3 are all true and correct to the best of my knowledge and belief and nothing contained therein are false

Signature of the Deponent

# মরিশুবা পন্দুপ

## মীতোপশিংনা হকথেংননা য়েলহৌমীশিংদা পীরীবা চৈথেং

ভারতকী মনুং অমসুং মপানদগী থোমজিনলকপা মখল অনিমক্কী মীতোপশিং অসিনা খুন্দাশল্লক্কুনা অহানবদা লমদমসিগী শিনমিশিংনা সুরীবা থবকশিংবু তপ্পা তপ্পা মুনশিল্লকলি । মতম কয়াগী মমাংদগী ঈরমদমসিগী মীওইখক্তনা ইরমদমসিগী থবক শুজরম্বদু ঙসিদি মীতোপনা মহুৎ শীন্দুনা মীতোপনা সুরদবা থবক য়াওদ্রে । উ শুবা, য়ুম শাবা, য়োৎতেক থাংতেক খোম্বা, ফীয়োনবা, অরোনবা কারবার তৌবা, পোৎ হোনবা, বিক্রো শৌবা, থেল্লা ইনবা অচাপোৎ য়োনবা, শম ককপা, খোংউপ শেম্বা, য়েনশাং নাপীযোনবানচিংবা করবার মখল কয়া অমদি Govt.গী তোঙান তোঙানবা লোয়শংদা ফাওবা মখোয়গী মফম কনখ্রে । অপীকপা State অসিগী ফংজবা মহৈ মশিং তম্বগী চাকথুং ফাওবা মীতোপ্পা শরুক মুনশিল্লক্লি ।

MBBS, BDS, BE, Agri., Engineer নাচিংবা Entrance Exam. অমদি MCS, MPS Exam দা মীতোপশিংগী মচা- মশু কয়ানা য়াওশন্দুনা লমদমসিগী য়েলহৌ চাশিংগী ফাংগদৌবা চাকথুং অদু ফাওবা য়েন্নবা হৌখ্রে । মসিগী মরুওইনা খুদোং চাবা পীবদা মতেং পীরীবদি ইরমদমসিগী ডি.সি. শিংনি । মরমদি ডিষ্ট্রিকশিংগী ডি.সি.শিংনা Domicile পীবা মতমদা তৌফম থোকপা Proper Investigation তৌদনা পীথোকপা অমুকসু মীতোপশিংগী খ্বায়দগী খুদোংচাবা অমদি ডি.সি. খরমখৈদি মীতোপনা ওইবা লোয়ননা খ্বায়দগী মরুওইবা অমনা ডি.সি. গী ওফিসতা Domicile গা মরী লৈননা পাযরিবা Staff শিংনা Genuine ওই হায়না ফাইল হেক্তা থাগৎপগী চৎনবীশিনসু অমনি । থাগৎলীবা ফাইল অদুনা লমদমসিগী কদায় ফাওবা অকায়বা ওইরক্কনি হায়বদু খন্নদবনি । মসি থোক্তনবা চেকশনফম থোকই। নাকল অমদা Domicile পিবা মতমদা Voter List নত্ত্রগা রেসন কার্ডকী মখৌ তাই অদুবু মদু য়াওদ্রবসু মনিংথোংদগী চংবগী চৎনবীসু অদুম লৈতবা নত্তে । রাজনিতি ব্রালাশিংনা মা

মাগী Election দা ভোট ফংননবা ভোটর লিষ্টতা পংহাপ হাপচনবগী চৎনবীদুসু অদুম চৎন্দুনা লাক্লি । ভোটর লিষ্টতবু য়াওরবদি রেসননিং এজেন্টগী পোৎ ফংনবগী কার্ড পায়বা হায়বসিদি অরায়বনি অদুনা মীতোপশিংসু ইরায় লায়না ইরমদমসিগী চাকথুংদা পীদুনা লাক্লি । ঙসিদি মীতোপ কয়ানা প্রধান, জিল্লা পরিষদ মেম্বর ওইবা ঐখোয়গী মাঙদা উরে । লেপ্তুনা থোমজিল্লকপা মীতোপশিং অসিনা মণিপুরগী কাচিন কোয়া থুংনা খুন্দাশনলকক্লুনা লম কয়া অহেনবা পৈশা পীদুনা লৈশিল্লকই। অমুকসু লমদমসিগী মীওইশিংগী পৈশা চিল্লকপা য়েংদুনা তপনা তপনা পৈশা পীশিন্দুনা মখোয়গী খুবাম নুংদা তাথিবসু কোনগায়নি । লমগী মপু ওইবগা লোয়ননা লমসিগী চনুরা কয়া মখোয়গী তালোয় ওইনা লৌশিনলক্লুনা হাইব্রিড নেসন অমা তপ্লা তপ্লা ওইহল্লি, অসিগুম্বা হাইব্রীদ নেসন অমা ওইরকপনা ঙসি মীশিং য়াম্লবা ভারতকী ষ্টেটশিংগা শান্ন খোৎনবদা লাক্ল ফানবা ঙমদদুনা মলেমগী (পৃথিবীগী) এরেনাদা ভারতকী মহুৎ শিন্দুনা মিংচৎ লৌরকলিবা মীশিং য়ামখিদ্রবা ভারতকী অচৌবা ষ্টেটশিংগী দ্রিষ্টিক অমগী মীশিংনা হেনবা মতিং লৈবা খুনায় অসিগী মতিং অসি মাংখিগনি অমদি খুনায় অসিবু তপ্লা তপ্লা মমি শামহল্লকই । মমৈদা ঐখোয়গী শক্তম, ঐখোয়গী লৈবাক, ঐখোয়গী লৈঙাকলোন খুদিংমক মীতোপকী খুৎতা তাখিগনি ।



Photo - E. Shyamsunder

ভোট থাদনবগীদমক লৈপলিবা মীতোপশিং

## মঙাশুবা পন্দুপ

# মীতোপ্পা চৎথরকপা ক্রাইম

কংলৈপাক (মণিপুর) দা মীতোপকী মীশিংনা মণিপুর অপুনবগী শরুক অহুম থোকপগী অমা কনখিবগা লোয়ননা লমদমসিদা তোঙান তোঙানবা crime কয়া চৎথরকলি। অমদি crime কয়াদা চেন্নবশিংগী লোৎফম ওইরকখি। মমাংগী চহিশিংদা নত্তনা চহি অমা অনিসিদা মীতোপশিংনা লমদমসিগী লো এন ওদরদা পীরকপা শাফু অদু পুননা য়েংবদা ইকুই কুইদনা শিল্লোংগী স্প্রিং ফিণ্ড স্কুলদা তম্বা চহি ৪ খক্তা ওয়রীবা অঙাং অনি ফাবদা চেন্নবা ময়াং মচা অনি রাজু পিসুৱা অমসুং চন্দ্র প্রকাস শর্ম্মা অনিনা ইম্ফাল ইষ্টকী মোইরাং কম্পু অৱাং লৈকায়দা লোত্তুনা লৈরম্বদগী ২০০৫ কী নভেম্বর থাদা ফাখিবা।

# শিল্লোংগী অঙাং ফাবা ২ ইম্ফাল ইষ্টতা ফারে

*পোকুফম নিউজ সার্বিস*

ইম্ফাল, নবেম্বর ২০ঃ শিল্লোংগী স্প্রিং ফিল্ড স্কুলগী মহৈরোয় ২ কিদনেপ তৌবদা চোংবা মীওই ২ শুসি ইম্ফাল ৱেষ্ট ডিষ্ট্রিক্ট পুলিস কমাণ্ডো অমসুং মেঘালয়া পুলিসকী অপুনবা থৎপু অমনা ইম্ফাল ইষ্ট ডিষ্ট্রিক্টকী মনুং চয়া লৈবা মোইরাং কম্পু অৱাং লৈকায়দগী ফারে হায়রি।

ফাববা মীওই অনী অদুদি - মেঘালয়গী খাসি হিলগী মনুং চয়া লৈবা ডিষ্ট্রিক্ট ইষ্টকী শিল্লোং টুনী পঙ্গাবি লাইফগী ভগৎ পিসুৱাগী মচানুপা রাজু পিসুৱা (২৪) অমসুং শিল্লোং বারা বাজারদগী দিবি- [illegible] (২৬) নি। মখোয় অনী মোইরাং কম্পু অৱাং লৈকায়দা লৈবা নোংমাইথেম থম্বালজাউগী মচানুপা নোংমাইথেম পিতম্বর (৪১) কৌবা অমগী যুমদগী ফাবনি হায়না পুলিসকী পাউনা হায়রি।

চহী অসিগী আগষ্ট ২ দা শিল্লোংগী স্প্রিং ফিল্ড স্কুলদা তম্বা শিল্লোংদগী মন্তৃর সচিং গোইল (০৪), অপোকপগী মিং, দিপক অমসুং বেবী হারসা (০৪), অপোকপগী মিং, হরিস কৌবা অঙাং অনী স্কুল চৎপদা লম্বীদগী রাজু পিসুৱা অমসুং চন্দ্রপ্রকাশনা ফাখিবনি। অঙাং অনী অদু ড্রাইভরনা গাড়ীদা স্কুলদা থিল্লকপদা লম্বীদগী গঞ্জীগা লোয়ননা ফাখিবনি। তুংদা গাড়ীনা ড্রাইভরগা লোয়ননা শিল্লোংগী চেরাপুঞ্জিগী মফম অমদা হন্দোক্লগা অঙাং অনী অদু পুৱগা মাঙখিবনি হায়রি।

মেঘালায়া পুলিসনা অঙাং ফাবদা চেন্নবা মীওই অনী অসি মণিপুরদা লৈরে হায়দুনা ইম্ফাল ৱেষ্ট ডিষ্ট্রিক্ট পুলিসকী এস পিদা কোটোগা কোয়না পাউ পীরকখি। মরকসিদা, মেঘালায়া পুলিসকী টিম অমসু হৌখিবা নুমিৎ থরনিগী মমাঙদগী ইম্ফালসদা থুংলদুনা মীওই অনী অদুগী থোক্লুল লীবা মাওখি হায়না পুলিসকী পাউ অসিনা হায়রি।

ইম্ফাল ৱেষ্ট ডিষ্ট্রিক্টকী পুলিস কমাণ্ডোশিংনা হায়ত্রিন অঙাং ফাবল চেন্নবা

মথা লামায় ৫, কলম ৭ তা

(লামায় ১গী মথা)
মীওই অনী অদুগী খোঙ্গুল লীদুনা লৈ-রিঙৈ মকক্তা মোইবাংকম্পুদা হায়বিবা মীওই অনী অসি লৈরে হায়বা অককন্নবা পাউ অমা ফংবদগী ঙসি অয়ুক পুং ১১ বোম তাবদা ইম্ফাল য়েষ্ট ডিষ্ট্রিক্ট পুলিস কমান্দোগী ও সি, কৃষ্ণতোম্বীনা লুচিংবা টিম অমা চঙশীনখি। পুলিস টিম অদুদা মেঘালয় পুলিসকী মীওইশিং অদুসু যাওখি। হায়বিবা টিম অদুনা নোংমাইথেম পিতম্ববগী য়ুম কোয়শীল্লবদা মীওই অনী অদু য়ুমগী দলা* দগী নাম্থোক্লগা চেন্নবা থৌবাংখি। অদুবু পুলিসনা ওভর পারব তৌরগা মখোয় অনী ফাখি। ফাববা মতুংদা মেঘালয পুলিসতা শিন্নখ্রে। হয়েং এবোপ্লেন্না শিল্লোংদা পুখ্রগনি হায়রি।

ফারবা মীওই অনী অদু তোঙান-তোঙানবা থৌদোক ৱাথোক কয়াদা চাউনা চেন্নবা ঙাক্তনি। মখোয় অনীনা ফাখিবা অঙাং অনী অদুদি শিঙ্গ্রা নত্ত্রগা হিংলিত্রা হায়বা চপ-চাবা খঙবা ঙমদ্রি হায়না পাউ অসিনা হাযবি।

গুৱাহাটিদা লৈবা সুরজিৎ সান্দল্যগী চহি ১০ থক্তা ঙাযবীবা দোনবোস্কো স্কুলদা তম্না বাৰুনবু তমথিনা মকক মকক কল্লগা হাৎলম্বা অনুপম দাসনা ইম্ফালগী পাওনা বজারদা ইলেক্ট্রিকসিয়ান শাদুনা অজন্তা হাযনা মমিং ওন্দুনা লোৎলম্বদগী ২০০৬ কী মে থাদা ফাখি।

# Father courage tracks son killer

By Anup Sharma/TNN

Guwahati His tale can put a Bollywood potboiler to shame

Surajit Sandilya tracked down the killer of his 10-year old son Barun after a painstaking hunt of six years Anupam Das allegedly killed Barun and chopped his body into pieces in 2000 Though Anupam was arrested in 2001 he managed to escape from police custody while being taken to a sessions court

Since then Surajit had been trying out all possible means to track the killer "I had engaged several informers at various places with Anupam's photographs I saw the first ray of hope on May 8 when one of my informers said he had seen a person whose face resembled Anupam's at Paona Bazar in Imphal"

According to the informer, the person had been staying there and working as an electrician but with a different name - Ajanta Rai Incidentally Anupam too used to work as an electrician in 2000 "I made arrangements before going to Imphal he said

On May 12 we reached Imphal and informed the DIG there about our plan I engaged some locals to visit the Sethi Building where Anupam stayed At around 9 20 pm, we saw a person entering the building in an inebriated condition His face matched with Anupam's though he had short hair and a stubble My brother in law first identified him " Surajit said


Anupam Das: The killer

He added that one of the locals asked Anupam (Ajanta) to go to the DC's bungalow to correct the electric wiring there "Though he initially refused to go the local youth convinced Anupam and brought him to my vehicle We drove him to the DIG's residence and according to our plans, the police arrested him there,' Surajit said

Anupam who was brought to Assam on May 16, later confessed to have killed Barun a student of Don Bosco school, after physically abusing him at his residence.

মসিনা মপান থোক্লা খংনরকপা খর খক্তনি । মসি নত্তবা তোঙান তোঙানবা মখল কয়া ভারত অমদি মালেমগী মফম কয়াদা crime কয়া তৌকরবা মীওই কয়া লোৎতুনা লৈরমলোয় হায়নিংঙাই লৈতে । অসুম্না মপানলমদা মীহাৎ মীপুন তৌরগা লোৎফম ওইবতা নত্তনা লমদমসিদা লৈশিল্লরবশিং অসিনা অমুকসু তাবদা হঙ্গোয়রবা থবক কয়া চৎথরক্তবা নত্তে। খরখক নিংশিংমিন্নরবদা - হৌখিবা ২০০৬ কী জুলগী তাং ১৭ তা রিজনেল মেদিকেল কলেজদা অনাবশিংগী পুন্সি কনবদা তঙায়ফদনা শিজিন্নরীবা ওক্সিজেনগী মহুৎতা ইন্দিষ্ট্রিএল গাস ওইনা সপ্লায় তৌশন্দুনা অনাবা কয়া হাৎননবা হোনরম্বা মন্দল কৌবা ময়াং মচা অমা ইম্ফাল এন জি এভ্নিন্যাদা লৈবা টুল সেন্টর কৌবা অমগী মমিংদা সপ্লায় তৌরম্বদগী ফাখি ।

# রিমসতা ওক্সিজেনগী মহুত্তা ইন্দষ্টিএল গ্যাস ওইনা সপ্লাই তৌরম্বা অমা ফারে



ইন্দষ্ট্রিএল গ্যাস [illegible] সিলিন্দর, সপ্লাইয়াস নাঙ্গু (ফোটো: পোক্নফম)

পোক্নফম নিউজ সার্ভিস

ইম্ফাল, জুন ১৭: মীওইশিংগী পুন্সি কনবদা মক ওইবা মচাক অমা এইখিবা ওক্সিজেন গ্যাসকী মহুত্তা হু চেল্লবা অমসুং মপুং ফানা শেংদোকপা লোইস্ত্রিবা গ্যাসনি হায়নখিবা ইন্দষ্ট্রিএল গ্যাস ওইনা রিমস হোস্পিটালদা সপ্লাই তৌরম্বা নন মণিপুরী অমা আর পি এফনা ফাগ্রে।

রিমস হোস্পিটালদা গ্যাস সপ্লাই তৌরম্লিবা নন মণিপুরী অদুগী মমিং বাজু মন্দল (২৫) কৌই, বিহারদগীনি। মহাক্কী গ্যাস এজেন্সি অদুগী মমিংনা ইম্ফাল এন জি এভিন্যুদা লৈবা টুল সেন্টর কৌই। ফাববা মীওই অদ ঙসি নুমিদাং আর পি এফনা ইম্ফাল ইটকী জগা অমদা পাউ-মীশিংগী মমাংদা পুখোক্লি।

আর পি এফকী মাঙাঙলোই অমনা হায়রম্ব অসিগী মতাঙদা মহাক্না হায়খি, দোক্তরশিংনা অনাবা ওপরেসন মপুং ফানা পাঙথোক্লগা মতুঙদা মখম চান্দনা মী শিবা যাওবকপদগী আর পি এফনা মতম কুইনা ওবজার্বেসন অমা তৌদুনা লাকখি। অনাবা ওপরেসন লোইরগা দোক্তরমনা করিদু তৌগরোই হায়রগা মীওই কয়া শিবা যাওরকপদগী লিখুন অমা ফংবা ওমখি। মদুদি মেদিকেল গ্যাস হায়নসু খঙনবা ওক্সিজেন গ্যাস সপ্লাইদা দাপ্পকেট যাওরে হায়বগী পাউসু ফংবা ৬ খ। মৌওং অসিদা আর পি এফনা চিংনবদগী হৌখিবা তাং ৮ গী নুমিদাং-

[illegible] ... [illegible] সপ্লাইগী ... [illegible] ... ওক্সিজেন ... [illegible] ... ইন্দষ্ট্রি ... [illegible] ... সিলিন্দর ... [illegible]

... ৫ অমনা ওপরেসন থিয়েটরদা থম্লম্বনি। ওপরেসন থিয়েটরদা সপ্লাই তৌরম্লিবা সিলিন্দর নম্বরদা মখল্লিংনা ১১৩৮৩, ১০৬৭৮, ৪০০৬১৫, ৭৬৬০ অমসুং ৩১০৭৬নি। সিলিন্দর ৫ অসিগী মনুংদা যাওরিবা সিলিন্দর নং ৩১০৭৬ অসি ইন্দষ্ট্রিএল গ্যাস [illegible]

মখা পাযাৰ্ড ৩, কলম ৫ দা

খিবনি। সিলিন্দরশিং অদুগী কম্পেনি চলান নম্বরনা ৯৬০ নি। গুৱাহাটি মনাক্কী লোগ্রাদা লৈবা আসাম এয়র প্রদক্টতগী সপ্লাইয়র অসিনা লৌরগা চহী ১৫ রোম রিমস হোস্পিটালদা গ্যাস সপ্লাই তৌদুনা লাকপনি। অসিগুম্বা দুপ্লিকেট গ্যাসশিং অসিনা মীশি মীনা কয়া থোকখিবা য়াওখ্রে। তুংদা অসিগুম্বা মীশি মীনাগী থৌদোক অসি থোক্তনবা অমদি কলহৌনবা হোৎনরকপনি। তৌবতবু হ্যমেনিতি গ্রাউন্দদা য়েংলগা মতুঙ মনাও তৌদনবা গ্যাস সপ্লাইয়র অসিদা চেকশিন রা থম্লে। অহেনবা তৌবক্লবদি পার্টিগী দিসিজন অমা লাক্কনি। মহাক শিবগী চৈবাকমক্তি পীরবোই হায়খি।

প্রাইভেট অমসুং সরকারগী হোস্পিটাল সপ্লাইয়র মতুঙদা লাক্তনবা অমসুং চেকশিন্নবা য়েংশিনবীনবগা লোয়নননা ওক্সিজেন অমসুং নাইট্রস ওক্সাইদ গ্যাসনচিংবা চেক তৌরগা লৌশিনবীনবা চেকশিন রাসু থম্লক্কি।

চহীসিগী ফেব্রুৱারি ১৩দা লাঙ্গোলদা লৈবা সিজ হোস্পিটেলগী অথোরিটিনসু হায়রিবা গ্যাস সপ্লায়ার অসিনা পীরক্লগা গ্যাস সিলিন্দরদা চিংনবা লৈবদগী পিরক্লিবা সিলিন্দর ২৫ অদুগী কম্পেনি চলান উংপীয়ু য়াদবদগী হন্দোকপগী রাফম ফাওবা লৈখ্রে। অশোংনমক্তি গ্যাস অদু দুপ্লিকেট ওইবদগী সপ্লাইয়র অসিনা চলান উংপগী মহুত্তা গ্যাস সিলিন্দরশিং অদু ওইনা লৌখৎখি। মরম অদুনা অনা লায়েংবদা চঙবা মীওইবগী পুন্সিবু কল্লিবা গ্যাসশিং অসিদগী চেকশিনবীনবা আপিলসু তৌরক্কি।

২০০৬ গী মে থাগী তাং ২৪ গী অয়ুক পুং ৫.৩০ তাবা মতমদা শিংজমৈময়েং লৈকায়দা লৈবা কোইজম জানেকী গী য়ুমদা লৈবা অসাম্মী মচা সোরমজিৎ রায় কৌবা অমনা লৈকায়দুদা লৈবা লৈশাবী অমাগী কাংখা মখাদা লৈরম্বদগী লৈকায়গী মীয়াম্না ফাবদগী মায়কৈ অদোমদা নন মণিপুরী লৈবা য়ারোয় হায়না রারেপ লৌখি।

২০০৬ কী September তাং ২২গী অয়ুক পুং ১০ মুক তাবা মতমদা কৈশামথোং কবুই খুন্দা কারনচোংগী য়ুমদা ভারাদা লৈবা বিহারী লাক্ষমন গুপতা (চহি ৩৪) না Md. T. Tahira গী মচানুপী চহি ৬ থক্তা ঙাইরীবী সুলতান বেগমবু নত্তবা লমচৎ চৎনবা হোৎনরম্বগী রাথোক ওইখি।

২০০৭ গী মেগী তাং ২২ দা U.P. দগী বিহারী মচা মচিন মনাও শঙ্কুর প্রসাদ (৪০) অমদি মহাক্কী মনাও বটচু প্রসাদ (৩৫) না মন্ত্রি পুখ্রিদা লৈবা রাইখোম নিমারচান্দগী য়ুমদগী হুই অমা হুরানদুনা য়োল্লম্বদগী ফারকখিবা ময়াং মচা অনি অদুবু Freinds না মখা তানা রাহং পাওহং চৎথবদা মায়কৈ অদোমদগী কেবল রয়ার ককপা, সাইকল, রেদিও, য়েন, ঘরিনচিংবা অফং- অফংবা মখল কয়াগী পোৎ চৈ কয়া হুরানবদা চেন্নবা ওইরম্মী।

# শা-ঙা, পোৎচৈ হুরানবা নন-মানিপুরী ২ ফ্রেন্দসনা ফারে

হুইনং পাউমীদগী

ইম্ফাল, মে ১৪ : মনিপুরদা মশাল্লমদগা চংলকপা মীওংপ নন মানিপুরী মচিং মনাও ২ না ইম্ফাল অর্দি নাসিগী অপোইবা মকম কয়াদা হৌখিবা চহী ১০ বোমগী মমাঙদগী যাম্ন। চাওনা হুবান চিঙ্গি তৌবগী লাইননা অদগী নৌনা হুই অমা হুবান দনা য়োয়োক্লসদগী মীয়াম্না ফাবগা ফেদারেসন ওফ বিজনেল ইন্দিজেনস সোসাইটিজ (ফ্রেন্দস) দা শিন্নবকত্রে।

মকম কয়াদগী শা-ষন, হুই, হৌদোং, ওক-মেয়াচিংবা কয়া হুবান্দুনা য়োয়োকপগী মতম তৌবন্থগীদমক ফাংলবা নন মনিপুরী মচিং মনাও ২ অর্মদি উত্তর প্রদেশকী গোবাখপুরদগী বটু প্রসাদ (৩৫) অপোকপা চিতমল প্রসাদ অমসুং মহাকী পোকমিন্নবা মখোগ্গা শঙ্কর প্রসাদ (৪০) কৌই। মখোয় ২ মক পাখং ফুজেন। বিয়োা দ্রাইভর ফুজেন। হৌজিক চিংমেয়োং কপুই খুলদা ফবাদ নৈবানি।

হৌখিবা মে ২৮ দা শঙ্কর প্রসাদনা মন্ত্রি পুখ্রিদা লৈব লেইখোম নিমাইচান্দ কৌবা মীওই অমগী যুমদগী হুই অমা অযাক্ত হুবানখি। হুই অদু শঙ্কর প্রসাদনা শিলচরদগী লাক্লগা মন্ত্রি পুখ্রিদা লৈবা অব্দুল লতিফ কৌবা মীওই অমগা পুন্না হুবানমিন্নখিবনি। হুই অদু মখোযনা খুমন লম্পাক্তা লৈব. শা কক্পা মানি কবুইদা লুপা ১৩০০ দা য়োয়োক্লগা কক্লে হায়বনি।

হুই অদগী পোঙ্গুল লিয়কপদা শঙ্কর প্রসাদপু ফবা ঙমখি। অদগা অব্দুল লতিফতি চেনখ্রে হায়রি। ফাবা শঙ্কর অমদি মহাক্কী মনাও অনুপা বটু প্রসাদপু কৈশম্পাৎতা লৈবা ফ্রেন্দসকী ফেদ ওফিসতা শিন্নবখি।

ফাগৎলবা পোৎচৈ কয়া হুবানবদা চেনবা নন-মনিপুরী মচিং মনাওবু পাউমীশিংগী মমাঙদা পুথোকখি। শঙ্কর প্রসাদনা ফোংদোকখিবদা ভসিদগী চহী ১০ বোমগী মমাঙদা মন্ত্রি পুখ্রিদা লৈবা শ্যাম প্রসাদ কৌবা বিহারী অমদগী হৌদেং অমা হুবান্দুনা খুমন লম্পাক্তা লৈবা অভম কৌবা অমদা পিদুনা ওকশাগা ওন্নখি। চিংমেয়োংদগী মোটু কবুই কৌবা অমগী যুমদগী য়েন অমা হুবানখি। চিংমেয়োংদা লৈরবা পোত্ অমদগী ভ্র হুরানবি। (মথা লমায় ৩ দা)



## কেবল ব্রায়র হুরালম্বা ১ ফারে

ইম্ফাল, জুন ২ঃ ঙসি নুংথিল পুং ৩.৪৫ রোম তাবা মতমদা ইম্ফাল রেঞ্জ নার্কোটিক সেলগী টিম অমনা টেলিফোন কেবল ব্রায়র হুবালম্বা অমা পোৎকা কোন্না মহাবলি কবুই খুলদগী ফাগৎলে। মহাক্কী মমিং দিলিপ দাস (২৮), অপোকপা বদাচরন দাস কৌই, লেপ্তো পার্ট ২ নগীনি। হৌজিক্কী মহাবলি কবুই খুলদা ভরাদা লৈবনি। মহাক্কী টেলিফোন কেবল ব্রায়র কেজি ১১৫

ফাংগৎলুরে হায়বনি

২০০৭ গী জুন তাং ২ গী নুংথিল পুং ৩.৪৫ রোম তাবদা মহাবলি কবুই খুন্দগী কেবল ব্রায়ার কেজি ১১৫ হুরানলম্বা বদাচরন দাসকী মচা দিলিপ দাসপু ফাখি।

২০০৭ গী জুলায়গী তাং ৭ কী নুংথিল পুং ৫ রোম তাবা মতমদা তাবদা মন্ত্রি পুখ্রিগী পোষ্ট ওফিস মমাংদগী নম্বর ফোর শুংনবা ইফিড্রিন পাওদর কেজি ৫ পুদুনা লাকপা নন মণিপুরী উদো শহানি বিহারগী রঙ্গরি খুলদগী হৌজিক্কা থঙ্গাল বজারগী কালি বারীগী ভারাদা লৈবা অমা ফাখি।

ঙোংঅাইজিং — মমল রুপা ১/-

## নাবনা ফোর শুংনবা মার্কেটতা লাক্ষ ১.৫গী ইফিড্রিন কেজি ৫ নন মণিপুরী ১দগী ফারে

ইম্ফাল, জুলাই ৮ ঃ নার্কোটিক এন্দ ব্রোর্দর এফিয়ার্স (নাব) না থিধা: হুৰ্গী থবক চথবদা ঙরাং নুংথিল পুঃ ৫ বোম তাবদা মখ্রি পুষ্ট্রিগী পোষ্ট ওফিস মখাংদা নম্বর ফোর শুংনবা ইফিড্রিন পাওদর কেজি ৫ পুদুনা চৎলম্বা নন মণিপুরী উদো শাহানি (৩৫) অপোকপা লোখিব্রবা নিদোমো সহানি বিহারগী বক্সি খুলগী হৌজিক্কা থম্বাল বজারগী কাদি শারিদা লৌখা অমা ফারে। মহাক্কা পুরম্বা ফোর শুংনবা ইফিড্রিন কেজি ৫ অসি লোকেল মার্কেটতা মসিগী মমল রুপা লাক্ষ ১.৫ রোম ওইগনি হায়রি। হায়রিবা ইফিড্রিন অসিদা ফোর ওয়া পোৎশক অমা ছাপত্রিগা ফোর ওলহল্লবদি মসি ইন্টরনেশনেল মার্কেটতা রুপা ১.৫ কোটী মথক্তা ওইগনি হায়নসু নাবগী ফোংদোকখি। নাবনা অককবা পাও অমা ফংবগী মথক্তা অদুদা মীকুপ নাহৎ শিংনা লৈদুনা মহাক্কা পুরকপা ইফিড্রিন অদু ফাবা ঙমখিবনি। মহাক নুমিৎ তমনিগী পুলিস কষ্টদি থিমান্দ লৌখ্রে হায়রি।

হৌখিবা তাং ১ থা ৭, ২০০৭ ইংদা লম্ফেল সুপর মরকেৎতা লৈব ইবোচৌ কৌবা অমগী ভারাদা শম ককপা ময়াং Dilip Thakur, Satu Thakur Sangkar Thakur Khagriya, Khagariya Dist., তাগী RIMS Roac তা ভারাদা লৈরম্বা মখোয় অহুমা নুপি মচা অনিদা মখুৎ শাংলম্বগী ব্রাথোব ওইদুনা মণিপুর থাদোক্লগা চেনখি।

২০০৭ গী আগষ্টকী তাং ১৩ দা শিংজমৈ চিংঙামথক্তা নুংথিলগী পুঃ ৪.৩০তাবা মতমদা য়োৎতেক থাংতেক খোমদুনা য়োনবা বামরতন কৌব বীহাগী মোজাফরপুর দিষ্ট্রিকতগী বীহারী মচা অমনা চহি ৬ থক্তা ঙাইরীবা নুপীমচ অমবু মহাক্কী দুকান্দা পুশন্দুনা থোং লোনশিন্দুনা সোদোমী তৌরম্বদগী অঙাং অদু লায়কল্লখি।

থৌদাং

চহি ৬কী নুপামচা ১ নন-মণিপুরী ১না সোদোমী ...

চহি ৬ কী নুপামচা ১ নন-মণিপুরী ১ না সোদোমী তৌবদগী লায়কল্লখ্রে



# Rebel held in Cachar

TIMES NEWS NETWORK

ilchar: Assam Rifles personel have arrested an "area comiander" of the United Bengali ;evolutionary Army (Ubra), a esser known outfit, in Cachar 'istrict.

The arrest of Sajal Roy (38) ias Arjun Singh came in the ake of some posters appearg at Borkhola and Katigora rcles of Cachar in the name Ubra last eek The osters read, Protect the iterests of lindus living 1 the North ast" and save th re on from forign hands"

Security rces were in ie dark for uite some me about the itfit's activities It was only ter personnel of the Sribar ased 5 Assam Rifles arrested oy when he was on way from ilchar to Imphal on Friday iat the activities of the group ame to the fore

Security personnel raided is house at the Babubazai rea and recovered a 2 mm pis ol one Chinese grenade and a umber of magazines and bul ets from there

According to sources in the country's oldest para-military force, Roy has been staying in Imphal for the past few years with his family and dealing in automobile parts.

During interrogation in the custody of Assam Rifles, the sources said, Roy said he was an RSS cadre But, Assam Rifles maintained that Ubra was a militant outfit and procuring illegal arms and ammunition

The sources added that Roy admitted to the fact that Ubra was in negotiation with a North Cachar Hill based militant outfit to buy arms and ammunition

Police have found the telephone number of a person of Haflong from Roy's cellphone the sources said adding that the two had been in touch regarding procurement of arms

Assam Rifles on Saturday handed over Roy and the arms recovered from his house to Silchar Police He was produced before a court here on Sunday

Superintendent of police (Cachar) Satyen Gogoi said search was on to arrest Roy's companions The SP added that police were hopeful to contain activities of Ubra, which might not have more than 2. mem bers, at the formative stage

**TERROR ALERT**

Assam Rifles on Saturday handed over Roy and the arms recovered from his house to Silchar Police. He was produced before a court on Sunday

ঙসি ঙসিমক মণিপুরদা নিশানা লায়চুদুনা হৌগৎলক্লীবা তুংগী য়ুশ্বীরেলশিংবু নিশাগী খয়াৎতগী কন্ননবা কননা social organisation শিংনা হোৎনরীবৈ তাঞ্জা অসিদা মীতোপশিংনা শেন তান্ননবগী - দমক্তা ইরমদম অসিদা মখল কয়াগী নিশাশিং পুশিল্লক্লী। অমদি সেকুরিটিগী কানতিনগী খুদোংচাবা লৌরগা নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা য়ুঙাং য়োল্লি।

হৌখিবা তাং ১২ August ২০০৭ দা RSS কী কেদর ওইবম্বা তুংদা United Bangali Revolutionary Force (UBRA) (ভারতকী য়াল্লবা হিন্দুশিংনা অরাং নোংপোক্তা শন্দোক্তুনা খুন্দাশিল্লপা মতমদা মখোয়দা পীরকপা অয়েৎপশিংবু থেংননবা, ঙাক শেন্নবা মরুওইনা লিংখৎতুনা থবক চৎথরীবা লুপ)গী area commander Mr. Sajal Roy (28) alies Arjun Singh বু Assam Rifle না Silchar দগী ইম্ফালদা লাকপা লম্বীদা ফাখি অমদি ইম্ফালদা মতম শাংনা গারীগী মচাক ললোনবা শাদুনা থবক তৌদুনা লোৎলম্বগী পাও মীয়াম্না ঙসি খংনরী।

হৌখিবা ২০০৭ ইং অগষ্টকী তাং ১৭কী অয়ুক পুং ৬ লোম তাবদা মোরেদা লৈবা ২৪ শুবা অসাম রাইফলসনা মোরে ৱার্ড নম্বর ২ দগী য়ুএস গবর্নমেন্টনা কোইতান তান্নরিবা ওসামা বিন লাদেনগী অল কাইদাগী মীওই ওইরমগনি চিংনবা মী ১৫ ফাখি।

# অল কাইদাগী মীওই ১৫ মোরেদগী ফারে

পোক্নফম নিউজ সর্বিস

ইম্ফাল, মার্চ ১৯ : সেপ্তেম্বর ১১গী মতুংদা যু এস গবর্নমেন্টনা কোইহনা তাকরিবা ওসামা বিন লাদেনগী অল কাইদাগী মেম্বর ১৫ মোরেদগী আসাম রাইফলসনা ফারে।

পুলিসকী পাউ মতুং ইন্না, ম্যান্মারগী আর্কানগী সমুদ্র নক্সীদা লৈরকপা বাংলাদেশ অমসুং শিলচর কাওদুনা লাকপা ওসামা বিন লাদেনগী অল কাইদাগী কাইনাক্ত অমসুং পল্লিসিটি ব্রিংগী মেম্বর ওইরমগনি হায়না চিংনবা মীওই মখা য়াওনা পুন্না মোরেহ্তা ১৫ ফৈবিক তাং ১২কী অয়ুক পুং ৬ লোম তাবদা মোরেদা লৈবা ২৪শুবা অসাম রাইফল্সনা মোরে ওর্ড নম্বর ২গী ফারে। ফরবশিং অদু ইম্ফাল পুলিস ষ্টেসনা ঙসি পিনখ্রে হায়রি।

ফোংদোক্লবা ১৫ মীয়া মোরেদগী খাম্পাত ওমখে মানাশিন্দা চৎথিনদৌরে হায়বগী অকুপ্পা পাউ অমা ২৪শুবা অসাম রাইফল্সনা ফংবগী ফৈবিবা তাং ১৬ অমসুং ১৭কী লোমদা অহিংদগী মোরে ওর্ড নম্বর ২গী অকোয়বা শীন থুনা কোয়শিন্দুনা থন্না নোংমানবগী মতুংদা অকুপ্পা মীওই ১৫ অদু ফুম অমদি হোটেলশিংদগী ফাখিবনি হায়না পুলিসনা কোঙদোক্লি।

অল কাইদাগী কাইনাক্ত অমসুং পল্লিসিটি ব্রিংগী মেম্বরশিং ওইরমগনি হায়না চিংনবদগী ফারবা মীওই মখা অদুগী মমিং বাংলাদেশতগী এমদি নাসেন (৪২), কাইয়ু হুসেন (১৭), সেখ সলাম (২১), অবুল হুসেন (৪২) অমদি আর্কান লৈবাক্তগী এমদি রেহান (১৮)নি। বাংলাদেশ লৈবাক্তগী মীওই মখা লোমন্না শিলচরদগী মোরেয়াংবা চঙলকপদগী ফারবা কোয়েত্তর ১০ অমুগী মখিংদা আর্কান লৈবাক্তগী মহম্মদ বাবার (২২), এমদি জুনেট (২৮), বাসির অহম্মদ (২১), এমদি সলিম (২৩), সবির অহম্মদ (৩১), এমদি রোহিদ (১৭), অবুলা (৩২) অমসুং বাংলাদেশ লৈবাক্তগী এমদি অবুল (১৮), বাসির অহম্মদ (১৮), সালি অহম্মদ (৩২)নি হায়রি।

মখোয়শিং অমিগী মখান লৈবাক্তী সেল অমদি সোংঅমশিং ফাগৎখি। বাইকেকগী ওর্ড পর্মিট, আইডেন্টিটি কার্ড, হেল্থিকান কার্ড, ইনকম ট্যাক্স কার্ড, সুবেল্ট কম্পেনিগী আইডেন্টিটি কার্ড, মন্ত্রিগীবী কৌমানেজপুরগী বেক ক্লিসিপ্ট, যুনাইটেড অরাব ইমরেত (যু এ ই) অমসুং বাইকেন্গী মাইগ্রি অমদি অতৈ অতোপ্পা কার্ড অনীসু ফাগৎখি। সেল ওইনা বাংলাদেশকী সেলগা ১৩০০, যু এস ডোলর ১১০, কেল্ট ১৭০০০ অমসুং সেল অচোইবা ১৫ রোমসু ফাগৎখি হায়না পুলিসতগী ফংবা পাউ অসিনা মখা তারি।

২০০৭ গী ওক্টোবারগী তাং ৩ দা মোরে পুলিসনা ক্রাইম কয়াদা চেন্নরমগনি হায়না থাজবা ম্যানমার লোমদগী হায়জিল্লকপা মুসলিম মচা ৩ এমঃদিঃ হাবিবুলা (২৪) এমঃদিঃহরুন (২৪) অমদি এমঃদিঃ রাসিদ ফাখি ।

## সনা শেংজিন্নরগা সনা হুরাল্লস্বা মীতোপ অনি ফাবা

ইম্ফাল, ফেব্রুয়ারি ২৩, ২০০৮ ইং, ফাইয়েনগী ১৭ নি পানবা, থাংজ (থৌদাং)

[illegible]



# অঙাং ভিক্ষারি থাদোক্লুনা শেল তালহল্লগা ফমজা চারম্বা নন-মণিপুরী ৩ ফারে

*থৌদাং পাউমীদগী*

**ইম্ফাল, জুলাই ২৭ঃ** অঙাংশিংদা মীওং-মীনৈ চথরকপা থিংনবা থবক লৌখৎলিবা স্টেট অসিদা মপান লমদগী ফাদুনা পুরকখিবা মীরোল অহিবা অঙাংশিং থাদোক্লগা ভিক্ষারি ওইহন্দুনা শেল তালহল্লগা ফমজ চারম্বা নন-মণিপুরী অহুম পুলিসনা ফগৎল্রে।

মখোয় অহুম্মক গুসি ইম্ফাল ইষ্ট দিষ্ট্রিক্টকী পোরোম্পাৎ পুলিস ষ্টেসনদা পাউমীশিংগী মমাংদা ষ্টেসন অসিগী ওফিসার-ইন-চার্জ ইনস্পেক্টর কেঃ শীতচন্দ্রনা পুথোকল্রে।

অঙাংশিংবু লমদুনা অরানবা পাম্বৈদা মশাগী নুংঙাইনবগীদমক কাগনা শেল তালহল্লগী কারবশিং অদুগি অমুচেত্ত (৩৫) অপোকপা, পাটৌ কমাখিয়া, অমারট (৩...) মপুরোইবা নন্দ অকসু মুকুন্দ... মপুরোইবা রোনিনবনি। মখোয় অহুম্মক শ্রেষ্ট বেঙ্গলগী কমাক... খুনংদগী জার্জিন হায়রি।

পুলিস ওফিসার অসিনা হায়, চাইল্ড রেলফেয়ার্স কম্মিত্তি, ইম্ফাল শ্রেষ্টকী চিয়ারপর্সনন জুবেনাইল জষ্টিস এক্ট ২০০০ গী মখাদা থাকং অম ... মাখায় অহুম অসি ফাগৎলি।

"... মনাঙ্গা টেষ্ট অমা ... মখোয়না অঙাংশিংবু লমদুনা ... শুংনবগী যথক্তা লম্বী-সড়কতা অচৎ-অওকশিংদগী বিক্ষারি ওইনা শেল নিহল্লি" পল্লদুনা মখোয়না অঙাংশিংগী হৃমঃমমলনা ফংলকপদা শেলশিং অদু পুন্নপ লৌশিল্লি। অঙাংশিং অদুবু পিজ্জ-পিথক থরু তৌরগা মখোয়না থবক শুদনা ফমজা চাবগা লৈরম্বনি হায়নসু পুলিস ওফিসার অসিনা মখা তামা ...

... শুমিং-নোমনিংদবা মখোয়না অঙাংশিংবু শেন্দাল লম্বী ওইনা নমদুনা শিজিনবা ষ্টেট অসিদা য়াদে অমদি লৈবাক অসিগী আইনগী মতুং ইন্না দন্দি ফংগনি" হায়বসি খঙহন্নবগীদমক মখোয়বু ফাখিবনি হায়না ওফিসার-ইন-চার্জ অসিনা মখা তানা হায়রি

মখোয়না মপান লমদগী অঙাং নিপাল পুরকখি। অঙাং মরিদি চাইল্ড রেলফেয়ার্স কম্মিত্তি অসিনা কলহৌরে। অঙাং মরিগী মনুংদা অনিদি মখোয়গা লৈমিন্নরি। অতোপ্পা অঙাং মরিদি মমুমদা হলহনল্রে হায়রি।

"অসিগুম্বা আইননা য়াদবা থৌওংশিং অসিদগী ঙাকথোক্লবা অমদি অঙাংশিংবু শেন্দাল লম্বীদা মণিপুরদা নমদুনা পুশিল্লকপা থিংহৌনবা অমদি অঙাংশিংবু ঙাকপি-শেন্দবীলবা পুলিসনা লৌখৎলকপা চেকশিন-খৌরাংগী মনুং চন্না অথম্বা থবক অসি পায়খৎলকপনি" হায়নসু পাউগী মীকপ অদুনা ইনস্পেক্টর শীতচন্দ্রনা ফোংদোকল্লি।

# তরুকশুবা পন্দুপ

## লায়নিং লায়শোননা মীতোপশিংদা পীবা খুদোংচাবা

ইরমদম অসিদা মৈদিংঙু চবায়রোংবা হাকতক্তগী চংলকপা হৌখিবা রমান্দী ধর্ম্ম অদু নিংথেমচা গরীভনিৱাজগী মতমদা মবা তাহনখিবদগী মবা শমথরক্তুনা নিংথেমচা চিংথং খোম্বা ভৈগ্যচন্দ্রগী মতমদা অমুক্কা হেননা হিন্দু ধর্ম্মদ তম্পাক লমদমসিগী মীওই খুদিংমক্কী ঈদা তোংদা চুশিনজর্নখি । মী মীগা থম্মোয়দা ময়াং লাইনিংনা অথোইবনি হায়না অচেৎপা থাজবদগী হেন্দোকখিদুনা মশামক মীতৈনি হায়বা ফাওবা ইকায়বা হঙ্গোয়বগী থাক ফাওবা যৌবকখি । মসিমক্তা মীতৈ ঐবোয়গী মীংদা চাওবা চাওবী, চীংলেন, সনাথাই, পীয়াইনুগী মহুৎতা বীহারী, রাজকুমার, গোবীন, হিরচান্দ, বীন্দীয়া হায়না মপানগী লোন্দা থোক্লগা চাওথোকচাবা থোক্লিবা ৱাহৈ অদুমক্কী ৱাহম্লোক (অর্থ) দু কারনো খংদবা মখে মীগী মরোলনিবু হায়রবদি ইয়াদা যাবগী থাক্তো সাকখি । মীংগী মমৈদা দেবী, সিংহ হাপ্পনা লেম্লরকখি । মীশি মীন, লুহোং খোংদোংবা থৌরম খুদিংমক্কী পাওজেল চে (বার্ত্তন)দা শুভ বিবাহ, শ্রাদ্ধ, বীনিত, উপলক্ষ, পত্রনা নিমন্ত্রণ, সাং অসিনচিংবাদা মীগী মরোল য়ারিমখে যাওরগা চাওখৎপা অহৈবনি খন্নরকখি । মমৈদা চৎনবী ওইরকই মীরোন য়াওদনা ইরোনখক্তনা ইবদা চাওখৎতবগুম লৌনরকখি । লৈতবগী লুহোংবগী থৌরমশিংদা মীগী মরোল দা ঈশৈ ফজনা শকপবু খ্বায়না ইকায় খুম্নবা হেল্লকখি । শৈশকপশিংসু, অতাবশিংসু মরোলদি খংদে , ৱাহম্লোক (অর্থ)সু খংদে। ঈশৈগী শৈহেক্তুদা থওইনা কক্সী । শকলিবা ৱাহৈদুমক খোম্লোক চুম্না শক্লিব্রা? মশাকমকসু খংজদে । চাকচা হৈজানবদা অহৌবদা মহা প্রসাদি হরিবোল হরিবোল অরোইবদা মহা প্রসাদি সমাত্রং হায়না লাওবা ঙসিসু চৎনরি । চাক হাপ্লো হায়দে, প্রসাদি খরা হাপ্লো হায়বা চৎনরে । তম্বগী তম্বা ইরোনবা, উক্তি, হৱায় থোংবা তম্নবদি ফগদবনি, ঙসিদি মীতোপ্পা মীশিং য়ামখৎলকলবনিনা চাকচা- হৈজানবদা মীতোপ কয়াসু

য়াওরে মতাংসিদা মীতোপনা তাঁব্রগা করি হায়খিনি হায়বগী ইকায়বা লৈতে।

মীতৈ লাইনিং চৎলি হায়রগা চাওখৎতবগুম, শম্নবা য়াদবগুম খন্নরকখি, চাকচা- হৈজানবদা মীতৈনা থোংবা চাক চাদবা বামোলনা থোংলগা অশেংবনি খনবা মশিং য়ামখৎলকখি। ইশাগী ময়েক চৎনসি মীগী ময়েক্তা তাংগুমসি হায়না লাওরীবা কাংবুবু চাওখৎতবা (extremist) ওইনা উরকখি। ইরমদমসিগী মরুওইবা লায়ফমশিংগী মমিং হোংদোক্তুনা মীতোপকী লায় লাৎশিনলকখি। মোংবা হনবা উমংবু মহাবল্লি, হিয়াংথাং লাইরেম্বীবু কমক্ষ্যা লংথবালবু কানছিপুর, নোংমাইজিং চীংবু বারুনি, কৌব্রু খুভমবু মীতোপকী বামবাম মহাদেবা, মোন্দুম লাইফমবু মোন্দুম মহাদেবা, নোংপোক নিংথৌবু মহাদেবা, লমাংদোংবু বিষনুপুর, কংলৈপাকপু মণিপুরনা চিংবা হায়দুনা ইরমদমসিগী মফম কযাবু হিন্দু লায়নিংগা মরী লৈননা মমিং কয়া থোনজিনখি। মসিদা নত্তনা ইশাগী ইয়েকপু বঙ্গাল্লি ময়েকনা মহুৎ শিনলকখি। বঙ্গাল্লিগী চরক পুজাদা চৈনাওবা হায়না থোনজিন্দুনা চৈরাওবা অনি থোকহনখি। উসিম অদুম হোংদোকপা ঙম্মদ্রে। ইরমদমসিগী মফম খুদিং হিন্দু লায়শাংনা শৌগী যুমগুম যুংখৎলকখি। লৈকাই মচা অমদা লাইশঙ অনি অহুমদগী তাদনা লৈবসু যাওদনা নত্তে। ঐখোয়দা হেনাক্তনা জগ্গবদি হিন্দু লাই নিংগী হৌবকতগী লেপা কা অসুম য়াম্বা লাইশঙ লৈতে। মতৌ তম্নদা পুল্লপ তম্বদগী হেনাক্তনা খিদুনা ঙসিদি কাং চিংবা মতমদা কাংগী কাং ভাক্ত লম্বী চৎফম ফাওবা লৈতে। জগৎনাথকী হৌবকফম ওইরীবা ওরিসাগী জগৎনাথ খেত্রদা অসুম্না তৌদে। কনায়দগী তম্লীবনো খংদে লাইনিংবা নিংনিংবা লাই নিংবা য়াই অদুবু মপান থোক্লা হরাও কুম্মৈ ইবাং কা হেন্না তৌবদি লানগনি। শ্রীধাম বৃন্দাবন্দ, নবদ্বিপ, জগৎনাথ ক্ষেত্র, হরীদরাব, তিরুপতি নচিংবা মীতোপকী মপা মপুগী লাযফমবু ঐখোযগী ইপা ইপুগী লাইফমনি খন্দুনা লুং লাক্ক লাক্ক চহি খুদিংগী হুন্দোক্লি। য়াওশং মতম লাকপদা মীতোপকী হোলিগা পুশিনলক্তুনা অবের তৈবা পেসকরি কাপ্লবদা মযাং মচা কয়াসু যাওশিন্দুনা লমদমসিগী চনুরা কয়াগা ইরাং কৈথেল কাবা মসিদা নত্তনা নুমিদাংদা থবল চোংমিন্নবা ঐখোয়না উবি। মসিদ মীতোপসু য়াওরে হায়দুনা হরাওনবসু যাওদবা নত্তে। লমদমসিগী ইরাংদা থরায় য়াওজবা মীয়ামশিং অসিনা চৎলিবা ময়াং লাইনিং অসিগী খুদোংচাবা লৌদুনা মীতোপশিংগা পুন্না লাইশঙদা লাই খুরুম্মীন্নবা, হিন্দু লাইনিংগা মরী লৈনবা হরাও কুম্মৈদা লাই নিংবা লাই খুরুম্বদা মীতোপশিংনা নকশিন্ননবা হোৎনবদা অরাইবা ওই। লাইনিং মান্নরবনিনা শুপনতগী পোলাং অমদা লৈ মনা থরা শিন্দুর থরা লং অঙাংবা, হংগামপালগী লংখায় অমা কৈথেলদগী লৈরগা

নোংমদা লুপা ৩০০- ৪০০ লায়না তানবা য়াই । লাইশঙ য়ৌদনা মাগী ভারাগী য়ুমদুদা থিৎলকপা শিন্দুরদু ঙাংবু ঙাংলবদি য়ারে, শীন্দুর থিৎলীবা ঈশিং অদু লুখাক্লা থিৎলবসু করিসু কায়দে ময়াংনবু তৌরবদি, ময়াংগী করম্বা মণিপুরগী লাইশঙদগী পুরকপনো হায়না ফাওবা কনাসু হংনরোই । নাহুৎ নারেংগী থৌরমদা না হুৎপগী লু কোকপদা নাপেৎ য়াওদবা য়াদে হায়দুনা ময়াং হজাম কৌরগা পৈশা য়াম্না কৎতুনা খুরুমবা চৎনরী । মীতোপনা লাই অমা লাৎলবসু অদুম লায়না হিংফম ওই মরমদি ময়াংনা লাৎপা লাই ওইরবসু লাইদুদি ঐখোয়না পামজরীবা নিংজরীবা ওইবনা ময়াং লাইনিং চৎপা ময়াম খুরম্বদা পৈশা ব্রাৎতে, থাংঙেশেংনা লমদমশিগী লাইরিক হৈরবা লুচিংবা অয়াম্বা হিন্দু লাইনিংদা লুপখিবনা ময়াংগী মরুওইবা লাইফমশিংবু ঐখোয়গী লাইফমনি হায়না লুনা লৌজে, লাইনিংশিবু চৎলবদি ঐখোয় অমত্তনি খনজবা চারৌ মৌরৌনবদা নুংঙায়জবা পোকপা মশিং য়ামখৎলকই । ময়াংদা ময়ুম পানবদা করিসু খনদে , মীতৈগী মীশিংনা লাক্ষ ৮ য়ৌরক্রবা মীতোপনা লাক্ষ ৭ হেনগৎলক্লকুনা মশাগী মরমগুম মীতোপ লিশিং কয়ানা গনেস পুজা, বম বম, গুরুগী থৌরমশিং, দুর্গা পুজা, লাক্ষমী পুজানচিংবদা মীতোপ লিশিং কয়া কয়ানা লম্বীদা হরাওনা লাওখোংদুনা চৎপদা লমদমসিগী মীওইশিংনা মাং থাদুনা কনথি থোক্লা লৈশাবী, মৌ- নহা য়াওনা শাথেক কয়াগী জগোই শাদুনা, ঈশৈ শক্তুনা চৎলি । মখোয়বু মনিং তম্না লাংজনবা Security শিংনা থব্রাই য়াওনা কননা ঙাকশেনলি । লাইনিং হরাও কুম্মৈ (Festival) সু মান্নে অদুমক্লা মণিপুরী খুন্নায়দা মীতোপশিংনা তিনশিনবদা খ্বায়দগী লায়বা লম্বী ওইরী । ঙসিদি মীতোপ্না ঐখোয়গী পুন্সিরোল অমদি খুন্নায়রোলদা তপ্না তপ্না তীনশিনলক্লি অদুবু কুইরোই ঐখোয়না মীতোপকী পুন্সিরোল অমদি খুন্নায়রোল তিনশিনখিদুনা ঈরমদম অসিগী মীওইশিং লৈরম্মী হায়না ব্রারীনবদা ঙায়হৌরগনি । অতোপা লাইনিং (ধর্ম্মা) অমা ঐখোয়না লাইমিং লৌদুনা চৎপদা সুপ্নতগী তায়বং শেম্বা মপু (ঈশ্বর অদুখক নিংজবা, লাই অদুবু করম্না নিংগনি হায়বখক্তুদা নত্তনা লায়নিং অদুবু হৌদোক্লক্লিবা জাতি অদুগী নাৎ চৎনরোলসু য়াওনা তমদুনা মশাগী নাৎ চৎনরোল থাদোকপা ঐখোয়না উরি। মসিনা মীগী লায়নিং চৎপনা ক্রুপ অদুগী শক্তম মুৎথৎপদা অচৌবা মতেং অমা ওই । পোকপা, শিবা, লুহোং- খোংদোংবগী থৌরম খুদিংমক মীগী চৎন লোনচৎতা চৎলকপদা নত্তনা থৌরম অদুদা শেৎপা ফীজেৎ ফাওবা মীগী চৎনবী ফীজেৎতা শেৎপা তাই । শেংনা হায়রগদি মীগী লাইনিং লৌবা হায়বসি ফ্রুপ অদুবু অতোপ্পা ফ্রুপ অদুদা তিনশিনবনি জাতি অমা হিংবা হায়বসি ফ্রুপ অদুগী মমিং খক্তু নত্তে। ফ্রুপ অমা ওইবগী নুংগী মচাকশিং অদু শুনা য়াওবা চংই ।

মচাক য়াওদ্রবা জাতি অদুদি শিরবা জাতিনি। মীগী লাইনিং চৎলবসু লাইনিং অদুদা ঐখোয়গী নাৎ লোন, চৎনরোলসু য়াওনা মাংহনবদি খুন্নায় অসিগী তুংগী মীরোলদা চয়েৎনবা পুন্নারি অমা পীদুনা মপা মপু মশক খংদা লমজা শারাগী খুনাই অমা ওইনা থমলমগনি। (মরী লৈননা থমজনিংবদি ঐখোয়না ঈরমদম অসিবু নুংশিরবা ঐখোয়গী ফ্রুপ অসিবু কন্নিংলবা মতম শাংনা ঐখোয়গী নাৎ চৎনবী লোনচৎ অসিবু ঙাক্তুনা থম্বা পাম্লবঃ মীতোপকী খুৎতা ইরমদম অসি তাহননিংদ্রবাদী ঐখোয় করি তৌবা তাই ?)



“হাংলাদগী কনবিবনা”, মীয়ামগী মতেং ফংবা ঙোই। মীয়ামগী মতেং ফংবনা রিভোলুসন মাই পাকই। মাসি রিভোলুসনগী শিন্দ- হিদাক্লি।

N. Bisheswar

# তরেৎশুবা পন্দুপ

## মীতোপ থোমজিল্লকপগী মায়োক্তা হৌখিবা ইহৌ অমদি ওইরক্লিবা ঙসিগী শক্তম

কংলৈপাক (মণিপুর) না ভারততা পুল্লবা মতুং ১৯৫০ গী November গী তাং ১৮ দা হান্না বৃটিসকী মখাদা লৈরীঙৈদগী চৎন্দুনা লাকপা Permit System / Passport System অদু লৌথোকখিবদগী থিংদুনা লৈরম্বা মীতোপ হেঞ্জল্লক্তনবগী পল অদু লৈত্রবদা মীতোপশিংনা ইরমদম অসিদা লেপ্পা লৈতনা থোমজিল্লক্তুনা খুন্নায়সিগী তুংগী পুন্সিরোলদা অচৌবা হৌগৎ কাংখৎপা ঙম্লোয়দবা শাফু পীরকপা অমদি পীরককদবা অদু মাংজৌননা উদুনা ইং শক ১৯৮০ দা All Manipur Student Union (AMSU) অমদি All Manipur Student Coordinating Committee (AMSCOC) মীরৈপাক মচা তানথোক্লবগী অকনবা ইহৌ অমা মণিপুরদা মীয়ামগা লোয়ননা চংশিল্লকখি মসিবু Anti Foreingner Movement হায়না ঙসি ফাওবা খংনরী । ইহৌ অদুদা ঈরৈপাক্কীদমক এপ্রিল তাং ১৭, ১৯৮০ দা পোৎশঙবম লুখোই অমদি এপ্রিল তাং ১৮, ১৯৮০ দা হুইদ্রোম লোকেলনা থৱায়না পোন্থা পীখি । মীয়ামগী অকনবা ইহৌ অদুগী মহৈ ওইনা ১৯৮০ গী জুলাইগী তাং ২২ অমসুং August কী তাং ৫ দা মতমদুগী Chief Minister R.K. Dorendra অমদি State Minister M. Kumar যাওনা Chief Minister গী Office তা AMSU অমদি AMSCOC গা পুন্না ফম্মিনদুনা য়ান্ন চে অমা সহি তৌনখি । য়ানচে অদুনা ১৯৫১ গী মীকোক থিবগী Report National Register of Citizens, 1951 অমদি Village Directory 1951 গী মতুং ইন্না Foreigner শিং খন্দোকপা হায়না পল্লি ।

**Proceedings of the discussion made between Shri R.K. Dorendra Singh, Hon'ble Chief Minister, Manipur, Shri M. Kumar Singh, Hon'ble State Minsiter (PHE & SPORTS), representing the govt. of Manipur and the student's representatives of All Manipur**

Students' Union (AMSU) & the All Manipur Students' Co-ordinating Committee ( AMSCOC) representing the students communities at the Chief Minsiter's Office Chamber on 22nd July 80 and 5th August 1980 are recorded as below :

1. (a) The Government of Maniopur is going to start the process of Identification and Detection of Foreigners from the 1st of August, 1980 with the coorperation of AMSCOC. The question of foreigner should be defined by the constitution of India and the law.

(b) The electrol rolls starting from 1948 should be taken into account by comparing with the suceeding electrol rolls of the sucessive year, as one of the measures However the identification of foreigners should be based from the date of the enforcement of the constitution viz. 1950, 26th January.

2. The foreigners must be identified on the basis of the census report (1951) and the National Register of Citizen (1951) and village directory (1951)
3. Expelling of unlawful settlers from the K.K. Reserve areas, Protected areas, Khas lands & other reserve areas should start from the 7th August. 1980 and to take up aforestation programme at the areas so evicted which are normally denuded.
4. Foreigners in Manipur with citizenship certificate from West-Bengal, Tripura and any other states should be sent back to these states and their infiltration into Manipur should be prevented under specially enacted-legislation.
5. (a) The government of Manipur would strengthen check posts at Imphal-Dimapur road, Jiribam, Moreh, Tipaimukh, Airport (Imphal) etc. to restrict the entry of foreigners as well as outsiders. In this connection some officers on special duty (O.S.D.) should be posted at various places i.e. Mao, Karong, Jiribam, Moreh, Tipaimukh and Airport etc.

   (b) The government of Manipur are hereby requesting the government of Nagaland to employ and officer at Dimapur to enable to check the Manipur bound passengers.

6. A joint meeting of the Deputy Commissioners and Chairman of District Councils with the representative of AMSU, AMSCOC will be held on the 10th August, 1980 at the office chamber of C.M. for necessary tasks for identification & detection of foreigners.
7. Inclusion of Manipuri language in the 8th Schedule of the Indian constitution is to be pursued jointly to the Central Government.
8. At the time of formulation of "Sadar Hills District' the people in the Central District should be taken into confidence and as such a consensus should be brought for this matter.
9. For "Fixationof Price" the Government of Manipur propose to formulate "A Corporation of Essential Commodities" such as K. oil, rice, edible oils, dals, cotton yarns and other materials which are highly needed for daily life.
10. The Government shall reserve in all kinds of jobs for Manipuris in the job orientation programme. To give land and loans for small scale industries to unemployed (educated & uneducated) youths, to set up industries which were agreed by the Central Government with immediate effect, such as the industries of glucose and starch factory, sugar factory, mini-cement plant and also to pursuade for setting up a pulp & paper industry at Jiribam and etc.
11. The Government shall also give all chances, facilities of jobs which can be done by the local people lin the Government and semi-government schemes.
12. As a preventive measure to check the transfer of immovable properties from Manipuri to Non-manipuris in Central District, a specific sub-section should be inserted in M.L.R. & L.R. Act, 1960 (under section 158) on the ground of economic backwardness of Manipuri. The matter will be brought to the notice of the Cabinet.
13. Reservation in service promotion presently enjoyd by scheduled caste and scheduled tribes will be reviewed in the cabinet meeting with a veiw to cancel the existing reservation mentioned herein.

14. As a process of declaration of Manipuri as a backward class. Article VIII (3) of the merger agreement signed on 21-9-1949 between the Governor General of India and His Highness of Maharaja of Manipur should be implemented. At the same time Manipuris should be declared as backward class equivalents to schedule caste in legal and constitutional sense with restrospective effect from the date of merger of the state, Manipur, to the Union Government to be pursued.
15. State budget should be distributed on need based basis
16. Relaxation/suspension of the agitational programmes shall be depended upon the progress of implementiaon of negotiated terms

| | |
|---|---|
| Sd/- | Sd/- |
| **(L. DILIP MEITEI)** | **(R K. DOKENDRA SINGH)** |
| President | Chief Minister |
| AMSI | Govt. of Manipur |

Witnessed by

| | |
|---|---|
| Sd/- | Sd/- |
| **(W. DIBEN)** | **(M. KUMAR)** |
| President, AMSCOC | State Minister, PHE & Sports |
| | Govt. of Manipur |

*Source A Brajakumar Sharma*

অদুন্ন যান্নখিবা ৱাফমশিং অদুবু থবক ওইনা ওন্থোকপদি ওন্থোকখিদ্রে। শুপ্লতগী লাকখিবা মীয়ামগী ইহৌ অদু নমথনবখক্কী যান্নচে ওইখি। মসিগী মতুং তাবকপদা ১৯৮৮ কী December থাদা মণিপুরদা Poramlen Apunba হায়বা লুপ অমা সাফোংলকখি। Poramlen Apunba গী Pres... ওইনা অইবা ইশামক অদুগা Secy. General ওইনা Yumnam cha Dilip Kumar নচিংবা কয়া অমদি Advisor ওইনা লৈখিদ্রবা Oja Nameirakpam Bisheswor, Ex-M.L.A. না থৌ পুবীরম্মী। মণিপুরদা Inner Line Permit System চংনহনগদবনি হায়দুনা মীয়ামদা ILP কৰিনো হায়না ৱাখল তামিন্ননবা মীফম কয়া পাংথোকপদা নত্তনা মীতোপতা লম য়োনবা য়ারোই। য়োনখিবা

লৈরবসু খুদক্তা হন্দোক্কদবনি হায়না অকনবা খোংজং চংশিনলকখি । মীতোপশিংনা নৌনা লৈশনলকপা লম কয়া লম মপুদা হন্দোক্লখি । মসিগী ঈহৌশিনা National High Way শিংগী নাক য়েৎতা পাক্তক্লনা মীতোপনা লম লৈশিনলকপা অদু খর মখৈ কনবা ঙমখি । মসিগী শরুক অমা ওইনা মণিপুরগী অমত্তা ঙায়রবা Manipur Plantation Crops Corporation না ইং শোক ১৯৮১-৮২ দগী কননা হোৎনদুনা লম হেক্তর ১৪০ দা চা থারবা অমদি চা মনা হেক্লুনা পোৎথোক পুথোক্লুনা মশাগী রিসোরস লৈজরবা অদুগা মসিগী অপুন্বা পান্দমনা লম হেক্তর ৪২৫ ওইবা অসিগুম্না লম অসিগী মনুংদা লম হেক্তর ৩০ অমা R.K. Ranabir Singh না Manipur গী Chief Minister ওইরীঙৈ মতমদুগী Industry Minister Halkhomang Haokip অমদি K. Binoy Chairman MANIDCO না Witness ওইনা সহি তৌদুনা C.M. না মরুওইবা থৌদাং লৌদুনা Calcutta দা লৈবা ময়াং থিকদার J.K. Jain দা চা থাননবা য়োল্হোকলম্বগী মতাংদা PA গী ফেক্ট ফাইন্দিং কমিতি না ১৮-৫-৯১ দা ময়েক শেংনা মীয়ামদা থম্বগা লোয়ননা J.K. Jain দগী মুলহৌদুনা মীতোপকী খুৎতা তারমগদৌবদগী মুলহৌখি । ঙসি ফাওবা জিরিগী চা ফেক্তরী ব্রাথোক হায়না খংনরী ।

## "জিরিবামগী চা ফেক্তরিগী ব্রাথোক"

পোরমলেন অপুনবগী ফেক্ট ফাইন্দিং কম্মিতিনা থিজিল্লুবদগী জিরিবামগী চা ফেক্তরিগী হাবি জাবিগী ব্রাথোক অসিগী মতাংদা ফংলকপা খুদিংমক মীয়ামগী মফমদা খঙহনজরি ।

## অহানবা ব্রাফম

লম (হেক্ত ৩০ কুম্থ্রা) অসি লিজদা পিথোকখিবা নত্তে, সরকারগা লৌতুনরগা য়োল্হোকখিরনি ।

পোরমলেন অপুনবগী Fact Finding Committee না থিজিল্লুরবা মতুংদা প্রেস নোট ওইনা পিখিবগী মতুং ইন্না "কংলৈপাকী মৈরা" গী Issue No. 207 dt. 18/5/91 দা মীয়াম্না থেংনখ্রবনি । মতুংদা সরকারগী মাইকৈদগী তোঙান তোঙানবা পাউগী চেশিংদা লান্না শন্দোরকখি । নীংশিংবা য়াই "প্রজাতন্ত্রগী তাং ১/৬/৯১ ইং অমসুং "পোক্লফমগী তাং ৭/৬/৯১ ইংদা হায়রিবা লম অসি য়োনখিবা নত্তে, লিজনি । মসিগীসু মথক্তা লনাই মীওই অমনা অতোপ্পা লনাই অমদা লম লৈবা য়োনবা তৌজবনি, মণিপুরদা ইন্দস্ট্রি

চাওখৎনবা হোৎনবনি হায়বনচিংবা ব্রাফম (মত) কয়া মরুম ফোংদোরক্লুনা হৌজিক হৌজিক ওইরিবা মন্ত্রিশিং অমদি এমঃএলঃএঃ খরনা প্রজাশিংদা উৎ- চাইনবা হোৎনরকখি ।

মসিগী মতুংদা পোরমলেন অপুনবনা হায়রিবা লম অসিগী লৈবা- য়োনবগী দলিন পুথোক্লুনা প্রেস মেনশিংদা য়েংহনখি । মদুনা ময়েক শেংনা খংলে হায়রিবা লম হেক্তর ৩০ (কুম্থ্রা) অসি লিজদা নৎতে, তশেংনা লৈবা য়োনবনি হায়বসি দলিন অসিমক্লা লারবা খুদমনি ।

অদুদসু নত্তনা সরকারগী অব্রাংবা থাক্কী মীওইশিংনা শীল্লগা নমথাক তৌদুনা J.K Jain হায়রিবা Calcutta গী থিকাদার অসিদা পীথোকপনি হায়বসি লম অদুগী Sale deed তা সাক্ষি ওইনা K. Binoy Singh,Chairman MANIDCO & Holkhomang Haokip, Industry Minister না সহি তৌরিবা অসিমক্লা ময়েক শেংন উৎলে। মতাং অসিদা ঐখোয়না হংনিংলিবদি মতৌ করম্না জিরিগী মোংবুং খুলগী খুল্লাকপা সাইখোথাং হাওকিপ অমসুং Calcutta গী থিকাদার J.K. Jain মখোয় অনিনা লনাই লম লৈবা য়োনবগী ব্রাফমদা করম্না মরীদা মণিপুর প্রজাশিংগী চুক্তি পায়বিবিবা মীওই অনিসিনা হোৎচিন্দুনা সাক্ষি ওইরুরিবনো ? করি interest তনো ??

## অনিশুবা ব্রাহং

মণিপুরগী চীংগী লম অমবু চীংগী খুল্লাকপা অমনা J.K. Jain গুম্বা অতোপ্পা General Caste কী মীওই অমদা হেক্তা য়োনবা য়াব্রা ?শম্না হায়রবদা M.L.R. Act 1960 অসি শেমদোকখ্রব্রা ? অতোপ্পা অঙকপা ব্রাহং অমনা হায়রিবা লম অসিবু য়োল্লিবা সাইখোথাং হাওকিপ মথন্তনা লম অসিগী মপু নৎত্তে, অতোপ্পা লুনখোথাঙ মারগী লমসু য়াওই হায়দুনা মহাক মশামক্লা জানুয়ারি তাং ৫ /৯১ ইংদা Chief Minister দা থাবা দরখাস্ত অমদা উৎলি। শম্না হায়রবদা চীংদা লৈবা মপু মশক খংদ্রিবা লম অদু মন্ত্রি অমসুং মরী লৈনদবা এমঃএলঃএঃ না সাক্ষি ওইরগা Calcutta গী থিকাদার অমদা মতৌ করম্না করিগীদমক য়োনখ্রিবনো ? তাং ১০ /৬ /৯১ ইংদা হুইয়েন লানপাওদা Chief Minsiter R.K. Ranabir Singh না, পাওগী সভা অমদি তাং ২৮ /৫ /৯১ ইংদা ব্রাথোক ওইরিবা লম অদু ষ্টেট কী লম নৎতে, চীংদা এমঃএলঃ আর ঃ (M.L.R. act, 1960) চৎন্দবা মরম্না চীংমীশিংগী লমনি হায়না শেংদোকলিবা অসিনা করিনো ? চীংগী লমশিং অসি ষ্টেট কী নত্রবনিনা লনাই মীওই খরনা কুশি রাশি তৌবা য়ারব্রা হায়না ইকাই খুম্নরবা Chief Minister দা হংজরি ।

# অনিশুবা ৱাফম

J.K. Jain না খুদক্তা লিংখৎপা Manipur Green Leaf Manufacturing Co Pvt Ltd. অসিনা কদায় ফাওবা থবক ওইনা পায়খৎকদগে হংনীংঙাইনি ।

হায়রিবা J.K. Jain অসি Calcutta দা Architect/Civil-Engineer/Contractors অমা ওইনা Register তৌবা ইচম চম্বা থিকাদার অমনি । চা পাম্বী থাবা অমসুং চা-মনা শুংবগী experience মচেৎ অমৎতা লৈবা মীওই নত্তে । মহাক্ন লিংখৎলিবা Manipur Green Leaf Manufacturing Co Pvt Ltd. অসি হান্না Chief Minister গী Office Chamber দা কয়ারক হন্না খন্নরবা মতুংদা হান্না যাথোক্লগা (হায়বদি লম অমদি লোননচিংবা পীবা) কোন্না লিংখৎপা Company নি । মসি মহাক্না (Jain) তাং ২১/৯/৯০ ইংদা ইন্দষ্ট্রি Secretary দা ইরকপা চিঠি অসিদা মখা তানা পল্লি মদুদি মহাক্কী factory অসি লিংখৎনবা চাওরাক্লা লুপা ক্রোর অমা দবকার লৈ অমসুং শেনফম অসিগী clearance পীনবা ৱাফম য়াওরি ।

এপ্রিল তাং ২৭/৯০ ইংদা Industry Secretary না হায়রিবা চিঠি অসিগী পাওখুম পীবা মতমদা Jain and Associate হায়বা বাংই অসি শিজিনৈ । J.K. Jain না নৌনা লিংখৎপা company অসিগী মমিং শাজন্নদ্রি লোয়ননা মহাক্কী (Jain গী) চা factory লিংনিংবগী ৱাফমদা "মণিপুরদা Industry চাওখৎনবগীদমক মপান্দগী invest তৌরবগী মওংদা " হায়বা ফোংদোকখি অমদি clearance পীননবগী মতাংদা Industry Director দা তাং ৪/১০/৯০ ইংদা থাদখ্রে ।

J.K. Jain না Industry Director দা মথং ইরকপা চিঠিদা জিবিদ চৎলগা যেংলুবগী ৱাফম য়াওই । পোৎথোক পুথোকক্রিঙৈদা চংগদবা শেনফম অসি লুপা ক্রোর ২ ওইগনি হায়না পল্লকখি ।

Industry Secretary দা J.K. Jain না মথং ইবকপা চিঠিদা MANIDCO দগী পৈশা কাইথোক্লবগী ৱাফম যাওবা হৌরকলে অমসুং জিরিদা মহাক্কী factory অসিগী যাত্রা হুনবগী তারিকসু পীরকলে লোয়ননা ষ্টেট অসিগী Chief Minister বু যাত্রা হুনবা য়াওবিনবা হায়রকখি ।

হায়বগা তৌবগা তাবিক ৫।১।৯১ ইংদা মণিপুরগী Chief Minister R.K. Rannabir Singh, J.K. Jain অমসুং অঙম অথৌ মযাম মতুং ইন্দুনা জিরিগী মোংবুঙ খুন্দা "Manipur Green Leaf Manafacturing Co Pvt. Ltd. যাত্রা হুনখি । যাত্রা হুনবগী নুমিৎতা জিরিগী প্রাজাশিংনা মসিবু থিংনবা

Strike তৌখি অদুবু ঙমখিদে । মথংদা MANIDCO গী Chairman K. Binoy দা লুপা লাক্ষ ১৫০ /- কায়থোক্লবা হায়রকখি । মতাং অসিরাইদনি রা থোক অসিগী মরমদা মণিপুরগী পাও চেশিংদা ফোংবা হৌরকখিবা তাং ৭ ।৬ ।৯১ ইংগী "পোক্নফম" চেফোংদা K. Binoy, Chairman (MANIDCO) না জিরিবামদা লুপা ক্রোর ৪ চংবা চা factory লিংখৎকনি হায়না য়াম্না ঙকচাও থেক্না ফোংখি ।

মতাং অসিদা পোরমলেন অপুনবনা হংলিবা ৱাফমশিংদি জিরিদা চা পান্নী থাবা পক্লগনি নত্রগা পক্লরোই, এক্কর অমদা চামনা কয়াম থোক্কনি হায়বনচিংবা দাতাশিং অসি শুখং খঙদনা লুপা লাক্ষ ১৫০ /- কায়থোকপীরো চাগী factory অমা লিংগে হাযবা মতমদা মণিপুর সরকারনা অদুক হরাওনা থুনা য়ারিবা করিগীনো ? অদুগা অসুক য়ামথ্রবা শেনফম অসি J.K. Jain না MANIDCO দগী লৌথোক্লবগী থৌরাং তৌরী । Industry Secretary দনা লুপা ক্রোর অনি চংগনি পল্লি, MANIDCO গী Chairman দনা লুপা লাক্ষ ১৫০ / কাযথোক্লবা হাযনি ।

সরকার নত্রগা Bank না লোন পীবা মতমদা থবক অদুগী মথং মনাও থাযনা মতাং মতাংগী শেনফম অদু কায়গদবনি । অদুবু Jain নদি জঙ্গল কোকথোকপা, উরুম লাংনবা উ অমসুং চা পান্নী থাবগী থবক অমৎতা পাইখৎত্রিঙৈদা Factory Machinary লৈগনি লুপা লাক্ষ ১৫০ /- পিরকউ হায়নিবসি করিগীনো ? মসি গাড়ীনা ষণগী মমাং থাবা নৎত্রা ? (The Cart before the bullock) ? অদুগা Jain না থবক হাপ্লিবা (Technical Director) Shree Dilipkumar Mukherjee চাগী expert নত্তে, ইচম চম্বা Ex Serviceman অমনি । চু মতিক চানা থাদ্রিঙৈদা ৱাংবন্দা Sugar Mill লিংলুবদগী factory fail ওইরকপা লোয়নন লৈইতাং খুন্নৌদা Spining Mill অমা লশিং থাদ্রিঙৈদা লিংলুবদগী ফেল ওইরকপগুম চা পান্নী থাদ্রিঙৈদা factory লিংলবদি জিরিবামগী অ চৌবা চা factory ফেল ওইবোই হায়নিঙাই লৈতে ।

J.K. Jain গী Project Report মতুং ইন্না মহাক্কী factory অসিনা পুথোককনি হায়না claim তৌরিবা শুংদোক্লবা চা- মনা অসি কিলো লাক্ষ ৫ (মেট্রিক টন ৫০০) পুথোক্লবগীদমক অশংবা চা- মনা কিলো লাক্ষ২০ (মেট্রিক টন ২০০০) চংগনি ।

লম হেক্তর অমনা অশংবা চা-মনা কিলো ২০,০০০ (মেট্রিক টন ২০) পুথোকই।

মরম অদুনা jain গী লম হেক্তর ৩০ অসিনা অশংবা চা-মনা কিলো লাক্ষ ৬ (মেট্রিক টন ৬০০) তগী হেন্না পুথোকপা ঙমলোই মরম অসিনা মহাক্কী factory অসিনা য়ান্নবদা শুংধোক্লবা চা-মনা কিলো লাক্ষ ১,৫০,০০০ (মেট্রিক টন ১৫০) দগী হেন্না পুথোকপা ঙমলোই। অদুবু Shri J.K. Jain নদি চহি ১ দা শুংদোক্লবা চা মনা কিলো লাক্ষ ৫ (মেট্রিক টন ৫০০) পুথোককনি হায়দুনা লুঃ ক্রোর ২ (অনি) লৌথোক্লবা থৌরাংলিবনি। মহাক্কী calculation অসিনা য়াম্না ময়েক শেংনা উৎলি মদুদি ঃ-

১। J.K. Jain না জিরিবামদা লম হেক্তর ৯০ হেন্না দরকার ওইরি।

*নত্রগা*

২। Manipur Plantation Crops Corporation না পুথোকচরকপা অশংবা চা মনা মহাক্না লোইনা লৈবা তাবনি অমসুং Manipur Plantation Crops Corporation মুৎপা তাবনি নত্রগনা মাগী Scheme অসি লুপা ক্রোর ২(অনি) লৌথোকপা য়ানবা থোকনি।

হায়রিবা মথক্তা পল্লিবা ওইবা য়াবা ৱাফম অহুম্মক অসি মণিপুর প্রজাগী interest তা অমৎতা নৎতে।

J.K. Jain না মণিপুর সরকারদা ইরকপা চিঠি খুদিংদা অমসুং সরকারগী file দা "Chief Minister" গী Chamber দা হায়নখিবা অমসুং য়ানখিবা মতুং ইন্না ........." হায়না ইতৎ-তত্তনা পল্লি। মসিনা মরম ওইদুনা Company অসি হান্ননা য়ানরবা মতুংদা লিংখৎপনি। মসিদা ঐখোয়না খংনিংল্লিবদি Chief Minister গী office chamber দা করি য়ানখ্রিবনো হায়বসিনি। মথক্তা পনখ্রিবা ৱাফমশিং অসিদগী মীচম প্রজা অমনসু ইরায় লায়না খংবা ঙম্মী। মদুদি J.K. Jain না মণিপুরগী জিরিবম দা চা থাবা অমসুং factory শাবগী প্লান অসি করিসু নত্তে। মণিপুর সরকারগী লুপা লাক্ষ ২০০ মন্ত্রি খরগা লৌতুনরগা হুরান্নবগী থৌরাংনি। অথুবা মতমদা প্রজা মীয়ামগী শক্তি শিজিন্নদুনা থিংমিন্নসি।

Manipur Industry চাওখৎতে হায়নদুনসু অসিগুম্বা মওং অসিদি Industrilisation গা করিমত্তা মরী লৈনদে।

Factory নত্রগা Industry অমা লিংবা মতমদা মণিপুর প্রজাগী Interest তা সরকারগী মরী লৈনবা Deptt./ Minsiter না Factory অদুনা মণিপুর সরকরদা পৈশা কয়াম কান্নহনগদৌরিবনো, মীওই কয়া থবক ফংহনগদৌরিবনো, Subsidiary unit plantation crops corporation

ltd. দা থবক শুবিনবা লৈতদনা শিথরক্লবনি। মমৈথংদদি J.K. Jain না Manipur plantation crops corporation ltd. অসিমক য়োংশিনখিনবগী খুদোংচাবা পিবা থোক্কনি ।

মসিগী মতাংদা পাউমীশিংনা Industry Minsiter Holkhomang Haokip তা করিগীদমক মপানগী মীওই ২দা অদুক য়াম্না খুদোংচাবা পিরিবনো হংবদা "মণিপুর মচাদি তলব তমক পামই থবক শুনিংদে" হায়না খুমলকখি। মসিগী মাইয়োক্তা Poramlen অপুনবগী President না খুমখিবা "মণিপুর মচা মতিক চাদ্রবদি মপানগী মীওইশিংবু Chief Minsiter অমসুং মন্ত্রিশিং ওইহনবীয়্" হায়খিবদু চপ চারবনি ।

ষ্টেট অমগী Industry Policy দা করিগুম্বা Unit License পীবা মতমদা অতোপ্পা Unit অমা শিথরক্কদবা লৈরবদি অতৈ ষ্টেটশিংদদি License পিনদে । য়েংনরোইদবা মফমদা থৈদোক্লবা হোংনৈ ।

মসি Industry পায়বিরিবা অঙম অথৌশিংনা খংবিফম থোকই । হেক থংনবদা লৈরিবা Manipur plantation crops corporation ltd. গী লম হেক্তব ৪২৫ চা পাম্বী থানবা অমসুং মসিগী provision লৈরিঙৈদা compound অসিমক্কী মনুংদা J.K. Jain & Association অসিদা encourage তৌদুনা subsidy অমসুং Loan Manipur সরকারনা পিনবা হোংনরিবা অসিনদি সরকাবগী ওইনা লৈরিবা Manipur Plantation Crops Corporation অসি হাংতোক্লবা হোংনবনি হায়না লৌদবা ঙমদে।

Poramlen Apunba না পুথোকচরিবা ৱাফমশিং অসি ইরমদম প্রজাশিং অমসুং মন্ত্রি অমসুং এমঃএলঃএঃ শিংনা ঐগী মীগী থিদনা শাথিখ্রবা লৌতুনবা (conspiracy) অসিদগী কনমিন্নসি মণিপুরগী ইতিহাসতা অমুক হন্না হৌরক্লিবা মীওইনা খোঙ্গোয়নগদবা / নোক্লগদবা থবক তৌরগুমসি ।

*- Publicity Department*
*Poramlen Apunba*

মসিগী মতুং তারকপদা AMSU অমদি AMSCOC না ১৯৮০ গী মীরৈপাক মচা খন্দোকপগী য়াম্নখিবা ৱাফম অদু থবক ওইনা Manipur Govt না ওম্থোরক্তবদগী ১৯৯৪ গী মে থাদগী ইহৌ অমুক লাকখি । মীয়ামগী ইহৌ অদুনা মণিপুরগী লো- এণ্ড- ওর্ডরদা অচৌবা শাফু অমা পীখি মতুং তারকপদা ইহৌ অদুবু নমথনবা অনিসুবা ওইনা য়ান্নচে অমমুক ১৯৯৪ গী November তাং ৯ গী নুংথিল পুং ৩ তাবা মতমদা Raj Bhavan দা মতমদুগী Governor V.K. Nayar গা লোয়ননা য়ান্নচে অমমুক সহি তৌনখি অদুবু ঙসি ফাওবদা থবক্তদি ওম্থোকখিদ্রে। য়ানখিবা ৱাফম অদুদি -

*TEXT OF THE AGREEMENT SIGNED IN THE PRESENCE OF LT. GEN. V.K NAYA PVSM, SM (RETD) GOVERNOR OF MANIPUR AT THE BANQUET HALL, RAJ BHAVAN, IMPHAL ON THE 9TH DAY OF NOVEMBER 1994 AT 3 P.M. BETWEEN THE ALL MANIPUR STUDENTS' UNION REPRESENTED BY ITS PRESIDENT SHRI NAOREM MOHILAL AND THE GOVERNMENT OF MANIPUR REPRESENTED BY SHRI K.K. SETHI., IAS, CHIEF SECRETARY. GOVERNMENT OF MANIPUR*

## MEMORANDUM OF AGREEMENT

Following a series of discussion held between representatives of the All Manipur Students' Union and representative of the Government of Manipur from the 8th Day of August 1994 with a view towards finding a solution of the problem of illegal immigrants who have settled in the State of Manipur. both sides have come to an Agreement, the terms of which are given below. This problem of illegal immigrants would hereinatter be termed as the Foreigners problem.

1. It was agreed that the agreement signed between the AMSU and the All Manipur Student's Co-ordinating Committee (AMSCOC) and the Government of Manipur on 22nd July 1980 and entitled "THE AGREEMENT BETWEEN AMSU AND AMSCOC AND GOVERNMENT OF MANIPUR ON THE IDENTIFICATION AND DEPORTATION OF FOREIGNERS" shall be followed in letter and spirit keeping in view of the provisions of the Foreigners ACT, 1947 and other relevant laws.

II (a)Identification and detection of Foreign Nationals under the provisions of the Constitution of India, the Foreigners act 1946 and other relevant laws.

(b)Modalities of delecdtion of the names of the Foreign Nationals from electrol rolls, their identification and subsequent deportion under law.

III. The State Government agreed to take up the work of identification and detection of Foreign Nationals immediately based on the Electrol Rolls of 1948 using 26th January 1950 as the 'cut off' date, the 1951 Census Report, the 1951 National Register of Citizents and the 1951 Village Directory. All available documents shall be utilised to begin the process of deletion of names from the electrol rolls and subsequent deportation in accordance with the law of the land.

IV. To facilitate identification/detection of foreign nationals and also deletion of their names from the Electrol Rolls and subsequent deporation under the provisions of various Acts and Rules, a Committee shall be constituted by the State Government under the supervision of the Chief Secretary, Govt. of Manipur.

V. The Composition of the Committee will be as below :-

1 Joint Secretary (Home) — Convenor
2. Shri A. Somendro
 Sagolband Meino Leirak — Member
3. Dr. Brajakumar Sharma — Member
 Prof. D.M. College, Yaiskul, Imphal
4. Under Secretary (Home) — Member Secy.
5. One member from the local Club/Voluntary organization may be co-opted as a member as and when considered necessary

*The functions of the Committee shall be as follows* ·

i) To collect/compile documents relating to th foreigners issue for ready as well as future reference.

ii) To co-ordinate the activities of various forums, organizations and also individuals for facilitating verifications of complaints made against foreigners by different agencies of the Government under appropriate provisions of law.

iii) To collect a list of the persons / families which has been deleted from the voters list and also are not included in the same from the Deputy Commissioners and refer the same to the concerned Superintendents of Police for initiating proceedings for their deportation in accordance with law.

iv) To compile a list of the all foreigners residing as illegal immigrants in Manipur and refer the same to the Electrol Registration Officers (DCs and SDOs) with whom the power of deletion of names vests under RP Act 1950 for taking appropriate action under law.

v) To co-ordinate and liaise the functioning of various agencies/ department on the Foreigners Issue.

vi) To create an awareness amongst the Government officials as well as the general public on the different provisions, Acts and Rules presently in vogue and which has a bearing on the Foreigners issue.

vii) To co-opt a member from the NGO/Volunatary Organizations or Local Club of the locality where detection of foreigners is being carried out to assist the Committee as and when necessary.

viii) The Committee shall make all endeavours to complete the task assigned before the announcement of the Election notifications for Manipur and will ensure that the names of foreigners if and when detected will be deleted from the Revised Rolls.

VI. The progress achieved by the Committee shall be compiled on a weekly basis and the achievement made in one month shall be reviewed by the State Government alongwith the representative of the AMSU and made known to the public through the media on a weekly basis.

VII. In case there are any difficulties either in the functioning of the Committee or the scope of the work,

the position will be reviewed in consultation with AMSU and remedial action taken and in case of necessity the matter be positively referred to the Government of India.

VIII. The State Government on its part undertakes to implement all the issue raised by the AMSU and agreed upon by both sides besides the main Foreigners issue as contained in the 1980 Agreement as at Annxexure - I.

IX. The AMSU on its part undertakes to immediately suspend the agitation on Foreigners Issue and assure full co-operation and participation in identification and detection and deportation of Foreign Nationals in the State. However, the continued suspension of the agitation shall depend upon the progress of implementation of negotiated terms.

Sd/-
**(NAOREM MOHILAL)**
**President, AMSU**

Sd/-
**( K.K. SETHEI)**
**Chief Secretary**
**Govt. of Manipur**

**Witness :-**

**Sd/-**
**(YAMBEM LABA)**
On behalf of AMSU

**Sd/-**
**(H.V. GOSWAMI)**
On behalf of
the Govt of Manipur

*Source : Influx of Migrants into Manipur. A threat to the Indigenous ethinic people*

মসিগী মতুং তারকপদা ২০০৩ গী December গী তাং ৩ দা United Committee Manipur (UCM) না শিন্দুনা State Guest House (Sanjenthong) গী Conference Hall দা মতমদুগী U.C.M. গী President Sapamcha Jadumani না Preside তৌদুনা নোংমা কাংদনা থোমজিল্লকলিবা মীতোপশিংনা মণিপুর খুন্নায়দা পীরকলিবা তোঙান তোঙানবা সাফু অদুবু থিংননবা মীফম অমা ফমখি । মীফম অদুনা মণিপুরদা Inner Line Permit System চৎনহন্দুনা মুৎশিল্লকলবা খুন্নায় অসিবু কনবা মথৌ তারে হায়না মীৎয়েং থম্বগা লোয়ননা পীরকলীবা শাফু অদুবু ময়েক শেংনা মীয়ামদা থম্নবগীদমক লায়রিক অমা পুথোক্লবা হোৎনরকখি তুংদা Influx of Migrants into Manipur. A threat to the Indigenous ethnic people হায়না মীংথোনবা মপুং ফারবা লায়রিক অমা 2005 গী November দা পুথোক্লুনা মীয়ামদা অনৌবা ৱাখল অমা পীখি ।

15th November, 2005 কী নুমিৎ অসিদা Federation of Regional Indigenous Society (FREINDS) হায়বা লুপ অমা মণিপুরদা Inner Line Permit System চৎনহন্নবা হায়বসিদা মরুওইবা পান্দম ওইবা লুপ অমা অইবা ইশানা President ওইদুনা থোরকখি । Freinds না Point ১০ খক মীয়াম মাংদা থমদুনা চথরকখি ।

১। কংলৈপাক (মণিপুর তা Inner Line Regulation চৎনহনসি ।

২। মপানগী মীওইদা Permanent Settlement পীদবা অমসুং লম য়োনবা খুদাক্তা লেপসি ।

৩। মণিপুর গভর্নমেন্টকী ওথোরিটিসিংনা পীবিবা Domicile Certificate অসি মখা তানা মপালগী মীওইদা পীহন্দবা ।

৪। মণিপুরদা মণিপুরী Indigenous People নত্তবনা ভোৎ লেপ্পগী অয়াবা পীদবা ।

৫। মপালগী মীওইসিংগী মী ভোট্রর লিষ্টতা হাপ্পগী থবক খুদঙা তোক্কদবনি অমদি লান্না হাপচিনখিবসিং লৌথোকউ ।

৬। মণিপুর গভর্নমেন্টকী থবক খুদিংমক মণিপুরী ঐখোয়গী ওইগদবনি।

৭। ILR চৎনহন্বনা ইরমদমসিগী মীওইসিং থবক ফংদবগী অৱাবদগী কোকপা ঙমগনি ।

৮। ঐখোয়না ঐখোয়গী ইরমদমগী মীওইসিংদগী পোৎ লৈসি অমসুং ইরমদমগী পোথোক য়ারিবমখৈ সিজিন্নসি ।

৯। মণিপুরদা মপুং ফানা Railway Line লৈথ্রিতৈদা Iner Line Regulation হান্না চৎনহনগদবনি।

১০। MLR & LR Act. 1960 সেমদোক্কদবনি।

Federation of Regional Indigenous Society (FREINDS) না মীয়ামগীদমক লৈপ্লি। - *ব্রাফোং কাংলুপ (FREINDS)*

লুপ অসি হেক শেম্বগা মণিপুরগী মফম কয়া মণিপুর মীয়ামগা লোয়নননা মীফম কয়া পাংথোক্লুনা ILP হায়বসি করিনো ? মসিগীকান্নবনা করিনো ? ILP চৎনবা অমদি চৎনদবা ভারতকী মনুংদা লৈবা State শিংদা ওইরীবা ফীভমশিং অদু নৈনদুনা লাক্লি।

FREINDS না শিন্দুনা অহান্বা ওইনা তাং ১২/৩/২০০৬ ইং দা Manipur দা Inner Line Permit System চৎন্নবগী নোংমগী ওইবা seminar অমা State Guest House তা Manipur গী Social Organisation শিংগী Leader শিং, Intelectural Senior Citizen শিং কয়ানা শরুক য়াদুনা Prof. Y. Muhindro Retired Director of College Development Council, Manipur University না Moderator অমদি Sapam Cha Jadumani না Preside তৌদুনা পাংথোকখি মীফম অদুনা মণিপুরদা ILP System চৎনহনবা লৌখৎপা য়াবা থবকশিং Freinds না চংশিল্লকপা থবক্তা শৌগৎপা হায়না লেপনখি।

মে থাগী ২০০৬ কী থাগী অহানবা চয়োন্দা পাংখৎবা লায়নিং অমদি ২৮।৫।২০০৬ ইংদা লৈপাক কনবা অহনলুপা (Leikal lup) না ILP চৎনহন্নবা Freinds না চংশিলকপা থবক খুদিংদা শরুক য়াগনি হায়না লাওথোরকগা লোয়নননা মণিপুরগী তোঙান তোঙানবা লুপ কয়না Freinds না চংশনলিবা খোংজং অসি অচুম্বা খোংথাংনি হায়না Daily News paper শিংদা লাওনরকখি।

ইং শক ২০০৬ কী জুনগী তাং ৯ দগী ১১ ফাওবা নুমিৎ হুমনি চংনা Leaders meet তৌদুনা খোংজং অসিগী ব্রাখল তামিন্নবা খোংথাং লৌখৎখি। তানজাসিদা মরুওইনা মীতোপশিংগী ময়ুমদা দুকান্দা হিংননবগীদমক থবক তৌরীবা কংলৈ চনুরাশিংবু অথেংবা ফাওবা থবক শুহন্দুনা য়ুমদা হনবা মতমদা গাড়ী ফংদবগী খুদোংচাদবা কয়া মায়োক্লুবা অমদি নুপিশিংনা নুমিদাং হনবদা খুদোংচাদবশিং অদুদা য়েংশিনবীনবা থমলকখিবা ব্রাকৎ অমদা Freinds না এপ্রিলগী তাং ২৭/২০০৫ তগী কালেন্দা পুং ৫.৩০ অমদি নিংথমথাদা পুং ৪.৩০ দগী হেন্না থবক শুহন্দনবা অপিল তৌদুনা য়ান্নবা পুরকখি।

ইং শক ২০০৬ কী মেগী তাং ৩১ দা পাংথোক্কদবা Imphal Municipality Council গী Vote তা খ্বায়মবন কৈথেন্দা শেন অচোয়বা মপাল দগী পুশিলক্কগা কায়হনবগী থবক তৌবা গুড ব্রিল ট্রেভেলগী মপু Amrik Singh Palwa না ভোট লেপ্পবা হোৎনরকখি ।



Photo - E Shyamsunder

**FREINDS কী Office তা Amrik Singh Palwa**

**May 19, 2006**

# 'Outsider' withdraws from Imphal poll

TIMES NEWS NETWORK

**Imphal:** Amrik Singh Pahwa, a Sikh born and brought up in Manipur, withdrew his nomination from Imphal civic polls on Tuesday after a state-based NGO voiced opposition to his candidature because he was a non-Manipuri.

Pahwa, a social worker, is engaged in voluntary drives to keep the city clean for quite some time.

People, who come to the state from outside for trade and commerce, should stick to their occupations, according to a Federation of Regional Indigenous Societies (Friends) statement. "They have no business in the state's politics."

An emotional Pahwa, minutes after he withdrew his nomination from the Imphal Municipal Council polls slated for May 31, said: "I have withdrawn my nomination, but will continue working for the welfare of Manipuris. With a little help of the people, I'll extend my utmost efforts to fulfil my dream to make Imphal look like Singapore."

Pahwa, born in Imphal in 1951, said he took the decision as he did not want to stir up any controversy. He, however, said he was saddened that he was deprived of a "Manipuri's rights".

"Despite my family's opposition, I filed my nomination after people insisted me to do the same," said Pahwa, who heads the Imphal Bazar Communities Board. He also runs a travel agency here, and was instrumental in combating an acute scarcity of coins and smaller denominations in the state.

The NGO acknowledged and commended the business community from other states for their contribution to the uplift of Manipur, according its statement. It took a strong exception to the "influx" of non-Manipuris for political gains. It further cited the instance of the British who colonised India after coming to the country as traders.

## রাজেস কাপুরনা ইম্ফাল ম্যুনিসিপাল কাউন্সিলগী মীখলদা ভোট লেপ্নগী মতাংদা ফ্রেন্দসনা মীয়ামদা থমখিবা ৱাফম।

# মীয়ামগী অপাম্বগী মায়োক্তনিঃ ফ্রেন্দস

*পোক্নফম নিউজ সার্বিস*

**ইম্ফাল,** মে ১২ঃ হন্দক মে ২৫ দা পাঙথোক্কদৌরিবা ইম্ফাল ম্যুনিসিপাল কাউন্সিলগী মীখলদা নন লোকেলনা ভোত লেপ্পা হায়বসি মীয়ামগী অপাম্বগী মায়োক্তনি হায়না ফ্রেন্দবেসন ওব রিজনেল ইন্দিজিনস সোসাইতিজ (ফ্রেন্দস) কী চেরোল অমনা হায়রি।

মণিপুরদা হিংনবগীদমক্তা শেল তানবা লাক্লিবা মপানগী মীওইশিংনা ইরমদম অসিগী লৈঙাক্লোন্দা য়াও শিন্নকপা হায়বসি লমদমসিগী য়েল-হৌমীশিংগী অপাম্বগী মায়োক্তনি। মখোয়না হিংনবগী মখল কয়াগী কারবার তৌরম্বদগী ঐখোয়গী নোংমগী চঙদনা য়াদ্রবশিংগী পোং খুদীংমক্কী এজেন্ত ওইদুনা মখোয়না লেপ্লিংবা মমলদা লেপ্পুনা ঐখোয়গী মীয়ামসিগী ঈ চুপ্লী। মখোয়না লমদম অসিগী লৈঙাক্লোনবু পায়শিন্নবা হোৎনরকপা হায়বসি লমদম অসিবু ত্রিপুরাগী ফীবম ওঙ্খোক্লবা শীনবনি হায়না চেরোল অসিনা হায়রি।

মে ২৫ দা পাঙথোক্কদৌরিবা ম্যুনিসিপাল ইলেক্সন অসিদা ৱার্দ নম্বর ২৫ দা রাজেস কাপুর কৌবা স্তার ড্রাই ক্লিনর্সকী প্রোপ্রাইতরনা মেম্বরগী ক্যান্দিদেত ওইরি। মহাকপু ক্যান্দিদেত ওইবা য়াই হায়না অয়াবা পীরিবা ইলেক্সন কমিসনা মহাক অসি লমদমসিগী দোমিসাইল্লা, ইচম চম্না ভরাদা লৈরগা ভোত লেপ্লিব্রা হায়বদু য়েংশিনফম থোকই। ইং ২০০৬ কী মে ৩১ দা পাঙথোকখিবা ইম্ফাল ম্যুনিসিপাল কাউন্সিলগী ইলেক্সন্দা গুদরিল ত্রাবেলসকী মপু অম্রিক সিংহ পত্রবানা মণিপুর মীয়ামগী খোল্লাও তাবদগী ভোত লেপখিদবা অদুনা মতমদুদদি ঈহৌ লৈখিদে হায়রি।

ইং ২০০১ গী সেন্সসতা মণিপুরগী অপূনবা মীশীং ২২,৯৩,৮৯৬কী মনুংদা মীতোপনা ৭,০৪,৪৮৮ য়ৌখিদুনা ঐখোয়দা কিহল্লকপা লাক্লবনি হায়না ফোঙদোক্লদুনা চেরোল অসিনা হায়রি, মসিদগী কন্ননবা অমত্তা ওইরবা উপাইদি লমদম অসিদা ইনর লাইন পার্মিৎ চৎনহনবনি।

মীতোম্না লমদমসিগী লৈঙাকলোন্দা চংশিল্লকপা অসিদা Freinds কী মায়কৈদগী মণিপুরদা লালোনবা লাকপা লালোনবশিংনা কুইনা লৈরকপদগী মরা তাশনলক্লুনা লমদম অসিগী শেন থুমগী খুর্জি পায়শিনবদা নত্তনা ইরমদম অসিগী লৈঙাকলোন অসিসু মুননবা হোৎনবীনু অমদি হোৎনরকপা য়ারোই। কারবার তৌবশিংনা কারবার অদুম তৌবীয়ু মীতোপ্পা লমদমসিগী লৈঙাকলোন পায়নবা হোৎনরকপাদী মণিপুর মীয়ামগী অপাম্বগী মায়োক্তনি হায়না থিংবদগী মহাক্কী নোমিনেসন পেপর ব্রিদ্রো তৌখি। মতাং অসিদা British না ভারততা লাকপা মতমদা লালোনবা ওইনা লাকখি । মতুংদা লমদম অদুগী লমমিৎ তুমিৎ ওইরীবা লৈঙাকলোনগী অহোবা খুদিং খংলবা মতুংদা মখোয়গী হৈনবী খায়দোক খায়জিন (Divide & Rule) গী পোলিসি শিজিন্নবগা লোইননা ভারত পায়খি মসিমক ঙসিদি মণিপুরদা থোক্লক্লবগী তাঞ্জা অদু লাক্লে ।

তাঞ্জাসিদা মশাগী কান্ননবা অমদি মশাগী খুদোংচাবা মাংদনবগীদমক মালেমদা লৈরীবা মী খুদিংমক অমত্তনি । ঐখোয় অমত্তনি খুদিংমক পুন্না হিংমিন্নগদবনি ধর্ম্ম, জাৎ, কুচু মান্নদ্রবসু হকচাংদা য়াওরীবা ঈগী মচু মান্নে হায়না Global society অমগী ব্রাখন্দা মীতোপশিং অসিনা ইরমদম অসিগী শেনমিৎলোন, থবক ইনখাংগী অমদি লৈঙাকলোন পাইখিবদা, পায়নবা হোৎনবকপদা শৌগৎপা হাক্কন চংবা য়াওদবা নত্তে । মসিনা লৈপাক্কী Nationlism গী থবক তৌরিবশিংগী মায়োক্তা লৈরকই। মখোয়দা মশাগী চৎনবী মশাগী নাৎকী ব্রাহস্থোক লৈতে মশানা খল্লিবা ব্রাখলোন্দুনা অচুম্বনি হায়না লৈ । অসিগুম্বা মীওইশিং অসিনা য়ামখৎলকপদগী খুনাই অদু মপা মপু মশক খংদবা লমজা শরা অমা ওইরকপদা মতেং চাওনা পাংই । ঐখোয় মীওইবা খুদিং শকউদবা মপু মহাক্লা শেম্বনি হায়বা মীপুম খুদিংমক্লা য়ান্নবা ব্রাফমনি। ঐখোয় মীওইবশিংগী মরক্তা শক কুচু খেন্নবা, লাইনিং লায়শোন, লোন খেন্নবখক্তনি । ঐখোয় খুদিংমক মীওইবা কাংলুপনি হায়বা চুম্মি কনানসু ককলোয় অদুবু শকউদবা মহাক্লা শেমলিবা তোঙান তোঙানবা ফ্রুপশিং অসিদি মালেমদগী ওস্মী হায়দুনা মুৎথৎপা মাংহনবা হায়বসিদি শেম্বীরকপা মপু মহাক্লাসু য়ারোই । মসিবু কনবা কন্ননবা হোৎনবা হায়বসি মলেমদা লৈরীবা মীওইবা খুদিংমক্কী থৌদাংনি ।

30th June, 2006 তা Freinds না মণিপুরগী Chif Minister O. Ibobi দা ILP চৎনহন্নবা মেমোরেনদম অমা পীশিনখি । (Memorandum Annexure - 2)

জুলাইগী তাং ১, ২০০৫ ইং গী নুংথিলগী পুং ৫ দগী ৭ ফাওবা Chief Minister গী Office chamber দা Freinds কী লুচিংবাশিংগা Honourable Chief Minister O.Ibobi, Chief Secretary অমদি অতোপ্পা Minister শিংগা মণিপুরদা Inner Line Permit চৎনহন্নবগী মতাংদা পুং ২ চুপ্পা খন্ন নৈনখি। মীফম অদুদা Freinds কী মায়কৈদগী মণিপুরদা Inner Line Permit System চৎনবগী মথৌ তাবা মীতোপশিংনা মণিপুর খুন্নায়দা পীরীবা শাফু অমদি পীরক্কদৌরিবা কয়া ময়েক শেংনা থমখি। ব্রাফমশিংদু মুন্না তারবা অমদি নৈনরবা মতুংদা C.M. গী মায়কৈদগী মখা তাবা থবকশিং করি তৌবা য়াবগে হায়না য়েংজগে অদুনা হপ্তা অমগী মতম পীবীয়ু হায়দুনা থন্নকখি মীফম অদুগী খ্বায়দগী মরুওইবা তাক্কক অমদি Freinds কী লুচিংবশিংগী মায়কৈদগী থমখিবা ব্রাফমশিংগী মনুংদা "লেপ্পা লৈতনা চংশিল্লকপা মীতোপশিং অসিনা লেপ্তুনা অথিংবা য়াওদনা থোমজিল্লকলবদি চহি ৩০ গী মতুংদদি ইরমদমসিগী য়েলহৌমীশিংগী মীশিংদগী মীতোপক্কী মীশিংনা শোয়দনা হেনখ্রগনি হায়বসি ঐখোয়গী থাজজবনি" অদুনা Govt. মায়কৈদগী অথুবা মতমদা Inner Line Permit System চৎননবা থবক লৌখৎপীয়ু - মসিগী পাওখুমদা Honourable Chief Minister O. Ibobi না "ঐদি চহি ৩০ হায়বসি থাজবা ওমদে করিগুমবা মণিপুরদা Railway লাক্লবদি চহি ৩০ য়ৌরোই" ব্রাফমসিনদি Honourable Chief Minister O. Ibobi গী ব্রাখলদা য়েলহৌমীশিংবু মীতোপতগী কন্ননবগী ব্রাখল লৈ হাযবসিনি অদুবু মহাক্না থাবা হপ্তা অদুদি হৌখ্রে। ব্রাফমদুদি অরেম্না তাদুনা লৈরী। হোৎনবদি লেপত্রি।

মতাংসিদা পুন্না খংমিন্নবা য়াবদি মমাংদা পানখিবা অমদি ঙসি ঙসিমক পাল্লীবা সরকার অমত্তনা মীয়ামগী অপাম্বা, মীয়ামগী ডিমান অমত্তং ইষ্ট্রাক, মীয়ামগী ইহৌ য়াওদনা পাংথোকপা, য়াওগন্দে মশানা খংনা পাংথোকপা অতাংবনি মসিগী খুদম হায়ববু মাংদা হৌখিবদা মণিপুরবু ষ্টেটহুড ফংননবা হৌখিবা ইহৌ, মণিপুরী লোনবু নিপাল শুবা সেদুলদা চন্ননবা মীয়ামগী ইহৌ কাংলাদগী Assam Rifle লৌথোক্লবা অমদি ওমখৈ কন্ননবা মীয়ামগী খোংজং, "The Great June Uprising" (18th June, 2001) মীওইবগী হক কন্ননবগী ইহৌনচিংবা মীয়াম্না লেপ্তুনা চংশিনবা ইহৌনা মীয়ামগী মায় পাকপদু পুবকখিবা ঙাকতনি। ফংলকপগী মহৈ অমদি মনানা পাল্লি পাল্লিবা Govt. অদুনা লৌদুনা লাক্লি। মীয়ামগীদি হোৎনদবা য়াদে, ঙসি পায়রীবা লৈঙাক মপুশিং পায়দবা মতমদা মীয়ামসিগী মরক্তা য়াওরগনি। মখোয়সু সরকার পায়রীবসিংদা চৈবা

য়াওরগনি । মখোয়না লৈঙাক পায়রীঙৈদদি মীয়ামগী ব্রাকৎ তাগনি হায়বা ফাওবা কাওখি হায়বদু নিংশিংলোই ।

কুইথদনা Freinds কী মায়কৈদগী Manipur Lagislative Assembly দা পুখৎপীনবা MLA কয়াদা মথং মথং উন্নরবা মতুংদা শীংজমৈ কেন্দ্রাগী MLA I. Hemochandra দা মরী লৈনবা Document কয়া খুৎশিনন্দুনা ইং শক ২০০৬ কী মার্চকী তাং ২ গী পুং ২ তাবা মতমদা ILP গী মথৌ তাবা অমদি মীতোপশিংনা ইরমদমসিদা পীরকলিবা শাফু অদু শন্দোক্লা মীনিট ৪৫ চুপ্পা Manipur Lagislative Assembly দা থমখি ।

মোশন অদুদা থাঙ্গ কেন্দ্রগী MLA S. Ibohal অমদি থাংমৈবন্দ কেন্দ্রগী MLA M. Bhorat না মোশন অদুবু শৌগৎখি ।

মসিগী পাওখুম ওইনা Honourable Chief Minister O. Ibobi গী ব্রাফমদা - MLA I. Hemochandra না পুখৎপীরক্লীবা ব্রাফম অসি য়াম্না মরুওই "লালহৌবাগী সম্যাশাদি নোংমা ব্ররি শান্নরগা নত্রগা মখোয়গী অপান্নদু ফংলবা মতুংদা লোইখিবা য়াই অদুবু মীতোপকী প্রোব্লেম অসিদি মণিপুরদা অচৌবা কমুনেল অমা থোরক্কুনা হেন্না শাথিবা অমা ওইরকপা য়াই অদুনা মতাং চানা য়েংশিনহৌবা মথৌ তাই । ব্রাফম মসিগা মরী লৈনবসিংদা লৌখৎফম থোকপা থবকশিং লৌখৎনবা হোৎনজগে হায়না থমখি ।"

খ্বায়দগী লায়বক থিবদি House তুদা ফঙ্গীবা MLA খরদি কারেম কথায়নবগী মীনোক নোক্কুনা মংগুম্না তাখি । মখোয়না মফমদুদা ফমলিবা অদু করিগী ফঙ্গীবনো হায়বা ফাওবা খংজরমগদৌবা মান্দে অদুবু মখোয়দুনা Election লাকপা মতমদদি লৈপাক নিংবগী মায়খুম উপতুনা লৈপাক নিংবা শারখি ।

Freinds না চংশিনলক্লিবা কংলৈপাক (মণিপুর) দা ILP চৎনহন্নবা খোংথাং অদুবু হেন্না মপুং ফাহন্নবা পান্দমদা State Level দা পাক শন্না থৌ পাংনবা ইং ২০০৬ কী জুলায়গী তাং ২ দা IPSA গী Office তা Federation of Regional Indigenous Society (Freinds) International Peace and Social Advancement (IPSA), Kangleipak Student Association (KSA), Kanglei Chanura Lamjinglen (KANGLEICHAL) Chanura Lamchinglen Kangleipak (CLK) Ching Tam United Women AssocitION (CHITUWA) অমসুং Kangla Apunba Meira Lup (KANGLAMEI) Organisation

তরেৎ (৭) পুনশিন্দুনা মণিপুরদা ILP চৎনহন্নবা Inner Line Permit System Demand Committee Kangleipak (Manipur) শেমখি। Committee অসিনা মণিপুরগী তম্পাক অমদি চীংগী লমশিংদা ILP গী মতাংদা মীফম কয়া চৎথন্দুনা লাক্কি Demand Committee অসিগী Consultant ওইনা IPSA গী President H. Ibotombi Khuman অদুগা Convenor ওইনা Sapam Cha Jadumani and Yumnam Cha Dilipkumar না পুখি লোয়ননা Freinds না Manipur Govt. দা পীশিনখিবা Memorandum অদুগী মখা তাবা Remind Memorandum অমা অমুক তাং১৮।৯।২০০৬ দা পীশিনখি।

## *Memorandum Annexure - 3*

# মণিপুরীশিং মাইনোরিটি ওইরে

[illegible]

**ঐইচঃ বিদুর**

[illegible]

১৯৯৩ দা লৈরম্বা পোরমলেন অপুনবা হায়বা লুপ অদুনা এম.এল.এ ঐইচ. বিদুরদা তকসিন্দুনা এসেম্বলিদা অহানবা ওইনা ইন্নর লাইন পার্মিৎ সিস্টেম চনহন্নবা তকশিনখি।

পোক্নফম নিউস

"ইরমদমসি অহোবনা পীক হাপ্লি অদুনা ঐখোয় খুদীংমক্না অডম অডম্বা মেল্লসি"

— চিংথ্রবম অকোবা

# নিপালশুবা পন্দুপ

## সোৎথনা লৈরিবা ফ্রুপ মচাশিংগী শক্তম ঙাকনবগীদমক কংলৈপাক ILP চৎনহনগদৌবা

ফুরুপকি শক্তম ঙাক্লবগীদমক ঙসিগী মীরোলনা মসক থোকপা থবক খরদি তুংগি চারোল-সুরোলগীদমক তৌবা তারি। ঈরৈবাকসীদা য়েলহৌঙৈদগী খুন্দামিন্নরক্লবা ফুরুপসিং পৌরপ্লা খায়দোক্লুনা লৈরিবসি সেদ্যুল ট্রাইব, সেদুল কাষ্ট অমসুং ও.বি.সি.নি। ভারতকি ওইনা পুন্না য়েংবা মীৎয়েংদা ঈরমদমগী মীওই পুম্নমক সোৎথনা লৈবা কাংলুপ ওইবতা নত্তনা মীসিং য়ামদবা ফুরুপসু ওইরি। মপাঙ্গল কনবা অচৌবা ফুরুপকা সক্তম মান্নদবা ফুরুপ মচাসিংগা পুন্না লৈমীন্নবদা চহি খরগী তুংদা ফুরুপ মচাশিংগী তোপ-তোপ্পা লৈজবা শক্তম, ফিজেৎ- চাকচা, মনাৎ, কষ্টম, ট্রেদিসন, লাইনিং-লাইশোল, লোল-ময়েক্লচিংবা পুম্নমক মমি সামলকপা হায়বসি মসানা তাবনি । সা-ঙা ওইরসু পুন্না লৈমীন্নবা মতমদা মপাঙ্গল সোনবসিংগী খোঙ্গুন মুৎখিবা হায়বসি মহৌশানি । মসিনা ওইবা তাই মালেমদা তাঙনা ফংলিবা সঙাই হায়বা সাজি মখল অসি মুৎখিদনবা কৈবুল লমজাওবু সঙাইগিদমক নেসনেল পার্ক সেমদুনা প্রোটেক্তেদ এরিয়া ওইনা থমলিবসি । অদুনা নোর্থ ইষ্ট ইন্দিয়াগী মোঙ্গোলোইদ ষ্টোক্ত ওইবা ফুরুপ মচা মচাশিংসি আরিয়ান্না ৯৫% মেজোরিটি ওইবা চাওখৎলবা ইন্দিয়ানশিংগা তুং কুইনা লৈমীন্নবদা ফুরুপ মচাশিংগী শক্তম ঙাকচনবগীদমক মীসিং য়ামজদবা অপিকপা ষ্টেটশিংসিদা ইন্দিয়ান কোন্সটিট্যুসনগী মখাদা ইন্নর লাইন রিগুলেসন তঙাইফদনা থম্বগী মথৌ তারক্লি ।

মীজোরাম, নাগালেন্দ অমসুং অরুনাচল প্রদেসতা ইন্নর লাইন রিগুলেসন থম্বনা পার্মিট য়াওদ্রবদি ষ্টেটশিংসিদা চংবা অমসুং লৈবা য়াদে । মীতোপশিংদা পর্মিনেন্ট সেট্টলমেন্ট পিদে অমসুং লমগি মপু ওইহন্দে । ষ্টেটশিংসিদা ফুরুপশিংগী শক্তম মরোমদোম ঙাকচবতা নত্তনা লৈবাক্কী অপুনবগী শক্তমসু কঞ্জবা ঙম্মী । ষ্টেটশিংসিগা খেন্নবা লৈতবা কংলৈপাক মণিপুরদা ইদি

দয়ান কোন্সটিট্যুসনগী মখাদা রিগুলেসন মখল অসি চৎনহনবা য়ারোইদবগী মরম লৈতে। ষ্টেটহুদ ফংনবা হোৎনখিবা অমসুং মণিপুরি লোল ৮শুবা সেদ্যুলদা চন্নবা হোৎনখিবা মীয়ামগী অকনবা খোঙজংশিংগুম্না হোৎনবদা করিগী রিগুলেসন এক্ত চৎনহনবা ঙমলোইদগে ?

সাউথ ইষ্ট এসিয়াদা চহি লিসাং শিৎনা মনিং তম্না নিংথৌ পান্দুনা লৈরকখিবা কংলৈপাক্কী। নিংথৌ পাল্লিঙৈদা অপিকপা ফুরুপ মচাশিং নকসিন্নবা মরিদা ওটোনোমি পিদুনা মখোয়গী শক্তম কায়দনা থমলকখি। অদুবু ওক্তোবর ১৫,১৯৪৯ ইংদা কংলৈপাক মণিপুরনা ভারতকী ফিবান্নুংদা তিনখ্রবা মতুংদা ঈশিং ঈচাওগুম লেপ্পা লৈতনা চংশিল্লকপা মীতোপশিংনা হিবম কয়াদা ফুরুপাকি শক্তমদা চাওনা শিংনরক্লি অমসুং অহোংবা কয়া লৈহল্লক্লি। খৃঃ ২০০১ গী সেন্সস রিপোর্টকী মতুং ইন্না কংলৈপাক্কী অপুনবা মীশিংগী শরুক ৩ থোকপগী ১ হায়বদি মীশিং ৭,০৪,৪৮৮ চংশিল্লকপা মীতোপ্পা ওইরে। অমরোমদা যেলহৌভৈদগী লৈবক্লবা চীংবুরোইশিংগী অপুনবা মীশিং ৬,৭০,৭৮২ দগীসু মীতোপ্পা হেনখ্রে। তরাও, পুরুম, সুহতে, রালতেলাচংবা অপিকপা ফুরুপ মচাশিংসিনা মীশিং ১০০০/১০০০ ফাওবা য়ৌবা ঙমদনা লৈরী। ভারতকী চৎন-পথাপকী মখাদা ঈরৈবাকসিদা মীতোপশিংনা পর্মিনেন্ট সেট্টলমেন্ট ফংদুনা য়ুমবু ওইশিল্লক্কী। মহৌসাদগী লৈজরক্লবা অদুগা শেম্লোক্তি ব্রাৎপা লায়রবা কয়া অমদি লৈবা ঙমলক্তদুনা তাংজবা য়াবা মফম থিদুনা চেন্নখিবা কয়া অমা যাওখ্রে। চহি খরগী মতুংদা কংলৈপাক্তা হোংলক্কদবা ফুরুপশিংগী শক্তম করি ওইরগবা ?

ইম্ফালগী ময়োল থাঙ্গল বজার, পাওনা বজার, থাংমৈবন্দ, নাগামপান, উরিপোক, সগোলবন্দ, য়াইস্কুল, তেলিপাটি, কোইরেঙ্গৈ, মন্ত্রি পুখ্রি, কংলাতোংবি, চার হজার, তিরুবাড়ী, কলাপহাব, সাপবমাইনা, কৌব্রু লৈখা, আই.টি.রোড মনুং, পুখাও, লোক্তাক প্রোজেক্ত, সেরৌ, সাইতোন, মোরে, জিরিনচিংবা মফমশিংদা মীতোপশিংনা কয়া য়াম্না সাইদাংদুনা লৈরিবগে হায়বসি খঙনরবা ঙাক্লি। মরুওইবা টাউন অমসুং য়ুর্মাশিংদা কয়া অমা ভারাদা য়েপতুনা লৈরিবনি। ইলেক্তোরেল রোলদা লোইনা যাওদুন, দোমীসাইল সার্টিফিকেৎ পায়রিবশিংসিনা ঙসিদি য়ুমদাংবনা কৈনাবা হায়বদু ওইরি। মীতোপশিংনা লৈবাক্কী লাইবক লেপ্পদা মখোয়গী হক চাওনা ফংলে। অমরোমদা মীয়ামগী মীহুৎ ওইরিবশিং অমসুং পোলিটিকেল পার্টি পুম্নমক্না তুমিন্না য়েংদুনা লৈবগী মহুৎতা মীয়ামগী য়েংদুনা থবক খরদি তৌফম থোকই। মীতোপ্পা চিফ মিনিষ্টরদি ওইহনগুমসি।

মীতোপশিংগা লৈমীন্নরকপদগী তম্পাক্তা সঙসকৃটাইজেসন অমসুং চীংদনা খৃষ্টিয়ানাইজেসন তৌখিদুনা নাৎকী লমদা মহৌশা লৈজরম্বদগী চাওনা অহোংবা লৈখ্রে। লোন, ময়েক, ফিজেৎ-চাকচা, শৈশক-শৈরোল কয়াদা লমগী ষণনা মচি শাংই হায়নবগুম মিপাল তাংবগী হৈনবী ওইদুনা নাৎতা তিল তাশিল্লকখি। মীতোপতা য়ুম ভারা সানবা অমসুং খঙন-চান্ননা লৈমীন্নবা কয়াদগী ফামেন কারক্তুনা ব্লদ এসিমিলেসন থোক্লে। হাই ব্রিদ কয়া সন্দোরক্লী। মীতোপকি মীচং নোংম-নোংমগী হেনগৎলক্তুনা ঐখোয়না মমি সামলবা ফুরুপকি শক্তম ওইরক্লি।

লৈপাক্কী সেম্মীৎলোনগী খুর্জি কংলৈপাক্তদি মীতোপ্পা পায়। চেম্বর ওফ কন্মার্সতা ইসেন্সিয়েল কম্মোদিতি খুদিংমক্কী এজেন্ট মীতোপকী খুৎতা লৈদুনা পোৎ ফংহনগে-ফংহল্লোই অমসুং তাংহনগে-তাংহল্লোই হায়বা পুম্নমক মনিং তম্মা চৎথরি। এসেমব্লিগী প্রাইজ ফিক্সেসন কমিটি ফাওবা মীতোপকী ইনফ্লুয়েন্সতা মচিন নমখ্রে। মীয়ামগী মীহুৎ ওইরিবা পুম্নমকসু মীতোপ লল্লোনবশিংগী হাবি-জাবিগী শুমহৎয়াইদা লাইর্ধিবি ওইবি। ঈরৈবাক্কী কৈথেল পুম্নমক কেপ্টিভ মার্কেৎ ওইদুনা মখোয়গী পোৎযোনফম ওইরি। পর কেপিতা ইনকম ব্রাংদ্রবা লায়রবগী পংখৈ মনুংদা লৈবা ঐখোয়গী লাইবক মীয়ানচাশিংগা লৈমীন্নবদা চাহি খবগী তুংদা কবি ওইরক্কদগে হায়বা লুনা থোকই।

মীতোপশিংনা লৈশিল্লবা মতুংদা ঈরমদমগী মীনা সু-নোমদুনা হিংজগদবা শিনফম কয়া অমসু মুনখ্রে। হায়রিবা শিনফমশিংদুদি ঃ শম ককপা, খোংউপ শেম্বা, থেলা ইনবা, চু -শুম্বা, ঈশিং হোনদুনা য়োনবা, পোৎ থাংবা, য়োৎতেক থাংতেক খোম্বা অমসুং য়োনবা, রিক্সো থৌবা, চেক-শুবা, উ -শুবা, মনা-মশিং য়োনবা, হৈ-রা য়োনবা, চুজাক অমসুং চুজাক কবোক য়োনবা, ফি ইস্ট্রি তকপা, ডবলরুটি শাবা অমসুং য়োনবা, শঙ্গোম য়োনবা, খবর য়োনবা অসিনচিংবনি।

ভারতকী লুক ইষ্ট পোলিসিগী মখাদা ট্রান্স-এসিয়ান হাইরে কংলৈপাক ফাওদুনা চৎনবা থবক পায়খৎপা হৌখ্রে। গ্লোবিলাইজেসনগী চাওখৎলোন্দা হিরম খুদিংদা সোৎথরিবা ঈরমদম্মা মীচং-মীথোক্কী মতাংদা রিগুলেসন এক্ত অমগী মখাদা চৎন-কাংলোন লৈহৌদ্রবদি ঐখোয়না ঙসি হোৎনরিবা পুম্নমক মীতোপ মীয়ানচাশিংগীদমক হোৎনবিবা তাখ্রনি।

মীতোপতা লম য়োল্লদি শেল য়াম্না ফংই হায়দুনা য়োনখিবশিং অমুক হঞ্জিনবদি ব্রারনি। লোইননা য়োনখ্রগনা মীরম ওইখ্রগনি। ঐখোয়না কদাইদা

অমুক তাংদুনা লৈরুগদগে ? লোয়ননা লমগী মমিং মীরোলনা মথং-মথং থোল্লক্লি । ষ্টেটকী মিংসু মণিপুর কৌরি। জাৎসু হিন্দু নমওই ওইরি। মতাংশিদা ত্রিপুরাগী হোংখ্রবা ফিভম খঙমিন্নসি । ভারত অমসুং পাকিষ্টান মনিং হেক তম্বগা খায়দোক্লবদা বেঙ্গোলি হিন্দু ১০,০০০ খক ত্রিপুরাদা লৈবগী খুদোংচাবা পীখি । ১০,০০০ না শন্দোরকপগা নৌনা চংশিল্লকপগা পুঙ্গিল্লগা য়েলহৌঙৈদগী নিংথৌ পান্দুনা লৈজরক্লবা ত্রিপুরিসিংদগী মীশিং হেন্দোকখিদুনা ২ /৩ ওইদুনা এসেমব্লি সিট ৬০ গী মনুংদা ৪০ দি বেঙ্গোলিশিংনা পায়খ্রে । ষ্টেটকী ওফিসিয়েল লেঙ্গুৱেজসু বেঙ্গোলি লোলনা ওইরে। সিটি, টাউন পুম্নমক বেঙ্গোলিনা ওকুপাইদু তৌখ্রে । চিফ মিনিষ্টর বেঙ্গোলিনা চহি লিশাং শিংনা ওইরক্লি । মরৈবাক মরমদা ত্রিপুরিশিং মাইনোরিটি তারে । সন্দ্রেম্বি ইমাদি খ্বাং য়ৌরে হায়বদুমক ওইরি । কংলৈপাক মণিপুরদদি মসিমক থোকহন্দনবা ঙসিগী মীরোন্না হনবা লৈতনা হোৎনবগী মথৌ তারি ।

ঙসি কংলৈপাক্তা ILR চৎনহন্নী হায়দুনা Social Organisation শিং পুনশিন্নদুনা হোৎনরিবসি করিগীনো ? ইন্নর লাইন রিগুলেসন হায়বসি বৃটিসনা ভারত্তা লোইলম সন্দোক্লিঙৈ মতমদা মখোয়না রবরগী পোৎথোক লল্লোন্নবা, অসামগী চীংশিংদা চা পাম্বী থানবা অমসুং লল্লোন- ইতিক চৎথবদা মপানগী ফোর্সশিংনা অথিংবা পিরক্তনবা মসিনা কোল্লিবা লমদা চৎন- পথাপ অমগী মখাদা থম্লবা অদুগা মপাঙ্খোংদনা বেকৱার্দ ওইনা মহৌশাদগী লৈজরক্লবা ফুরুপশিংগী নাৎ অমসুং শক্তম ঙাকচানবগীদমক শেম্লা মানবা চৎনলোন রিগুলেসন মখল অমনি । মসি Bengal Eastern Frontier Regulation , 1873 হায়না খঙনৈ । খৃঃ ১৮৭৩ গী নভেম্বর ১দা চৎনবা হৌখি । Preamble গী Provision of Act XXXIII, Vict. Cap. 3, Section I না অসামগী লমশিংদা চৎনবা য়াবগী অয়াবা পী ।

বৃটিসনা ভারত থাদোকখ্রবা মতুংদা রিগুলেসন অসি মখা তানা ইন্দিয়া গভর্নমেন্টনা চৎনহল্লি । হৌজিক্তি তসেং-তসেংনা ILR অসিনা Territorial Integrity ঙাকপদা, মীতোপ্পা লমগী মপু ওইখিগদবদগী কঞ্জনবা লোয়ননা ফুরুপশিংগী শক্তম ঙাকপদা য়াম্না কান্নবা পাম্বৈ অমা রিগুলেসন অসিনা ওইরি । হৌজিক হৌজিক ইন্নর লাইন রিগুলেসন অসি ইন্দিয়ান কোন্সটিট্যুসনগী অয়াবা মখাদা নাগালেন্দ, অরুনাচল প্রদেস অমসুং মীজোরামদা চৎনরি ।

কংলৈপাক মণিপুরদদি বৃটিসকী ILR অসি চৎনরমদে । সনা কোনুংগী দরবারনা পার্মিট নত্রগা পাসপোর্ট সিষ্টেম হায়দুনা মীতোপ ( Foreigner)

চংলকপগী রিগুলেসন তৌনবা মখল অসি লৈরম্মী । খৃঃ ১৯০১ গী মমাংদগী চৎনবী অসি State Police, Land Revenue Office অমসুং Sepcial Foreigners Mauzadaঅফিসশিংসিনা মথৎশিংনা থবক তৌদুনা লাকপনা নভেম্বর ১,১৯৩১ দগীদি Foreigners' Department না মসিগী Registration অমসুং Permit Issue তৌবগী থবক অসি কংলৈপাক্তা ভারত্তা পুল্লবা মতুং নভেম্বর ১৭,১৯৫০ ইং যাওবা চৎথখি ।

কংলৈপাক্তা পাস পোর্ট সিষ্টেম অসি লৈবনা ইন্দিয়ানশিং চংলকপা য়াহল্লমদে । মসিনা মরম ওইদুনা মহাত্মা গান্ধি, রবিন্দ্রনাথ টেগোর, লোহিয়ানচিংবা কংলৈপাক্তা চংহনখিদে । অসামগী সিবসাগর কংগ্রেস কমিটিনা কংলৈপাক্তা পাসপোর্ট সিষ্টেম চৎনরিবসি মুথৎনবা অকনবা চে ইরকখি । মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস পার্টিনসু পাস পোর্ট সিষ্টেম অসি মুৎথনবা ওক্তোবর ৪,১৯৪৭ ইংদা ব্বারেপ লৌদুনা এবোলিস তৌনবা কন্না হোৎনজমন্দগী মণিপুরগী চিফ কম্মিসনর হিমট সিংহনা সিষ্টেম অসি নভেম্বর ১৮,১৯৫০ ইংদা মুথৎখি ।

মণিপুর এদভাইজরি কাউন্সিলগী সেসন্দা সাগোলসেম ইন্দ্রামনিনা য়াম্না কন্না রিজোলুসন মুভ তৌদুনা মতমগা চুনবা রিগুলেসন অমা চৎনহন্নবা ফেব্রুৱারি ২,১৯৫১ ইংদা পুখৎখি । কান্নবা ফংখিদে । ভাবতকী ওইনা মতমদুগী হোম মিনিষ্টর এস. বি. চৱাননচিংবনা ILR অসি মুথৎনবা অদুগা বি. কে. রোই বর্মননা অকক্লবা লম খরদা থম্লবা খন্নখি । নাগালেন্দ, অরুনাচল প্রদেস অমসুং মীজোরামগী মীয়ামগী মীহুৎশিংনা কন্না তকসীনবদগী হায়রিবা লমসিংসিদা ILR থম্না য়াখি । মণিপুরগীদি মীয়ামগী মীহুৎশিংনা ILR অসি থমদবারোমদা পাম্বনা ILR থমদ্রে । মরম অসিনা মীতোপ্পা ঈশিং ঈচাউগুম চংশিল্লক্লুনা লমগী মপুসু ওইরকখ্রে । ILR চৎনবা লমদদি রিগুলেসন অমগী মখাদা মীতোপশিং চংহল্লি । তৌইগুম্বসুং পার্মনেন্ট সেট্টলমেন্টদি পীদে ।

মাঙ্গেমদা মীশিং য়াম্না লৈবাকশিংগী মনুংদা ভারতনা অনিসুবদা লৈ । মীশিংনা ১০২,৮৬,১০,৩২৮ নি । মী কুংনা তাবা দেন্সিটিগী চাংনা স্কয়ার কিমি অমদা ৩২৪ নি । দিল্লীদা ৯৩৪০ , চান্দিগড়দা ৭৯০০, য়ু.পিদা ৬৯০, বেঙ্গোলদা ৯০৩ অমসুং বিহারদা ৮৩৭ তাই । পর কেপিতা ইনকম ব্বাংদবা, লৌউ-শিংউবনা শিনফম মপুং ওইবা লায়ববা লৈবাক ওইবনিনা ভারতকিদি তঙাইফদনা মীশিং হখনবা ফেমিলি প্লান্নিং চৎথবা তাবনি । মায় পাক্লা চৎথদুনা গ্রোথ রেট খৃঃ ১৯৯১ দা ২.১৬% ওইরম্বদু ২০০১ ইংদা ১.৯৫% দা হন্থরকখি ।

ইন্দিয়ানশিং হিংনবগী শুফম- চাফম থিবগা লোয়ননা লৈফম থিরকপদা অৱাং নোংপোক ভারতলোমদা মীৎয়েং থমলকই । অসামগী দেনসিটি ৩৪০, আরুনাচলগী ১৩, নাগালেন্দগী ১২০, মেঘালায়াগী ১০৩, মীজোরামগী ৪২ অমসুং মণিপুরগী ১০৩ নি । লমদমশিংসিদা মী লন্না তাই । কম্যুনিটিশিংসি বেকৱার্দ ওইবতা নত্তনা মাইনোরিটিসু ওইরিবনি । অদুবু আরুনাচল প্রদেস, নাগালেন্দ অমসুং মীজোরামদদি ইন্নর লাইন রিগুলেসন চৎনবনা মীতোপ্পা লম মপু ওইহন্দে অমসুং মশাগী শক্তম ঙাকচবা ঙম্মী । ILR লৈতবা ষ্টেটশিংসিদদি ফিভম থীনা শোকপা য়াওরে। পোলিসি অমগী মখাদা ভারতকী লৈবা চন্দ্রবা মীয়াম ঈরৈপাক মণিপুরদা লৈহন্নবদি করিগুম্বদসু সিল্লোইদৌবনি ।

মীতোপ খন্দোক্তনা মখোয়বু হলহনখিনবগী মুভমেন্ট কয়া চৎথপ্রবসু সোলুসনদী ভারত সরকারনা খণ্ডন-খণ্ডনা তৌবিদ্রে । অহোইননা পোলিসি অমগি মখাদা ইনগিৎ পীদুনা লৈহনবগুম তৌরি । খুদম হায়ববু সেরৌ অমসুং সাইতোন্নী । মীশিং হন্থনবগী ফেমিলি প্লান্নিংদা চাইলড বার্থ কন্ত্রোল তৌহল্লগা মীতোপ থাজিল্লকপসি মহৌসাদগী লৈজরক্লবা ফুরুপশিংগী কাংখুল মুথৎনবগী সারৌ ওইরবে । চংসিল্লক্লিবা মীতোপশিং চাইলদ বার্থ কন্ত্রোল তৌদে । অঙাং ১০ গী মথক্তা লোইনা পোকই । চহি দিকেদ খরগী মতুংদদি মীতোপ্পা মেজোরিতি ওইখিবা তাবনি । মসি হকচিন্না লৌফম থোকই ।

ভারতগী লোক সভাগী সিট ৫৪৫ অমসুং রাজ্য সভাগী ২৪৫ লৈবগী মনুংদা মণিপুরনা রিপ্রজেন্ট তৌবসি সুপ্ন-তগী মথংশিংনা ২ অমসুং ১ তনি । লোক সভাদা ভারতগী মীশিং য়াম্বগী মতুং ইন্না মীহুৎ য়াম্না খনপ্রবসু ষ্টেট রিপ্রজেন্ট ওইরিবা রাজ্য সাভাদা সুপ্নতগী অমখক খনবসি চুমদবনি । Equal Political rights থমদুনা মশিং মান্নমা খনফম থোকপনি । পার্সেন্টেজদা য়েংলদি ইন্দিয়াগী মীহুৎ ৩০০ খুদীংদা ঐখোয়গী অমাগুম্বদনি । শোৎথনা অমসুং মাইনোরিটি ওইনা লৈরিবা ঐখোয়না ঐখোয়গী ওইবা ৱাফমশিং পার্লিয়ামেন্টদা পুথোকপদা মেজোরিটিশিংনা থৌওইবিদনা চহি লিশাং শিংনা লাক্লিবনি । মেজোরিতি পিপলগা লৈমীন্নবদা নুংঙাই য়াইফবা ইমুং ওইনবনি হায়দুনা মীশিং য়াম্না হন্থনবা হোৎনফম থোক্তমাল্লে খল্লি । ঈরৈবাক্কী য়ুম পাল্লবা মীওইশিংনা ফেমিলি প্লান্নীং পাংথোকপদা ইকনোমিক অস্পেক্তরোমদা ঙাক য়েংবা চুমদে । চংশিল্লকইবা মীতোপ্পা ঐখোয়দা পীবা সাফুদগী হোংহল্লক্লীবা খুন্নাইগী শক্তম, কম্যুনিতিশিংগী সোসিয়েল এন্দ পোলিটিকেল ষ্টেটস অমসুং ঐখোয়না

ইঙ্গোই তৌরিবা মখল খুদিংগী রাইটস খঙনা পোপুলেসন থিওরি হোত্নুনা অনৌবা ফেমিলি প্লান্নিং অমা মথৌ তারে। ঐখোয়না ঐখোয়গী লাইবক লেপচগদবনি ।

ইন্সর্জেন্সি প্রোন ষ্টেট ওইবা ষ্টেটসিদা মীশি-মীনাগী চাং অসি অসুক্কী মতিক ৱাংখ্রে । অসিবা খুন্দুনা মোংগতগী য়ুম্নুনা লৌবগী পাও নোংমা কাংদনা মেডিযাগী মফমদগী তান্নরি । চহিদা লিশিং-লিশিংদা ওইরি ।অমরোমদা সেন-থুমগী ফিভম্না মরম ওইদুনা য়ুম পান্দবা নুপা অমসুং নুপীগী চাং য়াম্না ৱাংনা লৈ । সেক্যুরিটি ফোর্সনা খাংউথক্তা হাৎতোকপীখ্রবা অমসুং য়ুম পান্দবশিং ফর্টিলিটি পেরিওদতা লৈবা ঙাক ওইবনা মখোযদগী ওফসপ্রিং লাক্কদবা কয়া মাঙলে । লৈমীন্নরিবা কাংলুপশিংগী মনুংদা চাইলদ বার্থ কন্ট্রোল যাদবা য়াওরি । অমবোমদনা চায়াম পোক্তনবা মশা মশানা খঙনা হোৎনরি । থোং মান্নদবা কয়া অসিনা খবা শোনবা কম্যুনিতিনা মুৎখিবা তারি । মীয়াম্না য়াম্না মমুৎ তানা নৈনবা অমসুং থবক্তা ওন্থোকপগী তাঙাইফদবা লৈরে ।

লৈবাক্কী সোসিয়েল কন্টেক্স যেংদুনা থবক তৌবা ফগনি । ভিযেৎনাম-অমেরিকা লাঞ্জাও লোইরবা মতুংদা ভিযেৎনামগী অৱাৎপা মীশিং হঞ্জিন্নবা মান্নবা মোঙ্গোলোইদ ষ্টোক্কী নুপাশিং মালেমগী মফম কয়াদগী কৌদুনা মীথোক পুথোকখি । ইজ্রায়েলগী শাগৈ খর মালেমগী মফম খরদা চাইথোক্নুনা লৈখি হায়দুনা মীজোরাম অমসুং মণিপুরদগী মীওই কয়া কৌশিন্দুনা খুন্দা লৈতাহনখি । মসি নিংশিংবা চুমগনি । মীশিং য়াম্না ভারতকী কন্টেক্সতা মীশিং হন্থনবা তৌরবসু মীশিং যামদবা মণিপুরদদি ৱাখল তৌদুনা মীশিং হন্থবরোমদা ঙাক নত্তবদা খল য়েংদুনা চাবোক্কী পোলিসি সেপ্পা চুমগনি । ভারতকী ফেমিলি প্লান্নীং পোলিসি অসি কংলৈপাক্তা জেনোসাইদ ওইহন্দবা ফৈ । ২০ শুবা চহি চা লোইশিন্নমদাইদা ভারতকী পোলিসিদা অঙাং পোক্তনবা অমসুং নাওবোল চাওনবা অকনবা ঈনোৎ পীদুনা চৎথরিঙৈ মতমদা চাওবোক মীতোপ কয়া অথিংবা লৈতনা ঈরমদমদা হাইজিল্লক্নুনা মীশিং খঙহেন হেনগৎখি । পোলিসি অসিগী নুংগী ওইবা ৱাখল্লোন করিনো হায়বসি খঙমীন্নবা মতম ওইরে । ঐখোয় পুন্নমক ৱার্ক কলচর লৈদুনা সুবা -নোম্বা কনবা তাই । ঈবৈপাক্কী মীওইশিংসিগা চানগদবা অনৌবা ইকনোমিক পোলিসি লৈবা তাই । মথক্কী ৱাখল্লোন্সীদা অচেৎপা ৱিল পৱার লৈরবতদা মালেমদা মপাঙ্গল কনবা অমসুং মতিং লৈবা ফুরুপ ওইবা ঙমগনি ।

কংলৈপাক্কী চীং অমসুং তমদা খুন্দামিন্নরিবা ইথনিক কম্যুনিতি পুন্ন মক্কী লাই ওইখ্রবা ইপা ইপুশিংনা ঙাক সেন্দুনা থম্বীরম্মা ঈরৈবাক্কী । ঐখোয়

পুম্নমক্না লমসিগী মপু ওইবনিনা ঈরৈবাক্কী লাইবকসু ঐখোয়তনা লেপচগদবনি । লৈবাক্কী অপুনবা শক্তম ঙাকপগা ঈরোইননা ফুরুপকী শক্তমসু পুন্না কনমীন্নবা মথৌ তাবদগী হৌখিবা চৈচৎ ২ / ৭ / ২০০৬ ইংদা সিভিল সোসাইটি ওর্গানাইজেসন কয়া পুনশিন্দুনা মীয়ামগী ওইবা মীফম পাংথোক্লুনা কংলৈপাক্তা ইন্নর লাইন রিগুলেসন চৎনহন্নবা অচেৎপা ফিরেপ লৌখি । লোয়ননা " ইন্নব লাইন পার্মিট সিষ্টেম দিমান্দ কমিটি" কৌবা লুপ অমসু শেমখি । মীয়ামগী অপুনবা পাঙ্গন্না অমতা ওইনা চংশিন্দুনা মণিপুর গভর্নমেন্ট অমসুং যুনিওন গভর্নমেন্ট অনিমক্তা কন্না তকশিন্দুনা কংলৈপাক্তা ইন্নর লাইন রিগুলেসন চৎনহন্নবা হোৎনমীন্নসি হায়বা ব্রাফমসি ঈরৈবাকচা খ্বাই তারাগী মফমদা নোল্লুক্না থমজরি ।

ইম্ফাল ,
চৈচৎ ১৭ / ৭ / ২০০৬ ইং ।

ব্রাফোং কাংলুপ
ILP Demand Committee, Kangleipak

Election লাকখি । মসিগী খুদোংচাবা লৌদুনা Manipur দা operate তৌরিবা Political Party শিংগী মীফম অমা Imphal Hotel গী কনফরেন্স হোলদা ILP Demand Committee না শিন্দুনা দিসেম্বরগী তাং ৫ /২০০৭ তা ফমখি ।



Photo - *E. Shyamsunder*

I. Hemochandra MLA

মীফম অদুগী মরুওইবদি লাক্লিবা ৯ শুবা State General Assembly Election দা মা মাগী Political Party গী মেনুফেসতোদা ILP চৎনহন্নবগী ৱাফম য়াওহনবা অমদি Election campaign তৌবদা ILP গী মতাংদ ৱাফম মীয়ামদা থম্বা অমদি Election দা মায় পাক্লবা মতুংদা ILP চৎনহন্নবগী মথৌ তাবা খুদিং মা মাগী পার্টিনা চপ চাবা থৌদাং লৌবা অসিনি । Political Party অয়াম্বা মীফম অদুদা শরুক য়াবীদুনা মথক্তা পল্লিবা ৱাফম অসি য়ান্নবগ লোয়ননা পার্টি কয়াগী মেনুফেসতোদা হাপ্লদা নত্তনা মীফম কয়াদা পার্টিগী মায়কৈদগী মীতোপ্পা পীরীবা শাফু, চৈথেং অমদি চেকশিনহৌদ্রবদি তুংদা ওইরকদবা ৱাফম কয়া থমনখি অমদি মীতোপ্পা ভোৎ লেপ্পা অমদি থাদবগী ময়োক্তা খোংজাং কয়া অমা চংশিনখি অদুবু নাকল অমদি হান্ননা ভোৎটার লিষ্টতা য়াওখ্রবা মীতোপশিংনা মনিংতম্না ভোৎ থাদখি ।



Photo - Image TV, Kakching

Election লোইখ্রে পোলিতিকেল পার্টি খুদিংমক তুমিন্না মনা মনিল নায়দনা লৈরী তাঞ্জসিদা মণিপুর বিধানসবাগী মীফম মনুং মেগী তাং ৭ /২০০৭ ইংদা ফমখিবা মীফম অদুদা MPP গী candidate ওইনা ওইনাম কেন্দ্রদগী কারকখিবা MLA Dr. I. Ibohanbi না মণিপুরদা ILP মতাংদা অসুম্না থমখি - মণিপুরদা ILPS চৎনবা চুমলোয় মদুগী মহুৎতা ষ্টেট অসিদা চংলিক্লিবা মীওইশিংবু লাইসেন্স পীদুনা লৈহল্লগা তেক্স খোমগৎতুনা রেভিন্যু কাহন্নবা হোৎনবনা হেন্না চুমগনি হায়না ফোংদোরকখি ।

# ফোরেন্নরনি চীংনবা মীওই ৫৬ পুলিসতা শিন্নখ্রে

পোক্লকম নিউজ সার্বিস

ইম্ফাল, সেপ্তেম্বর ২২ঃ ঙরাং নুমিদাং পুং ৭ লোম তাবদা ফ্রেন্দসকী ভলুন্টিয়ারশিংনা বাংলাদেশতগী নিয়ম কায়না চঙশীল্লকপনি হায়বা মীওই ৫৬ ফারগা পুলিসতা শীন্নখ্রে। মীওইশিং অদু ওসি সি জে এম ইম্ফালদা পুথোক্লবা মতুং থা অসিগী তাং ২৬ ফাওবা পুলিস কস্তদিদা রিমান্দ লৌথখ্রে।

থৌদোক অদুগী মতাংদা ফেদরেসন ওফ রিজনেল ইন্দিজিনস সোসাইটি (ফ্রেন্দস) কী সেক্রেটারি জেনরেল জয় চিঙাখমনা হায়খি, ঙরাং পুং অনীরোম তাবদা সিলচরদগী বাংলাদেশতগী ওইগনি হায়না চিংনবা মীওই কয়া বস তোংলগা ইম্ফালদা চংখ্রে হায়বগী পাউ অমা ফংবদগী ফ্রেন্দসকী ভলুন্টিয়ারশিংনা তেরাদগী সগোলবন্দ মোইরাং লৈরকফাওবদা বস

মখা লমায় ৫, কলম ২ দা

# ফ্রেন্দসনা মীতোপ লেপ্তুনা ফাগংলি

# বাংলাদেশি ১০ অমগসু ফাগংখ্রে

পোক্লকম নিউজ সার্বিস

ইম্ফাল, ওক্টোবর ২৯ঃ মণিপুরদা মীতোপ চঙলকপা থিংনবা ফেদেরেসন ওফ রিজনেল ইন্দিজিনস (ফ্রেন্দস) না চঙশিন্নরকপা থোক্তজংগী শরুক অমা ওইনা থা অসিগী ২৮ গী নুমিদাং পুং ৬.৩০ রোম তবদা ইম্ফালগী য়াংহেং লৈকায় মপাদা নেসনেল হায়বে ৫৩ দা চঙলকপা বংলাদেশি ১০ টাটা সুমো অমদগী ফাগংখ্রে।

ফারবা মীওইশিং অদু আসামগী শিলচরদা লৈবা সনাই হায়বা মফম অমদগী টাটা সুমো নম্বর এ-এস ১১-সি ৩৬১২ দা ইম্ফাল তম্না লাকপনি। পুন্না গারি মরি লাকপদা গারি অমতমক কাহৌরগা গারি অহুমদি নাম্থোক্তুনা চেনখ্রে হায়রি। ফারবা মীওইশিং অদু ইম্ফাল পুলিস ষ্টেসন দা ভেরিফিকেসনগীদমক শিন্নখ্রে।

মীতোপ ফাবগী মতাংদা ওসি ফ্রেন্দসকী প্রসিডেন্ট সাপমচা জাদুমনিনা পাউমীশিংগা উন্নবা অমদা হায়খি, নেসনেল হায়বে ৫৩ দা মীতোপ চঙশিন্নক্লে হায়বা পাউ ফংবদগী মণিপুর লেবরস য়ুনিয়ন অমসুং য়াংহেং লৈকায়গী ক্লব মেম্বরশিংগা লোয়নননা ঙরাং নুমিদাং গ্যারিশিং চেক তৌবদা বঙ্গলাদেশি ১০ অদু টাটা সুমোদগী ফাগংখিবনি। পুন্না গারি ৪ লাকপদা গারি অহুম অমদি নাম্থোক্তুনা চেনখ্রে হায়বা যঙলে।

হৌখিবা সেপ্তেম্বর ২১ দা রাজধানি ত্রাবেলসকী বস অমদগী মীওই ৫৬ ফাগ্রবা মতুংদা হন্দক্কী অসিনা মীতোপ চঙলকপদা ফাবা অনীশুবনি। মীওইশিং অসি আসামদা মতম করা লৈরবা মতুংদা মণিপুর তম্না অমুক চঙলকপনি। মখা তানা হান্না ফাগ্রবা বস অমদি ঙরাংগী মীতোপ পুশিল্লকপদা চেন্নবিবা গারিশিংনা নবেম্বর অহুম ফাওবগী মনুংদা ফ্রেন্দকী ওফিসতা লাক্কদবনি হায়নসু মহাক্না মখা তাখি।

মহাক্না হায়খি, নেসনেল হায়বে অসি মীতোপ চঙকম লম্বী ওইরে। মরম অদুনা মফম অসিদা চেক্লিবা গারিশিংগী মপুনা মথোয় - মথোয়গী গারিশিংদা তোংলিবা মীওইশিং অদু চপ চানা ভেরিফিকেসন তৌগদবনি। নত্রবদি অসিগুম্বা থৌওং অসিদা গারি মপুশিংসু মতেং পাংই হায়রোইদবগী য়াফম লৈতে।

মণিপুরগী মীশিং অসি ইং ২০০১ গী মীকোক থিবগী মতুংইন্না লাখ ২৩ নি। মসিগী মনুংদা মীতোপ লাখ ৭.৪৪ নি। মরম অদুনা লমদম অসিদা মখা তানা মীতোপ চঙলকপা থিংহৌদ্রবদি চহী ৩০ গী মতুংদদি ত্রিপুরাগুম মণিপুরসু মৈহৌরোন্দগী লৈরক্লবা মীওই অমত্ত থিবা খগুদবা মীতোপনা মশিং য়াম্না ষ্টেট অমা ওইগ্রগনি। পুম্নমক প্রসিদা মণিপুর সরকারনা লমদম অসিদা অথুবা মতমদা ইন্নর লাইন পার্মিট চংনহন্নবা হোংনবীয়ু হায়নসু সাপমচা জাদুমনিনা আপিল তৌখি। ওসি পাউমীশিংগা উন্নবা অদুদা মণিপুর লেবরস য়ুনিয়নগী কো ওর্দিনেটর জয় চীংঙাখমসু শরুক য়াখি।

অঙকপনি মতম শাংনা ইরৈপাক ইরমদম অসিদা মীশিং থিঙমদ্রবা মীতোপশিংগী মখুৎতগী পীক্লবা গ্রুপ মচা খর খকসি কন্ননবা কংলৈপাক (মণিপুর)দা ILP চৎনহন্নবা লাওদুনা ডিমান্দ তৌদুনা মখল মখল কয়াগী Policy শিজিন্নদুনা মণিপুর মীয়াম্না হোৎন্দুনা লাক্লিঙৈ অমুকসু মশাগী Political Party গী ফীরেপতা মণিপুরদা ILP চৎনহন্নবগী ব্রাফম লৈনা- লৈনা অসিগুম্বা ব্রাফম অমা লাকপসিগী মায়োক্তা Freinds না মীফমদুগী হেক থংনবা নুমিৎতা অসুম্না থন্নকখি ।

ওইনাম কেন্দ্রগী M.P.P. গী MLA Dr. I. Ibohanbi না মণিপুরদা Inner line permit system থম্বা চুমলোয় হায়না ফোংদোকলিবা অসিনদি MLA মশামক ILP অসি করিনো হায়না খংদবা মাল্লি । লোয়ননা হৌজিক ওইরকলীবা মীতোপকী মীশিং ফাওবা খংলমগদবা মান্দে । মহাক্কী ব্রাফম অসি মণিপুর মীয়ামগী অপান্নগী মায়োক্তনি অদুনা অথুবা মতমদা House তা শেংদোক্কদবনি । লোয়ননা তাং ১০ / ৫ / ২০০৭ ইংদা মণিপুরগী মফম অনিদা MLA ইবোহন্বীগী ইফিজি মৈ থাদুনা মণিপুর মীয়ামগী মযোক্তা লৈবা MLA ফম থাদোকউ হায়বনাচিংবা মীয়াম্না লাওখি । নুমিৎতুমক্কী Assembly মীফমদা MLA মশামক্তা অসুম্না ফোংদোকখি ।



*এসেমব্লিদা ইনর লাইন পার্মিট চৎনবগী মহুত্তা মীতোপ মীয়ানচাশিং লাইসেন্স পীদুনা টেক্স খোমগৎসি হায়রম্বগী ফ্রেন্দসনা এমএলএ ইবোহলবীগী ইফিজি মৈ থাবা*

# আই এল পিগী মায়োক্তা লৈবা নত্তে হায়না ইবোহলবীনা হাউসতা শেংদোকখ্রে

**পোক্নফম নিউজ সার্বিস**

**ইম্ফাল, মে ১০ঃ** থাসিগী ৭ শ্রী ফাইনান্সকী দিমান্দ খন্নরকপদা রিছোর্স মোবিলাইজেসনগী মতাঙদা ইন্নর লাইন পার্মিট (আই এল পি) গী বাফম থরা ফোঙদোকখিবা অদু পার্মিট অসিগী মায়োক্তা লৈবা নত্তে। রেভিন্যু কারকপা য়াবা অমসুং মীযানশিং কন্ট্রোল তৌবা য়াবা এক্ট অমা লৈবগী কান্নবা লৌবা য়াগদ্রা হায়না ফোঙদোকখিবনি হায়না এম এল এ, আই ইবোহলবীনা ঙসি হাউসতা শেংদোকখ্রে।

ঙসি জিরো আৱরগী খুদোংচাবা লৌরগা এম এল এ, আই ইবোহলবীনা হায়খি, এম পি পিনা পার্টি অসিগী ইলেক্সন মেনিফেষ্টোদা য়েলহৌঙেদগী মণিপুরদা খুন্দামিন্নবকপা অমসুং লৈমিন্নরকপা যুক্কপশিং নত্তনা মপান্দগী লাকপা অনৌবা মীওইশিংনা মণিপুরদা খুন্দা লৈতাবা থিংনবা আইন অমা শেমগনি হায়না থমখ্রে। অসিগুম্বা ফীবম অসিদা ইচম চম্না ফত্তবা বাথল্লোন অমত্তা য়াওদনা রিছোর্স মোবিলাইজেসনগী খন্নরকপদা এম এল এ অমগী মত ওইনা ফোঙদোকখিবনি।

ইন্নর লাইন পার্মিট সিষ্টেমগী মায়োক্তা লৈত্তে। ইন্নর লাইন পার্মিৎ সিষ্টেমগী মতাঙদা ঈহৌ হৌরিবা মীয়াম অমসুং ওর্গনাইজেসনশিংগী ইহৌদা শৌগৎলি হায়নাসু স্পিকরগী খুথাংদা ইবোহলবীনা হাউসতা শেংদোকখি।

নাকল অমরোমদা, এম এল এ, আই ইবোহলবীনা আই এল পিগী মতাঙদ হাউসতা ফোঙদোকখিবা বাফমসু য়ানিংদবা উত্তুনা ঙসি ফ্রেন্স (ফেদরেসন ওং রিজনেল ইন্দিজিনস সোসাইটি) না শীন্দুনা শাজার অমসুং শগোলবন্দ মৈনে লৈবক্তা এম এল এ অসিগী ইফিজিশিং মৈ থাখ্রে। লোয়নবা 'এম এল এ ইবোহলবী মতিক চাদবা মীয়ামগী মীহুৎনি। মবম অনুনা এম এল এ মফম থাদোক্কদবনি' হায়বনচিংবা খোন্নাওশিংসু লাউখি।

ILPS ময়োক্তা লৈতে, মতাংসিদা হৌরীবা মীয়াম অমসুং Organisation শিংগী ইহৌদ শৌগৎলি হায়না Speaker গী খুথাংদা House তা শেংদোকখি ।

> "ইশাদা তৌথক্লিংদবা হায়থক্লিংদবদু মীতোন্দনসু হায়রুনু, তৌরুনু" — ওইবা

# মপানশুবা পন্দুপ

## Inner Line Permit System চৎনহন্নবা অনৌবা খোংজঙ

মনিপুরদা লিশাং শিংনা চৎথরকপা Inner Line Permit System চৎনহন্নবগী খোংজঙ অমা ওইনা হৌখিবা তাং ২৪/৮/২০১১ দগী হৌগদবা Manipur Assembly দা পুথোকনবা তাং ২০/৮/২০১১ FREINDS না শিন্দুনা কৈশামপাৎ লাইব্রেরীগী লাইমাংদা মনিপুরগী Senior Citizens, Social Organisations, Political Parties শিং অমদি মীতোপ শিনামিশিং য়াওনা ব্রাকৎ মীফম ফমখি লোয়ননা খ্বাইরমবন্দ ইমা কৈথেল অহুমদা ইমাশিংনা শিন্দুনা চপ মান্নবা খোংজঙ চংখি ।

নুমিৎ অসিদা AMSU, DESAM, MSF, KSA, না শিন্দুনা মনিপুর শিন্থুংনা ছাত্রশিংনা ব্রাকৎ মীফম ফমখি লোইননা মনিপুরগী তোঙান-তোঙানবা পোলিটিকেল পাটিশিংগা FREINDS কী লুচিংবাশিংগা ফম্মিন্নদুনা Manipur Assembly দা পুথোকপদা অচৌবা থৌদাং লৌবানবা থমখি লোয়ননা মখোই মখোইগী পাটিশিংনসু Inner-Line Permit System শৌগৎপগী ব্রাফম প্রেস মেদিয়াশিংদা ফোংদোকখি।

তাং ২৬/৮/২০১১ দা কুম্বীগী M.L.A. N. Mangi না Manipur Assembly দা Inner Line Permit System মনিপুরদা অমুক হন্না চৎনহন্নবা Calling Attention Motion অমা পুখৎখি। Motion অদুবু M.L.A. R.K. Anand, Radhabinod Koijam না চিংবনা শৌগৎতুনা খন্নখি মীফম অদুগী পাওখুম ওইনা Hon'ble Chief Minister O. Ibobi না মনিপুরদা Inner Line Permit System চৎনহনবা হায়বসি House কী Member খক্তা নত্তনা

মনিপুর মীয়ামগী অপাম্বনি অদুনা ৱাফম অসি Cabinate তা খন্নদুনা কেন্দ্রদা তকশিনসি হায়না থমখি লোয়নননা তাং ২৭/৮/২০১১ দা Cabinate তা পুথোক্তুনা খন্নখি অদুবু মরি লৈনবা Documents শিং সুদবনা মপুং ফাখিদ্রে।

মদুমকনা মনিপুর Government দা Inner Line Permit System গী ৱারেপ লৌবা নুংঙাইনবা FREINDS না Expert Committee On The Introduction of Bengal Eastern Frontier Regulation 1873 or Inner Line Permit System to The State of Manipur হায়বা Committee অমা ইকাইখুম্নজরিবা R.K. Manisana, Retd. Chief Justice Guwahati High Court না Chairman ওইদুনা মীওই তরানা শাবা অমা তাং ১৭/৯/২০১১ দা শেমখি লোয়নননা মীফম মরিরক ফমদুনা তাং ১/১১/২০১১ দা Committee গী Report অদু মীয়ামদা পুথোকখি অমদি তাং ৪/১১/২০১১ দা মনিপুরগী Hon'ble Chief Minister O. Ibobi, Cabinet Ministers শিং অমদি Political Parties শিংগী লুচিংবা শিংদা লাক্লিবা নিংথম মীফমদা পুথোকপিনবা খুৎশিনখি।

> "শান্তমশী ঈমাদি ওকেশম থৌরৈ চেংনা মপু ইশা খোমজেল্লী"
>
> – মীতৈ পাওরী

### এসেমব্লিদা আই এল পিগী প্রাইভেত মেম্বর রিজোলুসন পুখত্তুনা থম্নখ্রে

# লিগেল কমপ্লিকেসি হান্না য়েংলগা কেবিনেত্তা খন্নদুনা কেন্দ্রদা তকশিনশিঃ চীফ মিনিস্তর

*লোকেল নিউজ সার্বিস*

**ইম্ফাল, অগস্ত ২৬ঃ** মণিপুরদা ইন্নর লাইন পার্মিত সিস্তেম চৎনবোইদ্বা হায়বা লৈতে। মণিপুর লেজিসলেতিব এসেম্ব্লিনা রিজোলুসন পাস তৌরিবা মমাঙদা লিগেল কমপ্লিকেসন হান্না য়েংলগা কেবিনেত্তা ব্রাহেপ লৌদুনা কেন্দ্র সরকারদা তকশিনশি হায়না চীফ মিনিস্তর ও ইবোবীনা ফোঙদোকখ্রে।

'হাউসনা য়েৎনবা লৈতনা রাবেক লৌবগা লোয়ননা ইন্নর লাইন পার্মিত সিস্তেম মণিপুরদা চৎনবগনি' হায়না এস পি এফ সরকারগী [illegible] রিবা সি পি আইগী এম এল এ, [illegible] মঙ্গীনা পুখৎলকপা প্রাইভেত মেম্বর রিজোলুসন অমা কংগ্রেস [illegible] না তেঙবান তৌত্তনবা পার্তিগী মেম্বর শিংনা মত্ত পীদুনা খাৎখবা মতমদা চীফ মিনিস্তর ও ইবোবীনা হায়খি, ইন্নর লাইন পার্মিত সিস্তেম স্তেত অসিদা চৎনহনবদা মেম্বর খুদিংমক্না সপোর্ত তৌই হায়বা থক্তই। অদুবু হাউসনা রিজোলুসন পাস তৌরিবা মমাঙদা লিগেল কমপ্লিকেসি করি লৈরগে হায়না য়েংশিনবগা লোয়ননা কেবিনেত্তা ব্রাহেপ লৌদুনা কেন্দ্র সরকারদা তকশিনশি।

এম এল এ, এন মঙ্গীনা পুখৎলকখিবা প্রাইভেত মেম্বর রিজোলুসন অদুদা হাউসনা ওয়ানবা বাফম মাওই হায়বদুনা চীফ মিনিস্তরনা মখা তানা হায়খি, ইন্নর লাইন পার্মিত সিস্তেম অসি হাউসনা চৎন-হনবা ওয়াদে। এম এল এ মঙ্গীগী মো-সন অসিদা ইন্নর লাইন পার্মিত সিস্তেম আসে হাউসনা চৎ-নহল্লগনি হায়বসি য়াদবা অমনি। হাউসনা ওয়াসি সরু-কাবদা তকশিনবা অদুদা অপুনবা ঈরম অসিদা আইনগী ওইবা কনব্বা বাফম লৈদবগে হায়বদু

হান্না য়েংশিলগনবা মথৌ তাই। মতুংদা কেবিনেত্তগী ব্রাহেপ লৌদুনা ফোর্মেল ওইনা কেন্দ্র সরকারদা তকশিনসি।

স্তেত সরকারনা তকশিনবদগী স্তেত অসিদগী ভুবিস্তশিংগী হেন্না খুদোংচানবগীদমক চহী অসিগী জানুয়ারীদা এইএল নেসিসতা পি এ পি লৌথোকখ্রে। মণিপুর অসি ভারতকী শরুক অমনি। স্তেত অসিগী মীওই কয়া অত্তোপ্পা স্তেতশিংদা লৈবি। অদুবু স্তেত অসিগী ওইনদি লম পীকপা মরম্না মীশীং যাম্নৎনকপদা লৈফমগী ওইবা খুদোংচাদবা কয়া মায়োক্নে হায়নসু চীফ মিনিস্তরনা হায়খি।

ইং ১৯৫০ গী নবেম্বর তাং ৯ দা 'হিন্দমত সিংহনা' স্তেত অসিদগী ইন্নর লাইন পার্মিত সিস্তেম লৌথোকখি। হৌজিক্কী মণিপুরগী ফীবম অসিদা সরকার অসিনা জিবিয়াদা বাংলাদেশি, মোরেদা ম্যানমারিজ, মোতবুং অমসুং সেরৌদা নেপালিশিং হেনগৎলকপা হায়রবগী চিংনবা লৈ। অদুবু কৃপা য়েংশিল্লবদা থোইদোকপা ইনফ্লক্সনগী বাফম উদে। হৌজিক স্তেত অসিদা হেনগৎলক্লিবা মীশীং অসি ফোরেনরশিং

মখা লামায় ৫, কলম ৬ তা

আই এল পি চৎনহল্লু হায়দুনা শীংজমে পার্কিংদা নুপীশিংনা রাকৎ-খীজম কন্না




Realeasing Fuction, Report of the Expert Committee on the Introduction of Bengal Eastern Frontier Regulation 1873 or Inner Line Permit System to the State of Manipur

# REPORT OF THE EXPERT COMMITTEE

**ON**

**THE INTRODUCTION OF BENGAL EASTERN FRONTIER REGULATION 1873**

**OR**

**INNER LINE PERMIT SYSTEM**

**TO**

**THE STATE OF MANIPUR**



**2011**

**FEDERATION OF REGIONAL INDEGENIOUS SOCIETIES (FREINDS)**

## Part-I

### Background History

Manipur one of the ancient independent Asiatic states was defeated by the British colonial power in 1891. However, Manipur was not annexed in the British India. Instead, Manipur remained as one of the Native State of India till 1947.

Manipur was one of the erstwhile Native states of British Indian Empire and the state is inhabited by small and marginalized groups of tribes castes religious minority groups viz- Muslims, Budhists, Sanamahi warshipers etc. and a section of general Meetei Hindu Vaishnabites Meetei Bamon, all whom belong to indigenous communities (Ref. Table 1 Population of Manipur State). Some of the groups are so small that only a few hundred of then are there on this earth. These groups settled in a mixed way. In fact there is no district where only one group settled. (Ref. Table 2 District-wise population distribution of Manipur for 1981).

When Indian Independence Act 1947" was passed in the British parliament Manipur also got her freedom from British suzerainty under the provision of section 7(1) (b) of the Indian Independence Act-1947. (Ref. Annexure I.)

However, shortly after, on 21st September 1949 Manipur Merger Agreement' was signed between the Governor General of India and His Highness the Maharaja of Manipur. On behalf of the Governor General of India, V.P. Menon, Advisor to the Government of India, Ministry of states signed the document whereas Maharaja Bodhachandra of Manipur signed on behalf of himself and his heirs. The signature of Shri Prakasa, Governor of Assam was also appended in the Agreement.

The Agreement came into force on 15th October, 1949.

As per the provisions of the Agreement "the Maharaja of Manipur cedes to the Dominion Government (Indian Dominion) full and exclusive authority, jurisdiction and powers for and in relation to the governance of the state and agrees to transfer the administration of the state to the Dominion Government" and in return, amongst other provisions the GOI undertake –

a) 'to make suitable provisions for the employment of Manipuris in the various branches of the public services, and in every way encourage Manipuris to join them' And;

b) "The Government of India also undertake TO PRESERVE VARIOUS LAWS, CUSTOMS AND CONVENTIONS PREVAILING IN THE STATE PERTAINING TO THE SOCIAL, ECONOMIC RELIGIOUS LIFE OF THE PEOPLE (Article VIII - para 3 of "Manipur Merger Agreement") (Ref. Annexure – II Manipur Merger Agreement).

However, unfortunately none of these provisions were reflected in the original constitution of India or no effort was ever made to insert these provisions in subsequent amendments.

Here, it will be worthwhile to point out that other Native states like Jammu & Kashmir got enough constitutional protection (Article 370 of Indian constitution). Further, the unity and integrity of the Native state of J &K has been protected under Article 3 of the Indian Constitution.

Besides J & K many other later formed states of the NE like, Nagaland(371A), Mizoram(371F) and Arunachal Pradesh (371H) also got constitutional protections of religious or social practice, ownership and transfer of land and its resources etc.

From the given instance it is now evident that within the framework of the Democratic constitution of India Native states and other states of similar situations like Manipur are given special safeguard provisions.

However, for Manipur despite the undertaking pledged by the Government of India of preserving various laws prevailing in the state and also in the existence of permit system the then Chief Commissioner of Manipur Himmat Singh, arbitrarily abolished 'the permit system' for the entry of non-Manipuris into Manipur under Manipur Gazette Notification No. 8597-601 H.D. Dated 18th November 1950. (Ref. Annexure – III Notification, Abolition of Permit System).

The outcome of the chief commissioner's notification was disastrous. Before the lifting of the permit system the decadal growth rate of population of Manipur was within the normal limits. However, in the post permit system period the decadal growth rate was increased into leaps and bounds. (Ref. Table 3 Comparative Decadal Growth of Population India -Manipur.)

To illustrate, in the year 1961, while the all India Decimal growth rate was only 21.51% (which is higher than normal) the rate for Manipur was 35.04%. In fact during the last 60 years the decimal growth rates have been always abnormal and well above the all India average. As a result in the census year of 2001 the estimated influx population in Manipur reached 30% of the total population of Manipur.

The trend, if allowed to continue, will certainly exterminate Manipuris in the near future. *Experts have pointed out that in the present trend the take over of indigenous population by influx population will take place in the next 30 years time.*

## PART-II

STATEMENT OF OBJECTS AND REASONS TO BE APPENDED TO THE PROPOSED LEGISLATION FOR THE ADOPTION OF INNER LINES REGULATION OF 1873 TO THE STATE OF MANIPUR.

INTRODUCTION :

The founding fathers of the Democratic Constitution of India had serious thought on the problems of social inequalities, diversities and also on the possible protection of social minorities and backward groups. Subsequently, on behalf of the people of India the framers of the constitution, solemnly resolved".......... to secure to all its citizens JUSTICE, Social, Economic and Political .............. EQUALITY, of Status and of opportunity"; (Ref. Annexure-IV Preamble, Constitution of India).

Manipur one of the erstwhile Native States of India merged with the Dominion of India on October 15, 1949. In the Merger Agreement, Government of India "Undertake to preserve various laws, Customs and conventions prevailing in the State pertaining to the Social, economic and religions life of the people".

On the Contrary the "Permit System" which regulates the entry of outsiders to Manipur was abolished on Nov. 18, 1950.

The arbitrarily abolition of permit system brought about lot of changes to Manipuri society which ultimately

threatened the existence of Manipuris in the following ways :

## 1. DEMOGRAPHIC IMBALANCE:

In the absence of "Permit System" the number of influx population in Manipur has greatly increased and the demographic balance of the Slate of Manipur is hung in balance. There is a possibility of great disturbed inter community harmony.

## 2. THREAT TO IDENTITY AND CULTURE:

In the present situation of ever increasing influx, preservation of the culture and identity of the small communities of Manipur have become an impossibility thereby eroding the constitutional principles of social justice and equality of status and opportunity.

## 3. THREAT TO LOCAL LANGUAGE AND DIALECTS:

The presence of a large number of influx who speak a different language the language and dialects of Manipur are at a disadvantage and the dominance of the foreign languages specially in the field of trade and commerce posed a great threat to the local languages and dialects.

## 4. THREAT TO THE SURVIVAL OF THE LOCAL LABOURERS:

The presence of a large number of uncontrolled and unchecked migrant labourers made a far reaching impact on the job opportunity of the thousands of indigenous local labourers. Because of the unparallel contest of getting day to day job the very survival of the labourers and their families are at stake. The most crucial aspect of this problem is that

majority of the local labourers are very poor people and live almost hand to mouth. The seriousness of the issue can be gauged from the revelations of a recently taken survey that according to Imphal Municipal Council records. 99% of the registered hawkers are Non-Manipuris. In such a situation the plight of the local labourers need no further explanation.

## 5. UNEMPLOYMENT, DEPRIVATION OF JOB OPPORTUNITIES AND GOVERNMENT NOMINATIONS ETC.

While almost 30% of the States population becomes influx population and when there is no mechanism to differentiate them from the native population a good number of government and private jobs are landed in the hands of the migrants. This creates an uncontrolled situation of unemployment.

When the migrants shared even the state's quota of technical and higher education, the Manipuris are flatly denied the ideals enshrined in the constitution of India that is Justice, social economic and political.

## 6. LAW AND ORDER PUBLIC SECURITY AND SAFETY :

With the ever increasing number of unchecked migrants the problem of law and order in the state of Manipur increased manifold. Many criminals have entered Manipur and made their haven. Swindlers and criminals who got hardened and experience elsewhere made their way to Manipur and found this small place a good hiding place shielding themselves amongst the turmoil society which is already in bad condition due to prolonged conflict situation. Furthermore, in the recent years various incidents of killings of Non-Manipuries by the unknown persons have become a critical problem of the society. These things have come up because of the suffocating population pressure exerted upon the Manipuri society.

